ফোংজবা মতেং ঃ
মৈতৈর অপোকপা মরুপ
কৈশামথোং লোংজম লৈরক
ইম্ফাল—৭৯৫০০১
মণিপুর। 
Regd. No. 233 

| | | |
|---|---|---|
| ১। | ময়েংবম তোমবা<br>রাবগাই | মাইনৌ (ব্রহ্মচারি) |
| ২। | হুইদ্রোম ইবোমচা<br>রাবগাই | অঙমব |
| ৩। | নিঙোমবম লৈশং<br>ককচিং | ঙমথং অঙমব |
| ৪। | লাইশ্রম ইবোহল<br>শেরৌ | থৌবুরেল |
| ৫। | শাইরেম অমুবা<br>তাউথোং | ঙমথং থৌবুরেল |
| ৬। | রাহেংবম ইবোতোমবি<br>হিয়াংলম | কৈরুংবা |

অনিশুবা ফোংবা—কালেন, ১৯৯৩ ইং
মমল ঃ লুপা ৩০/-
মশিং ঃ চামঙা

( অতোপ্পা মীনা/লুপনা ফোংবা য়ারোই )।

নম্ফম ঃ ডি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, সেগা রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

তাইবংগী হৌফম লোইফম অমদি পুন্সি নুংশাংনবা চৎন লমদাংগী লাইনিং লিখুন তাকপা **"শিদ পাউচেল"** পুয়ানি। ইপুথৌ ইপুংঙো নুংশিবা ইপুথৌ খুমন পোইরৈতোনগী নুংশি থৌজালদগী পুয়া অসি অনিশুবা ফোংজবনি। ইপুথৌগী থৌজালদগী ৱাবগাইদা লৈবা ময়েংবম তোমবা ব্রহ্মচারিগা মতম কুইনা লোইনজবদগী ইপুথৌগী থৌগল ফংজবনি। ইপুথৌনা ব্রহ্মচারিদা হায়বিরমবা, তুংদা থোকঅগদবা পাউতাক খরা, ব্রহ্মচারিনা তোইনা তাকপিবদগী মতম চুপ্পদা নিংশিংজরি মতুদি—"ব্রহ্মচারি ! ঐ মীনে, ঐ মীনে। ইমা নিংঙু—ইমা নিংঙু। ইমা ৱা ঙাংঙে—ইমা ৱা ঙাংঙে·······। খিত্তা ঙাইরে হয়েং নথুনদা চৈ লেংঙনি·······। থাঙ্গ ৱাকতংনা ৱা ঙাংঙরনি·······। ব্রহ্মচারি! পুয়া মতু পানবনি, পুয়া মশম হৌবনি, পুয়া ৱা ঙাংবনি·······। চককি য়াওন খরদি·······ফোতো (photo) ওইনা লাৎহৌরনিদো·······। অরেপ্পা উগী উশাদা অওইবা চেকলা অনিনা মতম ঙাইনা ঙাইনা খোংঙিয়ে·······ঈথৌ ঈকান শিদবা, ঈথৌ ঈকান শিদবা ; ঈথৌ ঈকান শিদবা মপু·······মতম, মতম, মতম·······।"

ইপুথৌনা পাউতাক ওইনা থম্মীরম্বা মীতৈ ইপা-ইপুশিংগী লাইনিং লিচৎ অসিনা ইরমদম ইরৈচাশিংগী নুংঙাই-য়াইফনা পুন্সি নুংশাংনবদা, মতেং খজিক্তং ওইরবদি লাইরিক অসি ফোংজবগী মহৈ য়াম্লে হায়না হরাউজগনি, লোইননা ইপুথৌগী থৌরমবু মতম চুপ্পদা পাংথোকচবা ঙমজবা "ঈথৌ ঈকান শিদবা" মপুগী খুয়া খাদা থৌনিজরি।

**ফোংজবা**

# নিংশিংজবা

ইপুখৌ থুমন পোইরৈতোন ইপুতোগী মুংশি খোজাল পাউতাক মতুং ইন্না "শিদ পাউচেল" পুযা অনিশুবা ফোংজবনি। বাংলাদেশ পোইরৈ অপোকপা মরুপনা অহানবা ওইনা ১৯৮৫ ইংদা ফোংখরে। অনিশুবা ফোংবদা পাবা মুংঙাইনবা য়াহৈ বাতা থরা শেমদোকপগা লোইননা ইপুখৌনা তাকপিরমবা মমল নাইত্রবা পাউতাক থরম্ব হাপচিনজরে। পুয়া অসি অশেংবা মফমদা পাবিয়ু অমদি থম্মীয়ু। চেকশিনগদবা অমনা পাবা মতমদা ফমুংদা ( ফমতুনা/হিপতুনা ) পাবিগনু। ইপুখোগী য়াথংবু অমদি ইপুখৌনা তাকপিরম্বা পাউতাকশিংবু শোইবা য়াদবনি, শোইফদবানি নিংজতুনা মপুগী থৌদা য়ায়েল পুজরি। হুম ইথো ইকান শিদবা মপুনা য়াইফরে, ইমা লৈমরেন শিদবিনা য়াইফরে, মীতৈ পোকপি ইমানা য়াইফরে।

হুইদ্রোম ইবোমচা
অঙাংবা

# য়াওফম তাকপা

শিদ পাওচেল

# অরা অনং কোকনফম
# মপুগী কোলহৌরোন

কনাগী কোলহৌনো, কনাগী খোনজেলনো, কনাগী য়াবানো, কনাগী ইনিলনো, কনাগী সহুমনো, রাখলনা খল্লুনা, পুক্লিংনা নিংঙ্‌না, থিজিল্লু লৌশিংনা, য়েংসিল্লু মিৎস্নান, কনা লৈ মালেমদা। কনা লেপ্পী তাইবংদ, কনাগী পাম্বৈনা মালেম য়ুমপী ওয়রিবা, কনাগী থৌজালনা তেংবানবা লেপলিবা। কনানা পুরক্লি কুমজা থাজ চয়োলসে কনানা নোংদম্মি, ঙরাং ঙসি হয়েংসে। লেংলি, হাইরি, হুমলি, সিংলি, নোমলি, পুম্নমক অইংবা পুরক্লিবা অসাবা তাইওনলিবা। কনানো খায়রিবা অমম-অঙান নোংমগী মুমিৎ-থা, অপাল, অরং অঙানবা থিবিকসে। কনাগী চাংজৌদা অচৎ-চত্তা লেপলিবা কনাগী থৌজালদা থৌরাই পানবা ছিংলিবা। ঙাংলি-সকলি সোল্লিবা, চারি-থক্লি তুমলিবা নোংদম কনানা য়োক্লিবা। কনানো মতিক চাওগ্রে, ময়ায় কনগ্রে, কনানো মতিক-মঙাল তাগ্রে পুমঙান ঙানগ্রে মালেমসে। ঙমথৈ লৈখিদে পুমকুপ কুপগ্রে। অকিবা ফংনা কুপগ্রে। খঙ-লোম্বা থুংবা লৈখিদে পুমচাও চাওগ্রে, ঙমথৈ লৈতনা চাওগ্রে নোংগী মরক্তা নোংথাংনা তগুপ তগুপ থৌগল্লি। খাক্লা লাওনা মীপাই থিনা থৌগল্লি। কুমজা মপুং কুম্মৈদা কুমনৌ কুমদম কুমওল্লি। নিংথমকাম্বী অনিনা অচিক-অসা লৈতেংনি। নোংদম্বা নংবু কনানো?

লিক্লা কোরৌ খিক্লিবা। লৈচিন ফুরোয় হৌরিবা, য়েনৌ ময়োন ইংহনবা তুরেন ইচেন তংল্লিবা। লোক্লম ইরাং হৌরিবা, সনাচীং চীংলেন লেপলিবা, লোয়বী চীংতুম খায়রিবা কোরৌ নোংনা ঙাল্লিবা মালেম লৈনা লেপলিবা। মীরোল কয়া লাক্লিদো, কয়ামুক হনখ্রিদো। সাগী সারম কয়ানা, চেক্কী চেক্লম কয়ানা, তৎপা কাংবা লৈতনা লাক্লি হনজিল্লী পুন্সিগী। হৈপান হৈয়েপফা তাওজিং হৈমী তম্লিবা, লৈপালনা লৈরেপফা শিঙেল লৈশাৎ ফাম্রিবা। হানৌনা লেং লেং চোংলিবা, ফৌনানা ইপোম কাম্রিবা, ফৌরোংনা চহুম সারিবা, লাইরেম্বী খোয়ঙাং তম্লিবা নোংদম কনাগী মখৌজালনো, নুংশি কম্নাগী পামবৈনো। অয়ুক ফংলে য়াকায়রী, নুমিদাং ফংলে য়া থোক্লি। অমুক লেপ্পা লৈখিদে মুৎপা মাংবা নাইখিদে। অয়ুক ফংলে অয়ুকী অঙানবা চাক্তাবা কয়ানা পুমনিল নিল্লি পুমলাং লাংলি মালেম’সে। নুমিদাং ফংলে নুমিদাংগী অমম্বা চাক্তাবা কয়ানা ইংনা তপ্পা মেংনা লাংলি নিল্লি ইনুংখুং। সিংনাই-দবা কৌজেং হায়ৌগী স্থক স্থক, ত্রিক ত্রিক ত্রিক খোঞ্জেল্লা তৎপা কাংবা নাইদনা অয়ুক নুংথিল য়াকায়রি। নিং নিং নিং নাং হাইনা হয়িনিংনাংনা য়াকায়রি। পোম্বী চেক্লা কয়াগী চ্রিক চ্রিক চ্রিক, কুহু কুহু খোঞ্জেল্লা মতম মতমগী য়াকায়রি।

ইংনা তপ্পা হুল্লিবা মালং নামিবা নুংসিংনা মিকুপ পুংজা পোত্থাদনা ইংনা তপ্পা মেংনা খোঞ্জেল্লি। মালেমলৈতদা নিল্লেদো কোরৌ নোংমদোন শাৎলিদো। তকুপ তকুপ তঙান তঙান, অপাল অরং কয়ানা কোরৌ রাংনা মিল্লিদো। মোংদোম শাৎমা খোঞ্জেল্লী। নোংহৌ নোংদম নুংশিৎনা মথং মথং পাওচেল্লি। কোরৌ মালেমতদা নম্ভেদো, লাইজ

ইরোল মুংদসু ইংদেদো। ইরোল মুংদা চাক্তাবা ঙাগী ঙারম কয়ানা তৎপা কাংবা লৈতনা ; ইরোল মুংদা খোঞ্জেল্লী। থৌরাই পানবা কয়াগী য়াইবী ওইবী খিবিক্কী হোনদোক হোনজিন মুংশাগী লোৎপা-ফোংবা ইনিলনা মিকুপ পুংজা খোঞ্জেল্লী। সিংলি তাংলি কয়াগী ইরম ইখোং ময়ামগী তত্তনা চেনবা ইচেল্লনা মেংনা মেংনা খোঞ্জেল্লী। মিহুন-থাহুন খিবিক্কী ইংনা ইংলবা ইনিলনা মেংনা মেংনা খোঞ্জেল্লী। তৎপা কাংবা লৈতনা, লেপ্পা-পনবা নাইদবা, মুৎপা মাংবা থিদবা, লোয়বা লোম্বা খায়দবা মপাল ঙমখৈ লৈতবা ; সিংথা ঙমখৈ নাইদবা, পান্দম ঙমখৈ থুংদবা, চাংজো ঙমখৈ লৈতবা। ঙসি কোরৌ নোং খুবাম তরা লোম্নহনা নোংদম্বা ইবুঙোবু তেংথাজে। ঈথৌ ঈকান নিংজবা থৌদা ঐখোয়না, মিৎস্না কোরৌ খুয়াখা হন্না হন্না সিদরা মপুবু পুনেমজৈ। হন্না হন্না তেংথাজৈ, থৌজাল লৈপুনগী লিকলুনী। য়াইক্ক থৌগোনগী য়ায়রুনী। কোরৌ ৱাংনা থৌজানবীয়ু। মালেম লৈনা কুবিয়ু। অচৎ চত্তনা থৌগারিবা, অপাল অরংনা লৈতেংলিবা উরুমখাদ থম্বীয়ু। থৌজাল্লাংদা লৈহনবীয়ু। অকাওম্নুং লৈতনা তৎপা কাংবা নাইদনা পুন্সি চুপ্পা শক-হনবীয়ু। পুন্সি চুপ্পা সোলহনবীয়ু। য়েন্নৌ মকা লামহনবীয়ু। মকা লাম্না শাংহনবীয়ু। তেকপা কায়বা লৈতবা পুন্সি মহৈ থৌজানবীয়ু। তাইবং নচা-নস্নুনি। তাইবং নচা-ননাইনি। হন্না হন্না তেংথাজৈ। হন্না হন্না পুনেমজৈ।

---

# থৌরাই

## ( ১বা পন্দুপ )

১। হৌনবুং মরু য়াম্নবিরেন,
থৌরাইগী লৈপুন মপুনা মপুনি।
থৌরাইগী থৌপেনবা,
মপুগী অপেন থৌসিন্নি।

থৌরাইগী মনুংদা মপু লৈ। থৌরাইগী মনুংদা মরু লৈ সুপ্পা হায়রগা থৌরাইনা লৈবা মফমদা লেপ্পা মপু লৈ। অদুবু থৌরাইমক্তা মপুদি ওই-ফদে। ইশিংগা কোঙ্গোনগা পান্দমনি। কোঙ্গোনসু ইশিংনি। ইশিংদগী পোকপনি পুন্সিগী থৌরম পুম্নমক্তা থৌরাইনা হরাও তয়াম অপেনবা ওইরবদা থৌরাইগী মপুদি লেপ্পা অপেনবা ওইয়ে। মরম অসিনা মীগী থম্মোয় সোকপা ইসাগীসু রাবা থৌরম তৌফদে মপুনা রারৌগনি।

২। থৌরাইগী রাংলেন নোংদমখোন,
লেপ্পা মপুগী লৈপুন্নি
থৌরাইগী মতিক ভমখৈনা,
মপুগী থৌজাল লাঙ্গোন্নি।

তাইবং পুন্সিগী নিংজবা, ভমজবা, সুজবা, তানজবা মরম শিবিক্তা থৌরাই য়াওনা পুক্নিং চংনা হোৎনজরবদি লেপ্পা মপুনা লৈতেং ওইরবা থৌরাইনা থৌরাইগী অমত্তা ওইরবা পুক্নিংনা হোৎনজবা থৌরমবু মপুগী ভমখৈনা হোৎনজবা মঙাল ফংভেয়ে।

৩। মপুনা ওমতাই লমতাই সিনবগুম,
থৌরাই রাখল লমথুংঙি।
নোংলমলেন মপুগী খোংইন্না,
কোরৌ মালেম সাৎপনি।

তেংবানবা মপুনা লমদম খুদিং সিনথুংনা কোরৌ মালেম সাৎনা লৈবগুম থৌরাইবু রাখল পুক্লিং লৌসিংগী মরক্তা মিকুপ মিকুপ খুদিংগী রাখল চেন্না চোংনা য়ৌনিংবদা য়ৌ (থুং) লমদম মাইকৈ সাৎনা সিনথুংলি থৌরাইগী মতিকসু মপুগী মতিকনি।

৪। তাইবং লৈপুন ইথৌদাং
থৌরাই মানা ইথৌই।

নোংমা নোংলেন তাইবং পুন্সিগী সুজবা তানজবা, পুন্সি মথৌদাং হোৎনজবা মরম খিবিক থৌরাইগী মতিক ময়ায়না থৌসিনবীরি।

৫। পুন্সি নোংমা নোংলেনবগুম,
নোংদম ইরাওখোল্লোইগী,
থৌরাইগী ঈথৌ থৌওন্নী।

তুরেল ইচেল তত্তবগুম নোংমা নিনি হুম্নি মসিং থিনা হৌবা তাইবং পুন্সিগী পুন্সি মথৌদাংবু থৌরাইনা তত্তনা থৌসিনবীরি। অঙাং, পাখং, হনুবা, অহল পুন্সি খায়না থৌপুহল্লি।

৬। নোংগুম লৈথুপ লৈতেদো,
মালেম লৈ মুৎনাইদেদো।

মুংশিংকুম্না থৌরাই মানু সিবা লৈতে, মাংবা লৈতে, মুৎপা লৈতে, তুমবা লৈতে, মতম মতম পুন্নমক্তা থৌরাই ওইহনা লৈরবনি অমুক হোংবা লৈত্রবনি।

৭। ভুৰিনা মকু হুবগুম,

থৌরাই মকু হুরিদো।

লিম্না মহাকী মতম সুরবদা মকু হুদ্রনা নৌনা থোকখিবগুম, থৌরাইস্থ মতম্না য়োরবদা মকু হুবগুম্না কয়াৎ থাদোক্লনা, থোকখি কয়াৎতগী থৌরাই মকু হুরি।

৮। অনৌবা ফিজেৎ হোংবগুম,

কয়াৎ ফিজেৎ হোংলিদো।

লিম্না অহল মতম ওইরক্লগা মকু হুদ্রনা, অরিবা কয়াৎ থাদোক্লনা, অনৌবা কয়াৎ ফংবগুম, তাইবংনা সিজিন্নবা ফিনা মল্লক্লগা, অনৌবা ফি হোংবগুম, থৌরাইস্থ মতম মতুংইন্না অমস্থং কয়াংকী নোংদম মতুংইন্না অমুক মকু হুদ্রনা অনৌবা কয়াৎপু ফংজে।

৯। থৌরাইগী থৌথোং খংলগদি,

নোংলোন মরুগী নোংগুম লৈকারোন,

নোংথুপ লাংওন থৌজালখ্রে।

মপুনা মতিক লৈবগুম মতিক লৈবা থৌরাইনি, সিনথুংনা লমদম সাংনা থোয়দোক্লা সাগোন্নবা লৈমিন্নরি পুন্সি হৌবা লোইবা কোন্নরিবা থৌরাই মশক খংবা ঙমলবদি থৌরাইগী ঙমখৈনা মপু মশক খংবা ঙমজে।

১০। কয়াৎ নুংথুপ থৌরাইগী

নোংলেন নিংজবা ফংলবদি

থৌরাইগী মপুনা নিংজ থৌজাল লৈপুন্নি।

মুংশিংকুম্বা থৌরাইনি। সিংলি, নোমলি, হাইরি, হুমলি হায়বতমক খংলি অদুগা মুংশিং অদুবুদি মশক উবা ফংদবগুম থৌরাইস্থ কয়াংকা লোয়নদ্রনা লৈ। থৌরাই মাগী পাম্বৈনা তাইবং চারি, থকলি, চংলি,

হিপজি হায়বতমক খংলি অতুগা থৌরাই মাবুদি উবা ফংলুদে। অদুম ওইরবা চেক্লা চেকসিল্লবা লুংশিংকুম্নবা থৌরাইবু ইসাদা লৈনা লৈনা মফম খংহন্দবা। মল্লা লাপ্পা থৌরাইবু য়াম্ন তিনগী মরায় মঙালনা পুন্সি লম্বেন সেংদোকুনা, থৌরাইগী ওমখৈবু খঞ্জিক ফংবা ওমজরবদি থৌরাইগী মপুবু লেপ্পা ফংবা ওমজৈ।

১১। রাখল পুক্লিং লৌশিংগী,
লিকলু ওইবা থৌরাইনি।

লিক পরেং অনিগী মচীন অমগা অমগা লিকলুনা সমজিনবীহুনা, পরেং মপুং ফাহনবগুম, রাখলনা খল্লকপা, পুক্লিংনা নিংলকপা, লৌশিংনা য়েংলকপা, পুম্নমকপু মপুং ফাহনবগী লিকলুগুম্বা থৌরাইনি। থৌরাইনা য়াওরবদা লেপ্পা মপুং ফারনি।

১২। চেক মোক লাওদনা,
রাখল পুক্লিংগী কোম্লহৌরেন,
থৌরাইগী অচিকপা য়াকাইনি।

তাইবংগী পুন্সিদা অরাম্বা, খোরাংবা, পাম্মুবা, লুংশিবা, অপাম্বনচিংবা রাখল পুক্লিংগী মন্নুংদা হকচাংদগী মত্তোমতা পোকলিবা থোয়দোক্লা হায়রগা ইতোমতা ফমহুনা, ইতোমতা তুমিন্না রাখল খল্লগা, রাখল অচুম অরান, অফ-ফত্তা কয়া কয়া পোকলিবা পুম্নমক থৌরাইগী অচিকপা কোলহৌ পাওচেলনি।

১৩। পুন্সি মাগী মথৌদাং,
নোংমা কোক্লৌ নোংজেন্দা।
থৌরাইগী অরা তেংথারোন,
লেপ্পা তাইবং অক্লবনি।

পুন্সিগী সুঙবা, তানজবা, নোমজবা খিবিক্তা চুম্না রারে হায়রবা অমনি। থৌরাই সোক্লা পুন্সি সোক্লা রাবা অমনি। থৌরাই পুন্সি সোক্লা রাববদি রাখল চৈঙাক ফংদবগুম উকন পাইগে লৈতবগুম, পুন্সি নোংদম কৌনা ভেংথানা অরাবা মৈচাক খাংবা অরাবগী ওমখৈনি। মরম অসিনা থৌরম থৌদোক পুন্নমক্তা ঐগীদস্থ মীগীদস্থ থৌরাই সোকপা থৌরম তৌফদে।

১৪। থৌরাইগী থৌসিন থৌজানথোন,
মপুগী থৌজাল লম্নেলনি।

পুন্সিগী থৌরম, থৌদাং থৌদোক পুন্নমক্তা থৌরাই য়াওনা থৌরাম পুবা খজিক অতাংবনি। হেনফদবা চরা হেনগনি হায়দুনা সুবনা অয়াম্বনি। পুন্সিগী থৌরমদা থৌরাইনা মপুং ফানা থৌসিন মতেং পীবিদুনা থৌরাই য়াওনা পুন্সি থৌরম পুরবদি, মপুগী থৌজাল ওমখৈনা থৌরম মহৈবু কোরৌ মালেমদা য়ালহল্লি। খল্লফমদি থৌরমদা থৌরাই য়াওবা, থৌরাইগী থৌইনসিন ফংবস্থ মপুগী থৌজাল নত্তনা ফংবা য়াদে অমদি মপোক্কী তৌজরকপা থৌরম মহৈগীস্থ মতেং মথৌনি।

১৫। উন তোং লুদা,
সিংলি তাংলি ঈরমদা ;
কনানো কয়াৎ পাফন পুরিবা।

অঙকপনি তাইবং কয়াৎ থক্তা উনসানা কুপ্পী মখাদা তোংনা থোমজিল্লি। মন্নুংদা লুনা চৈঙাকলি মরক মরক্তা হুৎতুনা সিংলি তাংলি ঈরম লৈরি। মপান্দগী চাওরাক্লা য়েংলবদি চরুনা সাবা, নত্রগা লৈপাক্লা সাবা মীগুম্বনি। খল্লফমগী মশক্তি অস্তুম ওইরবা উন, তোং, লু, সিংলি, তাংলিনা লৈতেং ওইরিবা তাইবং কয়াৎসিগী মন্নুংদা কনানো লৈরিবসে ?

কনানো ঐখোয় পুন্নমকপু চংহল্লিবা, কমহল্লিবা, হিপহাল্লবা, খৌরাংহল্লিবা, পামহল্লিবা, হুংশিহল্লিবা কনানো ? কনাসু নত্তে ; লৈ থংনা লৈতবগুম্বা থোরাইনি। কয়াংকী মনুংদা শাম্নবিবা পুন্নমকপু থোরাইগী থৌসিন্নি। থোরাইগী থৌসিন্দা মপুগী মহৈনি। মপুগী ওমশৈনা কয়াংকী মনুংদা মপু সন্না তাইবং পুন্সি লমজিংবা লৈরিবা থোরাইনি।

হুম লাইনিংথৌ শিদন্ন হুমনা নিংন,
নওংনি হংনা নময়নি থোরাইগী,
শিদ-পাওচেন অহানবা পন্দুপনা লাইফরে।

( ২শুবা পন্দুপ )

# মপু

## ১। নিংজবা তোরেল্গী ইরেলশুং ইথৌ ঈকান শিদম্ব মপুনি।

মপু নিংবা হায়বসে মওং মতৌ য়াম্মী নিংনা লম্বেন য়াম্মী। পথাপ পরম য়াম্মী। তমথীবা পুকচেল পুরিবা হুরানবা মীহাৎপা অমদগী হৌনা মী কনবা য়াইফবা অমা ফাওবা, মহাক মহাক্কী থৌরম মতুংইন্না থৌরম পাংথোকচগে হায়না নিংবা ভাক্তনি। নিংজবা মতুংইন্না লাইবু নিংলবসু লাই ফংদ্রিব', থৌরমগী নিংলবসু থৌপাংদ্রিবা অদুবু থৌজাল কৌই। থৌজাল অদুনা মপু সক্লা থৌপাংলবনি।

## ২। ঈথৌ ঈকান শিদম্বগী থৌজাল কোরৌ মালেম ইনুংবুং।

কোরৌ মালেম অচৎ-চত্তা, অপাল-অরং পুম্নমক, পুম্নমকসে মপুনা থৌগানবীবা ভাক্তনি। থোয়দোক্লা ঐবু ঐনা ফংজবা মালেম তাইবং ফাওরকপা মপুগী মথৌজালনি।

## ৩। নুংশি লৈপুন প্রদ্যোইগী, ঈথৌ ঈকান শিদ থৌজাল লমদাংনি।

মিথয়েংনা উরিবা পুম্নমক'সিগী, ঐথোয়গী ঈমা-ঈপা অমত্তনি। ঈপা অমত্তদগী হৌরকপনি। ঈমা অমত্তদগী সাংলকপনি। ঐথোয় পুম্নমক ইটিল-ইনাওনি হায়না খন্দুনা পোকমীরবগী চুংশিনবগুম্না পুম্নমক'সিবু

হুৎশিন্নবদা : পূম্নমক'সিবু পোকপীবা ঈপা-ঈমা তেংবানবা মপুগী থৌজাল লেপ্পা কংগনি।

৪। মোংজোন লৈকোন মপুনি,
মপুনা পুংসুপ সুম্ননি।

থোয়দোক-হেন্দোকপা মরম অমদি উরিবা পূম্নমক অসে মপুগী মওং মতৌ ওাক্তনি মপুগী নুংশিরবা পান্মুরবা থুংসেম, মপুগী মমি মওান ওাক্তনি। পূম্নমক'সে লৈ থংথিবনা মপু লৈ থংবনি। পূম্নমকী মসুংদা মপুনি। মপুগী মসুংদা পূম্নমক্নি।

৫। পূম্নমক্তা নুংস্রুপ মিতমথি,
লৈয়োন মরু মপু মোংদম শাতিম্নি।

উরিবা পূম্নমক'সিদা মপু য়াওরি লৈরিবনি। মপু লৈবগী মরম্না অচৎপগী কাংলুপনা চংলি। চত্তবগী কাংলুপনা লেপ্পী। হৈপালনা হৈরাং য়াল্লিবা, লৈপালদা লৈরাং সাংলিবা। মহাক মহাকী থৌরমদা হিংতুনা লৈরিবা মপুগী ওমথৈনি।

৬। শিদ থৌজাল হৈখোংবু,
নিংজ উরেপ্পা পাথেনি।

পূম্নমকী হৌরকফম মরু মউ ওইরিবা মপুনি, পূম্নমকী চংনফম তেংথা-কমগী মসক ওইরবা মপুবু পুক্নিং চেৎনা নিংতুনা, মমলনা লৈবা তানবা কংত্রবা মপুগী থৌজালবু কংনবা হোৎনগনি। মপুগী থৌজালদি পুক্নিংগী অথোয়বা লম্নি।

৭। হক জোন নুংজেপ মপুবু নিংজবদম,
য়াখল মারেম কোয়জাম্নি।

খোং-খুং, জিং, আকোং, নাতোয়চিংবসিং অসিনা লৈতেংবা অহুবু তাইবং মীগী কয়াৎ কৌরে। অহুগুম্বা কয়াৎ অহুবু ঐগী ঐগী হকচাং কয়াৎ হায়নরে। ঐগী ঐগী হকচাং কয়াৎ অমুংদা ঐগী ঐগী থৌরাই হায়না লৈরে। থৌরাইগী মথুংদা থৌরাইগী মপু লৈরে। মপুগী ওমখৈনা, থৌরাইগী পাম্বৈনা তাইবং হিংনরি। অহুম ওইরবা ঐগী ঐগী ইনাদা কোয়না লোয়নহনা লৈরিবা মপুবু রাখল লায়া থিহরি। রাখলনা থিবদা রাখল হয়াং তাহরি।

৮। নিংন মরু শিদ খাওচেনি
সাদিন সাখাই লৈপুম্নি।

ঐখোয়গী পুন্সি অসিদা থ্বাইদগী নরা নকপসে মপুনা ইনক নকপ্রে। ইসা ইসাদা কোয়রি। অহুবু কদায়দনো লৈরিবসে মথৌজায়া হিংলি হায়রবতমক খংলি। থৌজানবীরিবা ইবুঙোবু থিবদা পুন্সিগী অরাবা ফিভম ওইরি। পুন্সি অমুক্তা নত্তনা; পুন্সি কয়ারকীসু মথৌ তারকলি। অঙকপাগী মতিকনি। ইনক নকপা ইসাদা কোয়রিববু, থিবদা মপান ওমখৈ পীবা ওয়দে। অসিদসু নত্তনা থিবা নিংবগী লম্বেল অসিসু য়ামপ্রে। মানা মানা নিংজবা মতুংইন্না মপুনসু নিংজবা মহৈ অহুম থৌজানবীরি।

৯। রাখলদা কেকু লোৎলগা,
পুন্সিংদা ফোং ফোং ফোংখনি।

তাইবং রাখল মথুংদা, মপুনা থুম্না ফিহুপ অঙকপাগী মশকনি। কনাগুম্বগী রাখলনা মপু লৈ হাররি। কনাগুম্বনা মপু নরা লৈ হাররি। কনাগুম্বনা লামী হাররি। মতৌ অসুম্না মহাক মহাকী রাখলদা খনয়া মতুংইন্না পুন্সিমা নিংথনা সত্তম য়াবসিংনা সত্তম ইরাংলি। সত্তম য়াদবসিংনা য়াদবগী মতুংইন্না নিংজরি।

১০। রাখল পুক্লিং লৌসিংদা
মোংখোংগুম্বা কুপলম্মী;
তগুপ তগুপ ঙালম্মী।

মুক্ক ময়া হৌরকপা নোংহৌনা নোংমদোন অতিয়া সিনখিহুনা, অপাল অরং অঙানবা খিবিকপু কুপখিহুনা মমলবা মতমদা ইখং খংহৌদনা নোংথাং হেক হেক কুপলক্নুনা তগুপ তগুপ ঙালহনবগুম রাখলনা খল্লকপা, মপুবু পুক্লিংনা নিংলকপা, লৌশিংনা থিরকপা মতমদা রাখল পুক্লিং লৌশিংগী মরক্তা মিকুপ মিকুপকী মমুংদা রাখলনা খংদবা খংহল্লম্মী। পুক্লিংনা নিংবদা মুংশিবা উৎলম্মী লৌশিংনা ফংদবা ফংহল্লম্মী।

১১। অকনবা মরু অথোয়বনি,
শিংখা ওমথে লৈতবনি।

মপুগী পাঙ্গল অকনবনি। পান্দমনিঙাই লৈতে। কম্না কন্নবা পুমকন কন্নবা, থোইনা থোইরবা পুমথোই থোইরবা, অকনবা অথোইবা মপুনি।

১২। মতিক লঘা লৈওনদবা
নিংবা পানসল মপুনি।

মপুগী থুৎসেম মালেম লৈকোয়পুং অসিগী মমুংদা ঐ কল্লি, ঐ থোই ঐ ময়াই চাওই হায়হুনা মপুবু কাওকদে। মতম লৈবখিবিক্তা মপুগী মথা পোম্না লৈগনি। মালেমসিগী অকনবা, অথৌবা পাঙ্গন পুম্নমক মপু মশাদগী চোংখিবনি। ভাইবং মালংসিদা মপুগী লম্বা কনা লৈতবনি। ইস্নুঙো মহাক্তি নিংবা নিংবা পুম্নমক অপনবা, অখিংবা লৈতনা পন্দোম লোথনি। কনাগুম্বনা মপু মতিক কাওখিহুনা মতোমতগী নাপন্না কুপহুনা মপু মায়োক থেক লাজোইবরুকরু মৈয়ানবীনা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা সিবগুম মথৌয়াই আংহুনা তোকলি।

১৩। নোংখৌ নোংজোন মতিকনি,
ময়ায় মওাল মালেম লৈলোয়ি।
তু দৌ খুয়াচেং অচং চত্তনি,
অপাল অরং লৈজেংনি।

মুৎপা মাংবা লৈত্রবা সংবানরবা, কোয়ৌ নোংমদোন থুংনা সাথনা অপাল অরং কয়ানা মপুগী থৌগল লৈজেংলি। মালেম তপ্পাক্তা অচং-চত্তা খিবিক্লা পুন্সি মথৌদাং উৎতুনা মপুগী ময়ায় থৌগায়ি। কোয়ৌ মালেম অনিমা সুপ্পা অমত্তা ওইনা মপুগী থুংসেম থৌদা পুনা মপুগী মতিকপু থৌগায়ি। ময়াম অসিগী কল্প-কল্পবা মতিক ময়ায় য়েংঙ্গুরগা মপুগী মতিক ময়ায় ফজ লেমজনা হেনগৎলি।

১৪। নিংনক্কম ইরেলপুং অলুবনি
রাখল চৈরেপ সাংদম ওমখৈ লৈতবনি।

মপুদি মপাল ওমখৈ লৈতবা, পাক চাওপ্রবা ইপাক ইরংগুম্বনি কয়াম্না লুপ্রবা ইরেম্নো রাখলনা নিংহনা রাখল চৈতাক ফংবা নত্তে। চংসিল্লিবমখৈ লুপথরিবা লোয়বা লোম্বা নত্তে।

১৫। মিংথৈ ওমথৈ সিংম্বামা,
ম্যাইবী মরু ম্যাইবীরেন
সিংথা সিংখল নাইদবনি।

ফেংবানবা মপুগী মীংথৈদি সিংথাহনা লোইবা নত্তে। থোয়দোক্লা মরু ওইবা মীংথৈদি, ইসা-ইসাগী হোৎকম, সাংকম, লমফমগী ঈপা-ঈপু ঈপুথৌনা নিংনখিবা, সোয়খিবা মীংথৈনা মরুনি লমদম লমজদা ফেং-বানবা মপুনা থৌজানবীখিবা মীংথৈনা অয়াল খুতমনি।

১৬। নোংখোং মরু অকোম্নবা,
হৌনা লমসাং অতিংবা,
লোইবা লোম্বা লমতাক্তে।

মপু থৌবগী লম্বী অসি সাংগ্রে। লোইবা লোম্বা নত্তে পুম্নিচুম্না থাম্লুনা ঙমখৈ ফংবা ঙমদে। কনাগুম্বনা য়ুম্ন পাম্না পাম্না নীংলি, কনাগুম্বনা ময়ুম-মকৈ থাদোক্লুনা নীংলি। ময়ুম-মকৈ থাদোকপগী মতুংদসু, অমুক তাইবংপান পুমথা থাদোক্লুনা পুম্নমকসে হুনজেকলমহ্লুনা উমং-রামংদা চংখিহ্লুনা মপুবু থৌগ্রি। অঙকপনি কনানসু ঙমখৈ পীবা ঙমখিদে! লম্বেনগী থৌবা লোইবা নাইখিদে। অসিদসু নত্তনা মপোক কয়া কয়াগীসু মথৌ তাগ্নি।

১৭। য়েলহৌ মতিক য়াইবীরেন,
অমম লৈসা ময়ায়নি।

মপুগী অকনবা মালেম লৈসেমখি। তেংবানবা ওইহনখি। তাই-বংপান কাওহনখি। ইবুঙো মহাক্কী ঙমখৈ লৈতবা ময়ায়না অপাল অরং লেপখি। অমম-অঙ্গান খায়গ্নি। নিংথমকাম্বী নাইগ্নি।

১৮। হুমলেন নামিবা মালংবা,
মোংদম লৈপালবা পুম্নমক,
লৈসেম নুংসেম কুখিগ্লোম্নি।

মালেমদা তাইবং অচং-চত্তনা পাম্নিবা, লাইজ ইরোলমুংদা লেমলৈনা মোংলি-চারিবা, কোয়ৌদা উচেক্না পাইগ্নিবা, মুংসিংনা ফুইনা সিংলিবা, মালংবনা লিগ্নি-লিগ্নি হুমলিবা, উগ্নি-উপালনা চোংলিবা, নোমলিবা তেংবানবা মপুগী মথৌজাগ্নি। য়িংকুপকী মুংশা হোলহন্দুনা পুম্নমকপু থৌজানবীগ্নি।

১৯। মীতম মমি য়াওদনা,
উন্নি উপাল চোং সম-তু হৌরকপগুম,
নোংলোন হৌনবু য়াইথীরেম্মি।

ইথং খংহৌদনা মালেমগী উন্নি-উপাল চোংলকপগুম, হকচাং কয়াত্তগী শম-তু হৌরকপগুম, তেংবানবা অমস্থং মালেম তাইবং অচৎ-চত্তা পূন্নমক মপু মসাদগী হৌরকপনি।

২০। লাইজ কোল্লোন
লাইজনুংদা ইতাকখি।
লৈসেমগী পোক্রম মরম
অপোকপদা হুনজিন্নী।

তেংবানবা মপুনা মতম ওইনা সায়োন্দুনা মতম মতুংইন্না মতম মতমগী অমুক অমুক লৌসিল্লি। ইশিংদগী পোকপা কোঙোম্না ইশিংদা অমুক তাকখি তিনখিবগুম পূন্নমকসি মপুগী মফমদা অমুক তাকলি তিল্লি।

২১। তাকপা সৌবা কোজোনগুম,
অপোকপগী লৈগ্রুপতা;
তাকলি সৌরি মরম য়াম্নরম।

কোঙোম্না ইশিংদগী অমুক পোকলি, অমুক তাকলি। পোকপা তাকপা সিন্দোক সিজিন তৌবগুম অচৎ-চত্তা পূন্নমক'সে মপুগী মফমদা অমুক তাকলি তিল্লি। অমুকস্থ হৌরি, অমুকস্থ চাংলি।

২২। তত্রবা ইচেল কুম্মেনি,
শিদ লৈপুন লৈতেংনি।




নিংথম কান্বী নাইবনা, অমম-অঙান খায়বনা, ... কুমজা চাকলোনবু মতমনা অমুক লোইবা লৈতবনা মপুংগী পুথোক পুসিন কুম্মৈবু অমুক থম্বা লৈতে। অচৎ-চত্তা লৈতেংসু অমুক মুৎপা লোইবা লৈতে।

২৩। কায়বী মসাদগী মীসেম্বুং,
পরিং লাংসিং, তম্ববু,
অমুক কায়বী নুংদা,
পরিং লৈতম হঞ্জিল্লি।

মিরাংগী মহুম'সি মিরাং মসাদগী পুথোক্নুনা সাবনি। মিরাংনা মফম হোংলম চৎলমদাইদা মসাদগী পোকপা মহুম অদু; মসাদা অমুক তিলহন্দুনা মপোপ ইকায় কায়দনা পুহুনা চৎখি অমসুং মফম অমদা অমুক নৌনা মহুম সাকুরি। মতৌ অসুম্না মালেম তাইবং অচৎ চত্তা পুম্নমক মপুনা অমুক অমুক মপোপ ইকায় কাযদনা অমুক লৌসিল্লি। মপোপ ইকায় কায়দনা অমুকসু পুথোকলি।

২৪। নোংদম লৈকুম নোংকুপ পুম্নমক,
নুংদ হিরি কোন, থা চিক লোয় পোথা তম্মীবা;
শিদ মপু অপোকপগী নোংঙমনি।

মালেম তাইবংপান অসিদা অচৎ-চত্তগী লৈতেং ওইরিবা অমসুং অচৎ-চত্তনা অমুক অমুক লাক্লি হঞ্জিল্লিবা, অচৎ-চত্ত পুম্নমকপু পোকপা শিদব মপু অপোকপগী শিদ-স্না রাখলদগী ওইরিবা ঙাক্তনি।

২৫। রায়েল চুপন্সি অপোকপা,
লাকপা হনবগী মপুনি অপোকপা।

তাইবংপানবদা পোকখকপা, পোকলতুনা পুন্সি কুম্মৈ হ্নারিবা, পুন্সি কুম্মৈ লোয়হনা সিন্নিবা পুন্নমক'সি অপোকপমা লোয়নম মপু ওইরি।

২৬। নিংজবা নোংদমতনা ফংবনা,
চিকলোয় য়াব্রা থৌজালখোনগী ;
পুন্সি ইচেল খোংইনখি।

তেংবানবা মপুবু থৌরাই, হকচাং, পুন্সি, রাখল, পুক্নিং, লৌশিং অমত্তা ওইনা নিংলিবা তাইবংনা মপুগী চিক্লবা, মুংশিরবা খোঞ্জেল, ইনিনখোলবু চীক্লা লেম্না ফংজখি। অয়ম ওইরবা থৌজাল মহৈ খডিক ফংজবা অহুনা নিংজবগী পাঙ্গল ওইনা পুন্সিচুপ্পা নিংজবা সৈহেক হেক-চহুনা নিংজবা মতুংইন্না পুন্সি মহৈ য়ানজখি।

২৭। চিকলোয় য়াব্রা কোলহৌরোন অচিকপা,
থৌজাল পারিং চেক মোক লাওদবনি।

মপুগী খোঞ্জেল কোলহৌরোন। চীক্লা চিকপা পুমচিক চিকপা, অচিকপদা চেক-মোক লাওদবনি। পাওচেল তোয়বা অচিকপদা পাওতাক তোয়বা মপুনি।

২৮। নুংথুপ মমি নাইদবা
মপুগী য়াব্রা ইনিল য়াকায়নি।

তাইবংপান্না মহাক-মহাক্কী নিংজবা মতুংইন্না, মহাক-মহাক্কী থম্মোই-মুংদা মপুনা য়াকায়রকপা থৌজাল য়াদা ইনিল য়াম্না চেকসিনবনি।

২৯। মোংদমলেন অপোকপগী,
নুংশি নোংদম হৈখোংবু নিংজবা ;
মপুগী য়াব্রা ইনিলগা কোলহৌনা কোলেনখি।

পুক্লিং পুকচেল অমত্তা ওইনা মপুবু ক্সিবা কনবা তাইবংনা মপুগী, মতিক-ময়ায়, মঙাল, মথৌজালবু তোয়না তোয়দনা খঞ্জরিবা তাইবংনা অচিকপা চেকসিনবা পাওচেলবু লৌবা ঙমজথি।

৩০। রাখল পুক্লিং লৌশিং নুং
থৌজাল থোয়বা মপুনি।

তাইবং থৌরাইগুম্বা চিন্না রারী সান্নবা, চিন্না পাওতাক পাওমেন্না, পাও চেলবা মপু নত্তে। রাখল পুক্লিং লৌশিংগী মহুংদা নিংজবা মতুংইন্না পাওতাক পাওচেলবা মপুনি।

৩১। থাম্বী মৈরা লাইজ ইশিং হুমলেন নামিবা,
য়ায়বী লৈসা হামলেন কোনস্নাও মঙাগী;
লিকলু ওইবা মপু নি।

মৈ, ইশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিয়া মঙানা পুল্লগা মপুগী মওং লেপলিবা, তেংবানবা ওইরিবা, তাইবংপান ফাওরিবা, অসুম ওইরিবা ময়ায় মঙা অসিগী সুপ্পা লিকলু ওইবা মপুনি।

৩২। মঙাগী লৈপুন অমনি,
অমগী থৌরাই মঙানি।

অসুম ওইরবা মৈ, ইশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিযা ময়ায় মঙা অসিনা পুল্লগা সুপ্পা মপুগী মওং-মতিক ওইরিবনি। মপুগী পাম্বৈনা মঙাগী ময়ায়বু তাইবংপান্না খংহনথি।

৩৩। মঙানা মপুনা থৌজালনি,
কোয়ৌ মালেম সাংপনি।

তেংবানবা মালেম তাইবংপান থৌরাই পানবা পুম্নমক্কী মৈ, ইশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিয়া মঙাগী মতিক-ময়ায় মঙাল মপুং লৈতংনি।

মঙাগী মতিক-ময়ায়না মথং মথং সম্বরক্নুা মালেম তম্পাক্তা অচৎ-চত্তা থৌরাই পানবা'মা সিন্ন-থুংনা লৈখি।

৩৪। লাংওন ঙমদায় মপুনি,
মরিক চুম্না রাখলনি।

পূম্নমক'সিবু সেম্বীবা, পূম্নমক'সিবু তাকপী-তম্বীরিবা রাখল পুক্লিং লৌশিং পীরিবা তেংবানবা মপুনি। পূম্নমক'সিগী মপী-মপা ওইবনা অফ-ফত্ত, অনেম-অরাং, অচুম-অরান্ন, পূম্নমক'সিবু লাংবন কাওরেন সনসেনবগুম সেল্লিবা মপুগী লমচৎ সিংথা ঙমদৈ লৈতবনি।

৩৫। কোরৌ রাংলেন লমথোয়বা,
লাইজ ইনুংবুং চিক থোয়বা মপুনি।

অমাং-অতা লৈত্রবা, হোংবা মুৎপা নাইত্রবা, মক্রুবা মচুনা ফুদোংলিবা, কোরৌ নোংমদোনগুম্না লুমলবা মপুনি। তাইবং পানবগী ইনিলখোল ফাওত্রবা, লুম্না চিক্লবা, ইনিলপুংগুম চৌক্লা লেম্বা মপুনি।

৩৬। য়ায়বী মালেম লৈতপ্নী,
লৈসা ইংবী মপুনি;
পুক্লিং লৌশিং মপুনি।

অচৎ-চত্তা পূম্নমক মতমপাক্তা হিংলিবা, খোমলাং ইরন পূম্নমকপু য়োক্লিবা তপ্না তপলবা, ইংনা ইংলবা মালেম তম্পাককুম্না ইংনা তপলবা মপুনি। মালেম'সিদা নিংথম কাম্বী কয়া লাকপা, নোংজু-মুংসা কয়া থুংলবা, অমম-অঙান কয়া খায়রকপদা করিগুম্বা তুজুং মীপাইবা লৈতনা মালেমনা মহৌগী চৌক্লা-লেম্না, ইংনা-তপ্না, মোংহাদনা লৈবগুম রাখল লৌশিং তপ্না তপ্না, ইংনা ইংবা মপুনি।

৩৭। লিরি লিরি মালংবগুম,
মেংনা ইংবা লাংলৌনি।

মালংবা লিরি লিরি হুমলকপনা হেকোল-লৈকোলগী মুংশিরবা হৈগী হৈনম, লৈগী লৈনম পুরক্লুনা অরাবা অরাবা কয়াগী থম্মোয়বু ইংহনবগুম মপু নিংবসিংগী মফমদা লিরি লিরি মালংবগুম, মপুগী মুংশিরবা, কাও-ওমদ্রবা য়ারা ইনিল কয়া কয়াবু ইংনা মেংনা হুমলক্লুনা নিংজবসিংগী থম্মোইবু ইংহল্লী।

৩৮। খাম্বী মৈরা মৈতোনগুম
নুংশি লাঙ্গোন মপুনি।

খাম্বী মৈগী মৈতোন্না থোয়দোক্লা মৈরা ফনা চাক্লবা, মপুগী থোগল পুরিবা, থাওমৈগী লিরি লিরি মঙাল, তঙাং-তঙাং ঙানফেৎ ঙানফেৎ ; ঙাংঙে ঙাংজুনা, ঙোরে ঙৌজুনা মৈরা লাম্না চাক্লকপা। পুক্লিং হুরবা মৈতোনগুম্নবা, পুক্লিং লৌশিং সুমহৎতুনা মুংসিবা মপুনি।

৩৯। মপুগী খুৎসেম মুৎনাইদে
লাংওন কুম্মৈ শিংনাইদে।

চক চক খুদিংগী সাযোল্লীবা, সায়োন কুম্মৈ ওমখৈ লৈতবা মপুগী তাইবং কুম্মৈদি অমুক লোইবা লোম্বা লৈতে। মীয়োন কয়া লাক্লি, মীয়োন কয়ামুক হনখ্রি। চেকলম কয়া, ঙাবম কয়া, সিংলম কয়া, হৌরক্লি লাক্লি, হনখ্রি মুৎখ্রি। মতৌ অসুম্না লাকপা, হনবা, হৌবা মুৎপা কুম্মৈ অমুক খংবা লৈতে। কুমজা থাজ চয়োন কয়া ওল্লি। কয়ারক লাক্লি, অমুক তংপা-কাংবা লৈখিদরে।

৪০। কুমথাং অনি কুমথাই তক্লক্লা,
থোপু থোওক মুৎনাইদবনি।

কুমসিমা সজিবু ওইরি। নোংমৈসু অমুক ওইরগদৌরি। ঙসিসু নিংথৌকাবা ওইরি। মতুংদসু অমুক ওইরগদৌরি। নিথমকাপ্পী লাক্লি, কপ্পা কয়াক্ক লাক্লি। মতৌ'সুম্না মতম্না অমুক লোইবা লৈতবগুম মপুগী য়াংন কুমৈগী অমুক অমাং-অতা লৈতনা তাইবংপান্দা থোক্লানী।

৪১। মতমগী থোংনেদা য়াওরি,
চক চক খুনিংলী সাইওন্নি॥

মতমগী মতিক, মপুগী মতিকনি। মতম্না মপুনি। কুমজা থাক্ত চয়োল্লা মতম মতমগী ইশিং-নুংশিং, লমচং-সাজং লোয়নননা ওল্লকপা য়াওন, মপুগী য়াওন্নী। অসিতসু মতমনা, মালেম তাইবং অচং-চত্তগী তাইবং পাওচেল পুন্নুনা চক চকী সাইওন্নী।

৪২। মীনম্না মরা পুকচেলবু
লৌনম্না মউ য়াখনবু।

মপুগী মতিকপু থোসানবা, সেপ্পীবা মপুবু য়াত্রিবা, মমিং উমা উমা তাংবগুম্নবা, থম্মোয় পাল্লা পাল্লা পান্দবগুম থম্মোয়না, য়াখলনা মউ ওইবা তমথিবা পুকচেল পুবা মীওইশিং।

৪৩। খুঙ্লিং কোকোন হিংচাবগী,
থৌচং থৌওন তাইওন্নবগী।

মীওইবনা চংকদবা লমচং-সাজং, থকসি-খাসি নাইদবা, অহল-লমন তাইবং থৌচং মশক থংদবা, তাইবংপান্দা চন্নদবা তাইওন্নবা লম্বেন চংলিবা।

৪৪। মীনম্না লমকোন তৈমুক্তন,
লৌনম্না মমী মউ তুপ;
ওইরবগুং সন্নন চুমথোকপী।

অসুম ওইরবা মীনম্বা, অৰিবরবজিংনা ছিঙোন কোইবগুম্না কোইহনা লৈবনু, মীনম্বা ছিঙোন মুখতুনা মীনম্বা মমি য়াংহল্লি। লৌনম সংনা শায়েল ওইনা হৌরকপগুম, লমদম খুদিং গৌরক্লগা মতমদা, লৌনম্বা মউ তুপথতুনা লৌনম্বা মমি মুখংপি। তাইওম্নবা তাইবং পুম্নমী লম্বেনবু চুমথোকপি।

৪৫। পুন্সি মওম্না তানিঙাই ;
পাম্মু অরেম্বা নুংশি'চুম্বা থৌজাল্লী।

তেংবানবা মপুনা মতম মতমগী চক-চক্কী, তাইবং পাওচেল পুহনা য়াওন লাকপ'সিদা, লৌনম্বা, মীনম্বা তাইওম্নবা কয়া কয়া কোকথোক চামথোক, সেংদোক চুমথোকপীহনা মপুগী খুৎসেম নুংশিরবা, মালেম পাম্মুরবা তাইবংদা ; পাম্মু নুংশি মসক খংনা মপুবু নিংজবা পাঙল ফংহনখি।

৪৬। পাম্মু নুংশি হৈথোংদা,
অেংদম থৌসিন মথৌজান ;
পাম্মু নিংজ নুংশি লাঙোনবগুম।

তেংবানবা মপুগী খুৎসেম'সিদা মপুবু অমসুং পুম্নমকপু নুংশিবম্না খুৎসেম মরুনি। ঈমাগা-ঈপাগা, ঈচাম্না-ঈসুগা, সাগৈগা-ভাইগা, তাইবংগা মপুগা, পাম্মু নুংশিনবম্না মালেম তাইবং লেপ্লিবনি। অসুম ওইরবা নুংশিম্না অরায় খংবা, পাম্মুবা মতিক খংবা তাইবংনা পাম্মু-নুংশিবু চেকা চিঙোকবগুম, পোম্বী চিন্দিম্নবগুমখি।

৪৭। থঙোকনুংশী ঈরাওথোক,
পাম্মু নুংশি মাকায়থোল,
নিংজ পাম্নে থৌজানখি।

মুংশিবা মশক হংবা তাইবংনা, পাম্মুবা মশক হংবা মুমুনা মুংশিবা পুকচেলনা ময়ুং ওইরগা, পাম্মুবা রাখলনা মফেন য়েত্থনা মপুবু নিংজরিবা, তাইবংনা লেংঙ্রবা মপুগী মুংশিরবা, পাম্মুরবা মঙাল ফংজত্না মপুগী থৌজাল উরুমথাদা পুন্সি লৈপুন ওইজখি।

৪৮। পাম্মু লৈপুন রাংথোয়বা,
নিংজবা মহৈ হেনথোয়বা।

মমল নাইদ্রবা মুংশিনা মুংশিরবা, পাম্মুনা পাম্মুরবা মপু মাবু ফংজরবা মপুগী মথৌজাল ফংজরবা তাইবংপান, মাঁলেম তাইবংদা ফংগদবা অতৈ করিস্ম চিংথদ্রে।

৪৯। তাইবং সামবা লানখ্রে,
পুন্সি লেপ্পা পালোনখ্রে।

মপুগী মথৌজাল ফংজরবা তাইবংনা তাইবংপানগী অয়েৎপা, অপনবা অকায়বা, পুম্নমক্কগী মসা অত্থ পুমসেং সেংখিত্থনা পুন্সি রাংমা লানখিত্থনা, অমকপা লৈত্রবা শিদ উমংগী শিদয়ায় শিদ লৈকোনগী নাদয়ায় ফংজখি। পুন্সি মহৈ য়াঙ্খি।

৫০। মীরেন সকয়াম ইতিম্ন,
থম্মোয় নুংশি লাজোনখি।

মপুগী থৌজাল ফংজবনা, তাইবংসিদা মহাক্কী থম্মোয় অত্থ মুংশিবা অমম্নুং পাম্মুবতনা লৈতেং ওইবনি। অংৎ-চত্তা পুম্নমকপু মুংশিবা হৈবা মহাক্কী থম্মোয়গী মুংশিবগী সরুক অত্থ পুম্নমক্তা য়াওগ্রে অমম্নুং পুম্নমকপু সুপ্না অমত্তা ওইবা থম্মোয়না মুংশিরিবনিনা, মহাক্কী থম্মোয়দা পুম্নমক সুপ্না পুম্না মুংশিবগী মওংদা তিনখ্রে।

৫১। য়ায়বী মীরেন য়ায়বীরেন,
থৌরাইগী থৌসিন মপুরেন,
থৌরম থৌসিন থৌগারি।

তাইবং হুকচাং কযাংস্তু থৌরাই মানা য়াওব্রবদা করি পাম্বৈ লৈত্রে, থৌরাই মাস্তু মপুগী মতিক মন্নায় মঙাল নত্তনদি থৌসিন অরাবা ওইরি। পুন্সিগী থৌরম থৌদোক থৌদাং পূন্নমক্তা থৌরাই অমস্তুং মপুনা স্থপ্না অমত্তা ওইনা পুন্সি থৌদাং থৌগারি।

হুম লাইনিংথৌ শিদবা হুমনা নিংনা,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি মপুগী,
"শিদ-লাওচেল" অনিসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।



( তম্বুবা পন্দুপ )

# থৌরম

১ । য়ালেম শৈহৌ মচিন থৌসিরোন,
থৌরম মরু থৌগারি ।

পুন্সিগী য়েলহৌ মচিনবৈ, ঈমাগী খোম্লাং হেক থকপা হৌরকপদগী পুন্সি লোম্বা ফাওবসিগী মনুংদা পুন্সিগী থৌদাং থৌরম থৌদোক্কা মরুনি। পীক্লিবা খোম্লাং থক্লিবা অঙাং অদুসু মপুন্সিগী অচৌবা মথৌ অমনি। খোম্লাং অদুনা থক্রুবদা ছিংবা য়াদা নত্তে।

২ । নোংদম থৌদা থৌখংদ,
ব্লায়েল মথৌ থৌপুদ ;
তাইবং মহে কেমজিদো ।

থৌরম্মা মরু ওইরবা, অসুম ওইরবা তাইবং পুন্সি অসিদা মহাক মহাক্কা সুগদবা, তানগদবা, নোমগদবা, মথৌ নোমদহুনা অরেম্বদা মতম মাংহন্দুনা, অরেম্বা মমল য়াওদবা ওইনা পুন্সি লেপ্লিবসিংগী তাইবং মপোক অরেম্বনি ।

৩। মিকুপ নাহুম থৌকাওদ ;
হকসেন কানবা থৌরম্মি ।

হৌজিক করি সুরি, করি তৌরি, হোরেন করি সুগদৌরি অসিনচিংবা পুন্সিগী থৌরমশিংবু মিকুপ পুংজা খুদিংগী লেপ্পা লৈতনা পুন্সি চুপ্পা তাইবং মতৌ ওইবগী হৌনবী মহাক মহাক্কী থৌরম্মা পান্ন-সেন্নরিবনি ।

৪। কয়াৎ পাফন সথায়সিং,
থৌরম মপুং লৈতেংনি।

মনুগী থুংসেম তাইবং কয়াং অসিগী মনুংদা মিং, মাতোন, চিন, য়ানমিংবা হকচাংগী সথায় লৈরিবা পূন্নমকসে মহাক মহাকী থৌরম অমমম লোয়নমা লেপ্লিবনি। মিংনা য়েংবগী মথৌ, মাতোন্না কুংশা হোনবগী মথৌ, চিন্না চাবা-থাংবগী মথৌ, থুংনা সুবগী খোংনা চৎপগী মথৌ। অসুম্না সথায় পূন্নমক মহাক মহাক্কী থৌরম লেপ্লুনা পুনম্নি।

## ৫। রাখল পুক্রিং লৌশিং থৌরম পুনা সরেংম্নি।

থৌরমগী মরুওইবদি রাখল পুক্রিং লৌশিংগী রাখলনা থল্লকপা, লৌশিংনা থিরকপা, পুক্রিংনা নিংলকপা মতুংইন্না মসাগী থৌরম পাং-থোক্কদৌরিবনি। অসুম শুইনবা রাখল, পুক্রিং, লৌশিং অসিদি মপান্দা উবা ফংবা নত্তে। হকচাংগী মনুংদা পুক্সিগী ওইনা, লোয়নবা ওইনা, শাক্তোন ওইনা থুপ্লুনা লৈরিবনি। মপান্দা উবা ফংপদবদি, মহাক্না থল্লবা মতুংইন্না থৌরম পাংথোক্লগনা উবা ফংই।

## ৬। হকলোন মরোল পূন্নমক, থৌদারম থৌসি থৌকাওবদি।

তাইবং হকচাং কয়াং অসিগী মনুংদা মিহুন মিহুন হুনবা হকচাংগী পাওচেল তাকপা, সিংলিনা হকচাংগী মনুংদা লু-তোংগী মরক্তা, ঈরম-ঈথোং পুনা চেনবা হকচাংগী সুংদাই ওইনা তাংনা কয়াংপু লেপহল্লিবা পূন্নমক'সি কপুনা থৌজালবীরকপা থৌরম থাক্কনি। হকচাং মনুংদা মহাক মহাক্কী থৌরম লেপ্লুনা পুনম্নি।

## ৭। অমম-অতান রাম্লেংপুং, রায়েল থৌজাল লেকসোরদে।

মালেম তাইবংপান্দা অময়-অঙান অনীনা নোংময়-নোংময়গী মুমিৎপু মপুং লেপহল্লি। ঙসিতগী নত্তে, মালেমগী য়েলহৌ মচিনঙৈদগীনি। নোংময়গী মুমিত্তা অময়বা শকক খরা, অঙানবা শরুক খরা অনীনা সিন্দোক-সিণ্ডিন নাইনা নোংময়-নোংময়গী মথৌ পুনরি।

**৮। তৎপা কাংবা নাইদবা,**
**মতময়গী থোংলৈনি।**

কুময়ানা কুমওনবা, থাজনা থাওনবা, চৈয়োল্লা নোংমা নিনি নাইনা চৈওনবা, পুম্নমক'সে য়েলহৌ মচিনঙৈদা তাইবংপাল্লা হৌঙৈদগী মপুগী নোংদম্না তৎপা কাংবা লৈতনা মথৌ থৌদা পুনরি।

**৯। থৌরম মপুং থৌসিন্দা,**
**লেংদ অরেপ্পনা লিকলুনি।**

পীক্লা পীক্লবা থৌরম অমদগী চাওনা চাওরবা থৌরম অমা ফাওবা পুন্সি থৌরম থৌদাং পুম্নমক্তা, মতম লৈবখিবিত্তা রাখল পুক্লিং অমত্তা ওইনা লেপহনগনি। মতুদতা পুন্সি থৌদাং কোম্না থৌপাংগনি।

**১০। পুন্সি রাচুম লমদাংদা,**
**ইনুংবা নোংলেন পুন্সিরোন ;**
**সিংনাইদবা কুমসিং পুন্সিনি।**

মপুগী খুৎসেম'সিদা পুম্নমক্কী অরুবদি অচুম্বা অমসুং অরেপ্পনি। পুন্সিদা অচুম্বা অরেপ্পা থৌরম থৌদাংদা অরা-অনং খংনা পুন্সি লোম্বা তানগনি। অচুম্বা অরেপ্পা লম্বেন্দা পুন্সি মুংসাং য়ামদ্রবস্থ মহাক মহাক্না চৎচরম্বা পুন্সি, অচুম্বা অরেপ্পা মথৌদাংগী মঙাল্লা লেংদবা ওইনা, মতম সাংনা লেংদবা থৌরমগী লেংদবা মীংচৎ লৈহৌই।

১১। ওইদপুং মত্তং পুন্সিদা,
হৌন সম্নন ব্রাংমদা ;
কুমসিং সিংবা অরেম্বনি।

মীদি ওইরে হায়রগা, মীগী লমচৎ, মীগী সাজৎ চৎত্রবা, মীওইবগী হীনবী, কৈরোই লৈকাইগী চৎনবী, নমথাক ওইদপুংনা মপুং ওইনা ৎলিবা, খ্বাই তাইবংনা মহাক্কী লমচৎ অতুবু উরু য়েংলু তারুরগা তুজুং তনসিং-মাইসিংনবগী পুন্সি সাংনা হিংত্নুনা লৈবা পুন্সি অরেম্বনি।

১২। মদোম মহৌ থৌরম্মা,
মিকুপ নাতে মিৎলম থংনা ;
পুন্সি থৌদাং থৌগারি।

তাইবং পুন্সিদা, তাইবং মীওইবনা চৎকনবা, অচুম্বা অরেপ্পা চৎন পম্বেন কয়া কয়ানা পুন্সি লমজিংবীগে হায়দুনা, তাইবং পুম্নমক্কী মাংদা লপ্পতুনা য়ায়ফরবা থৌরম সিংসে লৌ, চৎলু, হোৎনৌ হায়না তত্তুনা পাওচেল্লী। ঈমা-ঈপা, অখং-অহৈগী নিংথিবা পাওতাক পাওমেন, য়ায়রোন থৌচৎকী ; মঙাল তারবা য়ায়ফরবা পাওচেল, পুন্সিগী অচুম্বা অরেপ্পা লমদাংগী মাকায়খোল অসিনচিংবা কয়া কয়ানা তাইবং পাওচেল তাইরি।

১৩। হৌবা লোইবা থৌজাল খোল,
থৌরম খোংলে থৌজালনি।

মসা মসাগী থৌরম মতুংইন্না, অচুম্বগী ওইরে অচুম্বা, অরানবগী ওইরে অরানবা, অফবগী ওইরে অফবা, ফত্তবগী ওইরে ফত্তবা, মতৌ অম্নম্না মতোম মতোমত্তগী থৌরম্মা, মপুগী থৌজাল অফ-ফত্তা নাইনা থায়রি।

থৌরম লৈতনা থৌজাল লৈবা য়াদে। মরম অদুনা থৌরম্না থৌজাল পীবিরি।

১৪। থৌরম পুন্সি নোংদমনি,
থৌদাং পামেল মহেনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা মতুংইন্না, থৌরম্না মপুং ওইরিবা তাইবং পুন্সিদা, তাইবংদা পোকচমনগী পুন্সি মহৈ য়ালহনবা হায়বসে; পুন্সিগী য়ায়ফ থৌরম তৌরিবসিংন পুন্সি য়ায়ফ মহৈ ফংজহনা মপুগী মতিক হেনগৎহল্লি।

১৫। রায়েল থৌসি পুন্সিদা,
অকাও ফিরুপ হাংগনি।

মিকুপ পুংজা নোংমা নাইনা লেনবা পুন্সিদা, পুন্সিগী হৌজিক পুরিবা থৌরম, হোরেন পুগদৌরিবা থৌরম পূম্নমক অসে ঐগী কাওফদ্রবা থৌরম্মি নিংগনি। ইসা ইসাগী থৌরম কাওফদে।

১৬। থৌসি মপুং থৌরমগী,
পুন্সি থৌদাং ময়ায়বু;
রায়েল চাংদম থৌনিজগনি।

মালেম তাইবং'সিগী মনুংদা লৈরিবা তাইবং পূম্নমক অচৌ-মচা, অহৈ-হৈত, অখং-খংদ মহাক মহাক্কী মপুন্সি থৌরম পুনবা ওাক্তনি। পুন্সি মথৌদাং কনা কনাগুম্বনা য়াম্না খংসিন হৈসিনখ্রি। কনা কনাগুম্বনা হোৎন হোৎননস্থ খংসিন হৈসিনগে হায়বা ইয়া যাদে। মতৌ অসুম্না পুন্সি থৌরমদা ইসাগী পুক্নিংনদি য়ায়ফবা থৌরম অসিগুম্বা পাংথোক্কে হায়না খল্লে। অতুবু খনবদগী হেনবা থৌরম:পাংথোকপা ইয়া য়াদবা মরম অসিনা সুগদৌরিবা থৌরমগী মরায় মওালগী মতিকপু মপুন্দগী নিজগনি। মপুগী থৌজালতনা থৌরমগী মতিক ময়ায় পাঙল ফংজহনা

পুন্সি মথৌদাং পাংথোকপা ঙমজে। থোয়দোক্লা খনকমনু পুন্সি থৌদাং থৌরমদা থোৱাই হকচাং, রাখল পুক্লিং লৌশিং য়াওনা থৌপুন্নবদা থৌরম অহু লেপ্পা পাংথোকপা ঙমজে। থৌরমদা থোৱাই হকচাং, রাখল, পুক্লিং, লৌশিং চপ মান্নবা য়াওবা হায়বসে মপুগী মথৌজান্নি। মপুগী নোংদম নত্তুনা পুন্সিদা ফংবা য়াদে। মরম অসিনা থৌরমগীদমক মতম পুন্নমক্তা মপুদগী থৌনিজগনি।

১৭। পুন্সি খুরৌ সিংখলদা,
য়েক সোয়ক্নদবা থম্মোয়দি ;
থৌরম মহৌ মুৎনাইদে।

অরেপ্পা লৈতবা পুন্সিনি। অঙাংদগী পাখং, পাখংদগী অহল, অহলদগী হন্নুবা, মতৌ অসুম্না ওন্ন-ওন্ন চৎপা পুন্সিগী খোংচৎ'সিদা, অগা অনং, অনা অয়েক্লনিংবা পুন্সিগী খুদোংথিবা কয়া কয়াগা মাংোক-লান-থেংনরিবা তাইবং পুন্সি লানফমদা, রাখল পুক্লিং লৌশিং অমত্তা ওইনা লেপ্পা থৌরম পুরিবা তাইবংনা, অথাবা অনংবা কয়াদসু মহাক্কী তাইবং মতৌ ওইবগী মথৌদাং কৈদৌন্নুংদসু থাদোকপা লৈতে।

১৮। থৌসি নম্মো থোংখনা,
থৌরম কৌনা মপু খুয়াদা তেংথানৈ।

অওকপনি মপুগী খুৎসেম। মপুনা সেম্বীবা মালেম, তাইবং পুক্লিং হুবগী মশক্লি। মপুনা থৌজাল মপুং লৈতেংবীরিবা, তাইবং কয়া কয়ানা মশাগী লনাই ওইবা ওইজবা থাদোক্তুনা মপুগী খুৎসেমগী নিংথিবা হেনগৎনবগীদমক থৌরম কয়া কয়া পুরি। লানফমগী ময়ায়দা ময়ায় কারবা লানমীসিংনা মসাদা খুৎলায়না তমথিনা পান্নবা কাওবদা,

সিগদোরিবা মিকুপ ফাওবদা অমুক হোৌগৎতুনা যেক্ন মায়োক শাগে হোং-নবগুম, পুন্সি থৌরম থৌদাংদা পুন্সিগী অরোইবা মতাং ফাওবদা মসাগী মথৌদাংবু নীংশিংতুনা মপুদা তেংথানরি।

৬৯। থৌরম থোইবা পুন্সিনা,
নিংনপুংগী সকলোনগুম,
খম্নুং ইতিন্দা ইতিনহল্লী,
নিংঙমদবা ৱায়েল লমন তেংথাহল্লি।

পুন্সি মথৌদাংদা ময়ায় কনবা, মতিক চাওবা, থৌরম মশক শংনা তাইবংনা মহাক্কী অচুম্বা মথৌদাং খ্বাই পূম্নমকস্থ য়ায়থহল্লী। পুন্সি লম্বেন চৎনা লমদাংনচিংবা তাকপী তম্বীতুনা অতৈ-অতৈবুস্থ অচুম্বা লম্বেন চৎহল্লী। থৌরমদা মতিক অবনবা ওইবনা মহাক সিরবা ফাওবদা খ্বাই তাইবং পূম্নমকপু সিরবা মহাক্কী মোংফমদা পুরক্কুনা, পুলহন্দুনা থৌরম মতিক মঙাল ফাওবা থৌরম মহৈ অহুনা খ্বাই তাইবং পূম্নমকপু অসিগুম্বা য়ায়ফবা অচুম্বা অরেপ্পা লম্বীদা পুবিয়ু হায়না মপুদা তেংথারি।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি থৌরমগী,
"শিদ-পাওচল" অহুমগুবা পন্দুপনা য়াইফরে।

---

( ৪সুবা পন্দুপ )

# হোৎনবা

**১। মপুগী মঙাল য়োয়হেনবা,**

**হোৎন থৌজাল খোংইম্নি।**

সেম্বীবা মপুগী থৌজাল মতুংইন্না তাইবং পুন্সিগী থৌরম থৌদোক পূম্নমক্তা ইসাগী লম্নাই ওইনা য়াম্না কন্না থৌরম পাংথোক্লবা হোৎনজগনি। অহুদতা থৌরমগী ময়ায় লোয়নননা মঙাল তাগনি।

**২। তরা কৈথেল পুন্সিরোন,**

**হোৎনজবা লাঙোয় লুকমাইনি।**

তাইবং পানবগী পুন্সি কুম্মে তম্পাক'সিদা অবা-অনং কয়াগী মায়োক লানফমদা পুন্সি অমসুং পুন্সিগী থৌরম থৌদোক পূম্নমক'সে হোৎনবগী মখা পোনবনি।

**৩। নোংদম চাংদম য়ায়েলনা,**

**হোৎনজবা পাম্লে লমথুংঙি।**

পুন্সিগী থৌরম থৌদোকসিং অসিদা রাখল পুক্লিং লৌশিং লোয়নননা থৌরাই য়াওনা থৌরম হোৎনজরবদি, থৌরম অহু সোয়দনমকী পাং-থোকপা ঙমজে। পুন্সি পীবা পুন্সি মপুগী, থৌরম পীবা থৌরম মপুগী থৌজাল লেপ্পা ফংবা ঙমজে হায়বা অসি অরেপ্পনি।

**৪। য়েক্র লাঙোয় অতনবা,**

**থৌরম খুরো য়েৎপনি।**

পুন্সিগী থৌরমদা থৌপাংগে হায়না থৌরাই য়াওনা হোৎনজরবদি থৌরমগী য়ায়ফবা মহৈ ফংজৈ। অস্তুবু থৌরমগী থৌদাং হোৎনবা অসিদা মসক মমি কয়াৎ ইলৈ লৈতবা, মফম মরাং ইথং ৼদনা লাকপা অতনবা হায়বা অসিনা হোৎনজবগী য়েক্লবা ওইনা থৌরম পূম্নমক্কী হোৎনজবা পূম্নমক্ত। অতনবা মানা য়েক্লবা ওইনা অপনবা পীরি।

৫। নোংদম খোংলৈ মথৌজাল,
অতনবা থাদোকপা হোৎনবনি।

অতনবা রাখলবু গুমজত্নুনা, অতনববু নমহৎতুনা পুন্সিগী মথৌদাংদা; মথৌরাই য়াওনা থৌস্তু থৌপুন্নিবা তাইবং, তাইবং মাগী থৌরমদা মপুগী থৌজাল মহৈনা থৌরম মপুং লেপচখি।

৬। অহিং নুংথিল পোংখ্রাইদবা,
হোৎন থোয়বা লাংলৌনি।

পুন্সি মথৌ কনবা, মথৌদাংদ মথৌরাই য়াওবা তাইবং মসাগী মথৌ পুন্নকপদা মথৌনা হেন্না কনশি লুখিবনা মহাক্কী রাখলদা; অয়ুক নুংথিল অঙানবা নুংঙাইবা সরুকপু থাবুং অহিংনি। পূম্নমক পুমচিক চিকলি। ঐস্তু ঐগী থৌরম পুরিবনি। অস্তুম্না মহাক্কী থৌরমগী রাখলনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং ওইরি।

৭। ইনুংবা খোংদোই হুনববু,
ইনুং তৈনা নোঙাল রাখল ইংথরি।

মথক্তা হায়খিবগুম্না, থৌরম অকনবা ওইনা খল্লিবা পুন্সিগী মঙালগা লোয়ননা মতমগী মমল মসক ৼংনা থৌপুবসিংন', অহিংবু অয়ুক্কি, অয়ুকপু নুমিদাংনি অস্তুম্না খন্দুনা পুন্সি মথৌ পুরি। পুক্লিংদা করিগুম্না চরাংনবা লৈতনা পুন্সি ইংনা ইংথরি, অস্তুনা থৌপাংনবা হোৎনরি।

৮। হোৎনবা লাংলৌ য়েক সোইদ্রদ,
নুংশি থমম্না রায়েনগুম
পুক্লিং লৌশিং থমহল্লী।

পুন্সিগী থৌরম মথৌদাং য়াম্না কন্না হোৎনবা তাইবংনা মতম লৈব-থিবিক্তা ; মতোমতগী রাখল পুক্লিং লৌশিংসে অতোপ্পা লম্বেন্দা চত্তনবা পুন্সিগী মথৌদাংদা পুক্লিং চংনবা মতোমতগী লমচৎপু মতোমতনা থমহল্লী। পাম্মু নুংশি অনীনা নুংশিনবদি হেন্না অতোপ্পা লমফৈদা চত্তনবা ; পাম্মু নুংশি অমগা অমগা থমহন্নবগুম থৌরম কন্না মীওইনা, মহাক্কী অকনবা থৌরম্না মহাক্কী পুক্লিংবু রারক বাক্তেন্নী।

৯। রাচুম সুবা নমদাংদা,
হোৎনবা খোংলৈ ইচেলদা ;
ওইসপুং খোংদোই সেম্মরি।

মথক্তা হাযখিবগুম্না পুন্সি মথৌ কনবা, পুন্সি মথৌ মসক খংনা হোৎনজরিবা মহাক্না, হোৎনজরিবা পুন্সিগী লম্বেন মথৌদাংদগী, রাখল পুক্লিংনা চেল্লকপদা অমসুং চেন্দনা অতোপ্পা লম্বেন্দা চংকে তৌরকপদা মহাক্কী অকনবা থৌরম রাখল পুক্লিংবু য়াম্না কন্না সেন্নজে অমসুং থেমহুনা নৌহুনা অমুক ইংথহল্লি।

১০। সিংল্লি পাফন পূম্নমক,
হোৎন থৌদাং রাচুমদ ;
সোম্থ চোকথ রায়েনদে।

থৌরাই হকচাং, রাখল, পুক্লিং, লৌশিং পূম্নমক অনত্তা ওইনা মাম্নংনা পুন্সি মথৌদাং পুরিবা, মথৌদাং হোৎনরিবা তাইবংনা মথৌদাংদা হকচাংগী

মিচুন-থাচুন, সিংলি ইচেল পূম্নমক মসাগী মথৌদা থৌপাংবা নত্তনা চোকথবা লৈতে।

১১। হোৎনবা পুন্সি মহৈনা,
নোংদমলেনগী থৌজালখোন;
শিদ উমং থোংলৈদা য়াকাইখি।

পুন্সি মথৌ হোৎনবা কনবা মীওইসিং অয়ুক, নুমিৎয়ুংবা, নুমিদাংবাই মতম অছুম মসক খংনা থৌরম হৌবা, থৌরম লেপ্পা মসক নাইনা থৌ-পুরি। মপুগী খোংলৈ মতুংইন্না পুন্সি মথৌ পুবা হোৎনরি। অহেনবা অমদি মহাক্কী থম্মোয়দা মহাক্কী থৌরমগী রাখল অত্তুদা মতম পূম্নমক্কা য়াকাইদুনা লৈরি।

চুম লাইনিংথৌ শিদব চুমনা নিংন,
নওংনি, চুংনা নয়ায়নি হোৎনবগী,
“শিদ-পাওচেল” মরিগুবা পন্দুপনা য়াইক্করে।



( ৫সুবা পন্দুপ )

## নাপ্পন

১। নাপ্পন্না লাল্লোয় মপুন্সি,
হোৎনবা উপাল লৈমুৎখি।

পুন্সিগী থৌরম থৌদাং হোৎনজবদা মথৌবাই য়াওনবু, হোৎনবু হোৎনরবস্তু, করিগুম্বা মসিদা হোৎনরিবা মাগী রাখলদা নাপ্পন লাক্লবদি নাপ্পনগী অকনবা মপাঙ্গলনা হেক্তিল্লক্লুনা থৌরম মপুং লেপ্পগী মমাংদা; রাখলগী পাঙ্গল চাইথহল্লী।

২। পুন্সি নোংদমলেন থৌনিদা,
নাপ্পন থৌদাং কেমলিদো।

মসানা সুভ-নোমজবা হোৎনজরিবা থৌরম থৌদাংগীদমক ঐনা তৌরিবনি অসিনচিংবা নাপ্পন্না চাওবগী তাইবংদা তাইবংগী থৌরম অহু কুইনা তুং কোইনা থৌরম পুবা যাদে। মতোমতগী নাপ্পন্না মতোমতগী থৌরম পুন্সি তেলহল্লী।

৩। মৈরা লাম্ব নাপ্পন্না;
থৌরম তাঙ্গোয় ওলহল্লী।

নাপ্পন কনবা তাইবংগী, অকনবা নাপ্পন মৈনা চাকসিল্লক্লুনা, তাইবং মানা সুভবা নোমজগদবদো অরেম্বা তাহুনা তোকলি।

৪। অমা লৈরি কাওগনথি,
মদোম সিংথা সিংথেকলি।

তাইবংপান'সিগী মমুংদা মপু অমা লেপ্পী খন্দবা, নাপ্পন্না মপুন্সিগী অচৌবা লম্বি হায়না খল্লিবা, তাইবং মহাক্না খজিক্তুং সুজবা, নোমজবা,

তাঙবা থৌরমদা ঐনা সুরিবনি, অদু ওইরিবনি, অদা ওইরিবনি কয়া কয়া মদোম থাগৎ-থাগৎতুনা, থৌরম তৌওম্ববু মদোম কয়া সিংতেক সিংথারি।

৫। তাইবং মপুগী থৌজালখোন,
ঐ হায়বনা মাংওইরকপদা,
লেপ্পা ঐ য়াওহ্রে।

পূম্নমক'সিবু সেম্বীবা মপুনা হাযরিয়ে, তাইবং পানবনা সুজবা মপুগী মথৌদাংদা, ঐনি ঐনা তৌরিবনি, অসুম হায়না ঐবু সিংথা সিংথানা নাপ্পন সিংথারক্লবদি , অদুগুম্বা মকম, অদুগুম্বা থৌরম, অদুগুম্বা লম্বেন্দা মপু ঐ য়াওদেয়ে। মতোমতনা নাপ্পন চাওজনা, ঐ হায়না সিংথাখিবা মতোমতা অদুম তোক্লগনি।

৬। নাপ্পন নোংহৌনা,
নোংদম নোংজু লৈতবা ;
সুক্রা হৌরকপা নোংগুম্বনি।

সুক্রা মম্না, ফুইনা হৌরকপা নোংহৌনা নোংদোন সাৎনা কোইপাই পাই ; চুবদি খক ইচু চুদবা, চুগত্রা চুগত্রা হেক খন ইচুদি চুদবগুম ; নাপ্পন অচৌবনি। নাপ্পনতমক পংতৌ তৌ, থৌরমদি পাংবা ইওম ওঅদ ; মতোম মরম্মাই ওইরি।

৭। নোংখোং ফুইবা নোংজু লৈতবা,
অয়ুক অওনবগী নোংহৌনি।

অয়ুক অওনবদা হৌবা নোংহৌ, হামেং রাইনবা, যেলহৌডৈদগী পান্দম সিংথানবনি। মতৌ সুম্না নাপ্পন অসিসু মতিক থোনা পংফ ফবা, থৌরমদি ইপাং পাংদ, নোংহৌনা ফুইনা হৌরক্লগা ইচু চুদনা অমুক হাজিনখিবগুম, নাপ্পনসু যাম্না নাপ্পন ফনা তাংজমলগা থৌরম ইওই

৮। তকুপ তথ্রক মিপাইখি,
মিকুপ নোংথাং কুপ্পনি।

তকুপ তকুপ, তঙাল তঙাল কুপ্পা নোংথাংনা মিকুপকী মমুং, ঙাহাক্কী মমুংদা তাইবং পুরিং মিপাইহনবগুম, মতোমতগী নাপ্পম্না চাওজরবা তাইবংনা ঙাংবা সকপত্থ ঙহাক্কুংদা পীবু হেক মিপাইহল্লী।

৯। নাপ্পন লাপ্লোয় থৌরমদা,
নিংনবুংগী চৎন মঙাল মম্বনি।

নাপ্পন চাওবা, নাপ্পন কনবা তাইবংনা, তাইবং মতৌ ওইবগী চৎন লম্বেনবু নাপ্পনগী মৈনা কুপশিন্দুনা অকায়বা অতোয়বা কয়া কয়ানা চৎন পথাপতা ঙাংগদবনা ঙাংদ, ঙাংঙোইদবনা ঙা থোকশিন্দুনা মমল য়াওদবা পুন্সি তাদুনা তোকলি। থোয়দোক্লা মরম অমদি, মপুন্সিগী মথৌদাং পুম্নমক্তা নাপ্পন্না বুপ্পনা কুপ্পনা কুপ্পদুনা পুন্সি মথৌ তৌগদবনা তৌদ, তৌরোইদবনা তৌ, থৌরম অমাংবা ওাদুনা তোকলি।

১০। নাপ্পন লাপ্লোয় খুয়োদা,
মিকুপ থোংথাং থোংঙ্গবা,
তিংথং লাং প্পাকপনি।

নাপ্পম্না লোযনরবা মুপাদি রাঙাং খুদিংগী, খোংথাং খুদিংগী পুন্সি য়েক্লবা লাকলি। থৌরমদদি থৌপুবা ওম্মোয়দবা অতুগা মসা মসাগী নাপ্পনগী ময়ায কনবনা মচিনপোক মখাথোক, পংঙাং ঙাং, অতাবা কাংবুনা তানিংদবগা লোয়ননা অথিবা বাহৈনা হায়রকনি, পুন্সি লাংওইগনি।

১১। প্লাপন পুরিংগী অমম লাপ্লোয়,

মসাদা নাপ্পন মরৌ, মপুং কন্নরিবা তাইবংদি নাপ্পন্না কুপখিহুনা রাখল, পুক্লিং, লৌশিং পুম্নমক সুম্বাংলি, মমহল্লী। ঙম্বা ঙমদবা তরাইনি, ঙাংনিংবত ঙাং, সকনিংবত সকলি।

১২। পুন্সি লাং অচৌবা,
নাপ্পন তিংথং মহুনি।

অসুম ওইরবা পুন্সিগী খোংথাং মিকুপ পুংজা খুদিংগী অবাবা, মায়থীবা, চাং তাবা কয়া কয়া পীরিবা তাইবংদি, নাপ্পন পুন্সিগী লাংনি। পুন্সি খোংথাং খুদিংগী লাং থাকপনি। অমাংবগী মশক হুগুমলব নাপ্পন্নি।

১৩। মদোম থাকপা লাংদা,
মদোম নাপ্পন্না থুবনি।

মতোমতা চাওজনিংবা, হৈতনা অহৈ-অসিং সানিংবা কয়া কয়ানা মতোমতগী লাং ওইহুনা মতোমতা অতুম লাংদা থুজহুনা মপুন্সিদো চরাংনহল্লী।

১৪। তাইবং মপুনা পাওচেল্লী,
নাপ্পন্না ঐগী চিঙ্গাক্লী।

মালেম তাইবং'সিদা মপুগী খুযাদা কংলিবা অথেনপোং হৈ-লৈ, অনৌ-অপেন, লাইরেনবী লুকলেন পুম্নমকসে মপুনা লৌদবা নত্তে, পুম্নমক লৌরি-চারিবা ঙাক্তনি। পুম্নমক অসিদগী অহেনবা মপুগী চিঙ্গাক্তি নাপ্পন্নি।

১৫। নাপ্পন পুন্সি অথোয়বা,
মপুগী অরাম লেন্নরি।

নিংথিরবা মপুগী খুংসেম মালেম'সিদা, নাপ্পন চাওবসিংনা মতোমতগী নাপ্পন্না অকনবা অথোয়বা ওইনা উংতুনা পুম্নমক'সিবু করিস্থ লৈতনা উহুনা, থোইদোক্লা সেম্বীবা মপু ফাওবা রাখল মায়োক য়ারিবা, তমথিরবা

পুকচেল পুরিবা ; অদুম ওইরিবা নাপ্পন অত্থনা মপুগী অয়াম্বা খোঁয়াংবা লেম্নরি-পেম্নরি।

১৬। নাপ্পন মৈগী সিংগংদি,
অসাওবা মতেং তমথিবনি।

নাপ্পন মানা লৈবা মফমদা অসাওবা কোঁবা নিপা অসিমু হকচাংগা মিগা কোম্নবগুম কোম্নবা লৈরিবনি। নাপ্পন মানা মনিং থুংলক্ত্রগা অসাওব'সিনা থাওমৈদা থাও হাপ্পগুম্না, নাপ্পনগী মতেংবু কম্ন পাংডি। মতম মতমদা মখোই-মরিন ফাওবা থদংপা মতেং পীরি।

১৭। চাওজ, হেনজ, লেমজনিংবনা,
নাপ্পনগী য়েক সোয় ইতা মরুপনি,
ওইদপুংগী খোংলোইনি।

নাপ্পন্না য়াম্না মুংশিননা লোয়নরিবদি মসাগী চাওজনিংবা, করিমু ইলৈ লৈতনা খ্বাইদগী হেঞ্জনিংবা, করিমু মতিক লৈতনা খ্বাইদগী হেন্না লেমজ-নিংবা, তাইবংগী তাইওম্নবা হিংচা য়াইতমগুম্বা পুকচেলগী সাহংনি।

১৮। নাপ্পন খোংলোই অরাংবা,
রাংলেন রাতোন পোক তেকনবনি।

রাতোম্না রাংত রাংলগা কাক্লা তোংলগা তেক্লী হায়বগুম নাপ্পন্না মহাকমু মতোমতগী নাপ্পন্না পংরাংতমক রাংলগা তাইওম্নবা, চম্নবা য়াদবনা নাপ্পন মানা রাংজবদা অরেম্বা তাহ্নবা তোকলি।

হুম লাইনিংথৌ শিদম হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়াম্নি নাপ্পনগী,
"শিদ-পাওচেল" মতাসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।

---

( ৬সুবা পন্দুপ )

# অশাউবা

**১। অশাউবা ফিরুপ অমম্বনি,**
**মপুগী থৌজাললখোন পাওচেলনি।**

পূম্নমকপু সেম্বীবা মপুনা য়াইফবা পাউত্তাক পীরি, তাইবং পুন্সিদা ঈসা ইসাগা হেক কোম্নবা লৈমিন্নবা য়েক্লবদি অশাউবা হায়বা অসিনি। রাখলগী অমম্বা লমদাংনি।

**২। নিংজ য়াইফরেন খোংলৈসু,**
**অশাউবগী লাঙ্গোয় খুদুমনি।**

অশাউবা হায়বা য়েক্লবা অসিগী পাঙ্গনদি রাখলনা খঞ্জরকপা পুক্লিংনা নিংজরকপা লৌশিংনা তাঞ্জরকপা য়াইফবা লম্বেনবু অশাউবা মানা পূম্নমকপু খুত্তুম চন্না সাগৎ সেমগৎচবা লম্বেনবু অমাংবগী মরম পীরি।

**৩। অশাউবা লাঙ্গোয় পুন্সিদা,**
**নোংদম খোংলৈ অৱাবনি।**

মীওই অমনা কনাগুম্বা য়েক্লবগী খুৎ চনখিত্তুনা য়েক্লবগী লাংদা থুখিত্তুনা করি পাম্বৈ লাম্বা ফংঙক্ত্রবদা নোংদম মপু কৌনা খদাং চিক্না লাকচখিবগী খুদাং পিফম তৈত্তুনা লেনবগুম মসাদা অশাউবা লোয়নবা মীওইনা মসাগী অশাউবগী মখা পোনবা পুন্সি ওইবা মতম লৈবখিবিক্তা পুন্সি রানা লেল্লবনি।

**৪। রাংলেন মিক্রুপ অমদা,**
**অশাউবগী রাংমলোন,**
**লাঙ্গোয় খুরৌ চনবনি।**

অশাউবা হায়রিবা অসিনা মহাক্কী মতিক ময়ায় মিকুপ অমগী মনুংদা হুগুম্মা কুপতুনা তাইবংগী সেংলবা রাখলবু কুপখিহুনা রাখলবু য়েক্ক লাঙ্গোয় চলহল্লী। পুন্সিগী অকায়বা কয়া কয়া ওইহল্লী।

৫। রাচুম ওবা অফ-ফত্ত,
অশাউবা থৌসিন থৌগাময়দে।

অশাউবগী হুনা কুপগ্রবদা রাখল পুক্লিং লৌশিং অৎখিহুনা তাইবং মতৌ ওইবগী অসিনা অফবনি, অসিনা ফত্তবনি, অসিনা অচুম্বনি, অসিনা অরানবনি হায়বা খংহন্দহুনা কাউহন্দুনা পুন্সিবু অমম্বদা তাহল্লী।

৬। লেংদবা অরেপ্পা লৈমুৎপা,
অশাউবা লাঙ্গোয় অমাংবনি।

অচুম্বা অরেপ্পা লেংদবা লম্বেন্দা চৎচবা মীওইস্থু অশাউবা মসাদা হেক তিনবদা মহাক্কী অশাউবগী মৈনা কনখিহুনা মপুন্সি অচুম্বা অরেপ্পা পূম্নমক অহু অরেম্বদা মাংহুনা তোকলি।

৭। অশাউবা খুরৌ তমখিবনা,
অফ-ফত্ত লাংগাইদে।

অশাউবা মাগী মৈদি থোয়দোক্লা তমখিরবা খাংঙমদ্রবা মৈচাকনি। তাইবংদা অফবা ফত্তবা সুকথি খিদহুনা অচুম-অরান নাইদবা অশাউবনি।

৮। অশাউবগী খৌরাং অপেন,
অরাম অথন লৈতবনি।

খৌরাংবনা থক্লগা অপেনবা অমস্তুং অরাম্বনা চারগা অথনবা হায়বা অমা লৈরি। হন্দক্কী অশাউবনা শাউসিল্লকপা, মতোইনা শাউসিল্লক অরাম্বা খৌরাংবা অসিদি অথনবা অপেনবা লৈতবনি, খুত্তা চাত্রগদি মথৌৱাই ফাওবদা মাংহুনস্থু তোকলি।

৯। ৱাচুম সুবা লৌশিংখোং,
লমচৎ সাজৎ ৱাংমলোন,
চাইনা মাংহল্লী অশাউবনা।

মরিক চুম্বা যরবা লৌশিংবু অশাউবগী মৈনা চাকখেক্তুনা উৎ, তাঙোয় চাইবগুম্না ৱাখল অদু পুমচাই চাইরনি ৱাখলনা চাইরবদা অচুম্বা অরেপ্পদা চৎকদবা সাজৎ লমচৎ পুম্নমক পুংমাং মাংলগনি।

১০। মতৌ থিবা মিতমনি,
হৌনরোন সম্বন লানবনি।

অশাউবা হায়বা অসিনা তমথিখ্রিদি, ঈমা ঈপা অহল-লমন মসক খংদে, ঈমা-ঈপা অহল-লমন পুম্নমক্তা হায়রোইদবা ৱাহৈ কয়া কয়া হায়রি। তাইবং চৎকদবা হৌনরোন মসক খংহন্দে।

১১। অশাউবা মহৈ অমম্বা,
পুন্সি খোংলোই লাঙোয়নি।

অশাউবগী মহৈদি য়াইফবা মহৈদ নত্রে, লুমলবা ৱাখল পুরবদা ৱারম অরাবনা মহৈ ওইনা থোজাল্লী, পুন্সিগী অঙানবা লম্বেনবু পুন্সি লাং থাকপগা লোয়ননা অমম্বা সরুক পীরি।

১২। পুন্সি লমতুম লম্বেনগী,
মদোম লাং অশাউবনি।

অশাউবনা মসাদা কোম্বনা শৈরিবা ম্নপা ম্নুপী অদুদি তাইবং ওইবগী হৌনসা, নেনা তানা ৱা কয়া ঙাংনবা য়াদবনা অমনা মসানসু পথাপ নাইনা ৱা ঙাংবা ঙমদবনা পুন্সিগী খোংথাং থুদিংগী অরাবা লাং ঙাক্তা ওইরি। মদোম অশাউবনা মতোমও অশাবা ওইরি।

১৩। থোদাং মিকুপ খোংথাংগী,
সেম্নফম লাং অশাউবনি।

মথক্তা হায়খিবগুম্না অশাউবগী মৈনা ভাংগদবা কয়া ভাংদ, ভাংলোই-বা কয়া ভাংবনা, পুন্সিগী খোংথাং খুদিংগী খোংথাং সেম্নফম, বাঙাং খুদিংগী রাঙাং সেম্নফম ওইরি।

১৪। নিংন ভাম্নবুংগী চাইথবা,
অমম লাঙ্গোয় অশাউবনি।

পুক্লিংগী নিংজবা লৌশিংগী নিংজবা পুম্নমক অচ্চু অশাউবনা মতোইনা কারক্লবদা রাখল পুক্লিং লৌশিং পুম্নমক পুমকুপ কুপখিহনা পুন্সিগী অঙানবা সরুক পুম্নমকপু পুংমম মমহল্লী।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়াম্ননি অশাউবগী,
"শিদ-পাওচেল" তরুকসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।



( ৭সুবা পন্দুপ )

# মহৈ

১। থৌদাং পুন্সি থৌন্নোইদনা
থৌসিন মহৈ তাংফংদে।

তাইবংনা সুজবা নোমজবা খিবিকী থৌরম হৌবগী মতাংদা থৌরঃ মহৈ তানফদে। থৌরম পুদনা মহৈ লেপ্পা য়াবা নত্তে। থৌরম মতু কৈমা মপুগী থৌজাল মহৈনি।

২। নোংদম পুন্সি থৌদাংনি
নোংদম ব্রায়েল চুপলিনি।

সুজবা নোমজবা তাইবং ঐখোয়গী ইথৌনি, সুজবা মহৈ পীবিব মপুগী নোংদমনি। মরম অসিনা সুজবা মহৈ অসি ফংদবা যাদে হায়ব অমসুং অসিগুম্বা মহৈ অসি ফংদবা য়াদে মতৌ অসুম্বা খনবা নিংবা চুমদে। ঐগী ঐগী ইথৌদাংনা ঐগী ঐগী লমদাংনি।

৩। তাইওরবা ওইদপুং সিন্দমদনা
থৌদাং থৌলেপ তানগনি।

থৌরম অতুগী মহৈ ইনিং নিংঙ্দনা থৌরম অতুতা অসোই অরানবা য়াওদনবা থৌরাই য়াওনা সুগনি অমসুং মতম চানা থৌরমগী থৌদাং পুগনি।

৪। থৌলেপ মহৈ থৌখায়না
থৌসিন মহৈ সাগোন্নে।

সুরিবা থৌরম অতুগী থৌরম মহৈ লেপ্পমক্কী য়ানগনি, মহৈদা অফ-ত্ত মরিক চুপ্পা চুমদবা থেন্নবদি য়াই। সুবু সুজরবদি সুজবা মহৈ য়াম্না য়বসে য়েলহৌডেদগনি।

৫। ঈরেম্নপুং মহৈ মপুনি
থৌদাং পুন্সি ইচেল্লনি।

তাইবংপানগী থৌদাংদি মাংদা লাক্লিবা মথং মথং ওইনা থুংলরিবা ন্সি থৌরমসিং অতুদা কায়দনা তত্তনা সুজগনি। সুজবগী মহৈদি মপুগী ত্তা লৈখ্রে।

৬। নুংনাং নুংবুং নুঙোম নুংশি
পুক্লিং থৌদাং থোংলোইফদে।

পুন্সিগী থৌরম থৌদোক থৌদাং পুম্নমক্তা পুক্লিংগী নুংনাংবা নুঙাইতবা নুংবুংনবা চিংনবা রাখল থৌদোকনি, থৌরমদা নুঙোন নুংশি ওইগত্রা ইরোইত্রা রাখল থমকরোই।

৭। অশাউ মৈবা ব্রানাইদা
নোংদম মহৈ থৌঙাইদা
থৌদাং মপুং থৌপুগনি।

ঐনা সুগদোরিবা অসিগী অসিগুম্বা মহৈ ফংগনি হায়বা রাংল থোইদোকপা খল্লুদনা অফবা থৌরমদা পুক্লিং অশাউবা নুংঙাইতবা পুম্নমক াদোক্লনা পুন্সি থৌদাং পুনগনি।

৮। নোংদমলেনগী থৌজালখোন
থৌরম থোংলৈ থৌচংনি।

পুন্সিদা সুজবা নোমজবা পুম্নমক থৌরমগী মতুংইন্না মহৈ ফংনবনি অমমুং থৌরম্না পুমলোই লোইরগা মহৈ ফংনবনি।

৯। ঐগী ৱাখল থৌখায়দা
থৌদাং খোংলে নোমজবনা
থৌজাল মহৈ খুদোল্লী।

পুন্সিদা সুজবা নোমজবা পুন্নমক অসিদা ঐগী মাগী মিচং-মিখাই নাইদনা, পাংথোক পাংসিন তৌদুনা মুংশিবা পুকচেল থম্না সুজবা থৌরমদি য়াইফ থৌজাল মহৈ ফংজে।

১০। মসাগী লম্নাই ওইবা
অপাম নুংশি অশাউবা
ঐগী মাগী খায়দবা
সুজ নোমজরিবা তাইবংনা
শিদব মহৈ ফংজখি।

তাইবংপানগী হৌনবী লম্নাই ওইবা, ওইজবগী অপাম্বা মুংশিবা থাদোক্তুনা, ঐগী মাগী লম্নাই ৱাখল লৈতনা পুন্সি থৌদাং পুরিবা তাইবংনা, মানা সুজ-নোমজরিবা থৌরম অদু তাইবং খ্বাই পুন্নমক্কী য়াইফ লমদাংগী ওইবনা থৌরম থৌদাংগী মহৈদি পুন্নমকপু সেম্বীবা মপুগী ঙমখৈনা সিদবা থৌজাল লেপ্পা ফংবা ঙমজে।

১১। মিং, নাতোন, নাকোং
চিন, য়া, ফম্বীকোনগী
পেনদম অপাম মহৈবু
কম্না সেম্নগনি থৌদাং।

মিংনা য়েংলিবমখৈ পেন্দবা, নাতোন্না নম্নিবা মখৈ পেন্দবা, নাকোংনা তারিবা মখৈ পেন্দবা, চিন-য়ানা চারিবা মখৈ পেন্দবা, ফম্বীনা ইন্নাংদা

তাউথরিবা মখৈ পেন্দবা ময়াম অসিনা পুন্সিগী থৌদাং থৌরমদা অচৌবা অকায়বা অপনবা ওইহনা থৌরম মহৈ পেন্দবনা রায়েল লাক্নুনা অমাংবগী শরুক ওইরি।

১২। সুজবা নিংজবা লম্বেনগী
পেনবা লৈতবা মহৈদি
লম্বা লৈতবা য়েক্লবনি।

পুন্সিদা সুজবা তাপ্পবা নিংজবা শোঙ্গবা পুম্নমক্তা পুক্নিংগী অপেনবা শরুক লৈতবা থৌরম অহুগী মহৈ অহু থৌরম অতৈ পুম্নমক্কী য়েক্লবনি।

১৩। রাখল পুক্নিং লৌশিংগী
ওমখৈ লৈতবা অপাম্ববু
খোংথাং খুদিংগী সেম্নগনি।

তাইবংপানবগী পাম্মু মুংশি অথি ফজ ঐগী মাগী লৈরিবা অপাম্বগী লম্বেন ময়ামসিং অসিগী অপাম্বগী ওমখৈ অপেনবা শরুক অমা রাখল পুক্নিং লৌশিংনা থমগনি। য়াম্না মতোইনা পামশিল্লকপদা অকায়বা করি লৈবা খোংথাং খুদিংগী সেম্নগনি।

১৪। সুজ থাংজ পুজবদা
মহৈ পানবা কানবনা
মিকুপ খুদিং অরাবনি।

পুন্সি ইথৌদাংগী লম্বেন্দা সুজবা থাংজবা পুজবা পুম্নমক অসে মহৈ সোয়দনা লৈ অহুবু থৌরমসু লোইহিন্দ্রিঙৈদা রাখলনা য়াম্না কন্নমক পামশিল্লক্লবদি থৌরমসু পাংথোকপা য়ামরোই, মিকুপ খুদিংগীসু রাখলগী মরাবনা ওইবনি।

১৫। চারিবা মখৈ পেন্দ্রবা
ফম্বী থোং অকনবনি
মহৈ মতিক চাওবনি
নিংজবা লম্বেনগী অকায়বনি।

সেম্বীবা মপুগী নোংদম অকনবনি, পূন্নমক অসিদগী চারিবা মখৈ পেন্দ্রবদি ফম্বীগী মহৈনি। অপেনবা লৈতবা ওইবনা নিংজবগী লম্বেন্দা পেন্দবা শরুক্কী অকায়বা ওইরি।

১৬। চরাম্নবা ফম্বী থোংগী
বাখল শুঙ্কংপা মহৈবু
সেন্নগনি সুজবা নহাক্না।

পুন্সি নোংমত্তগী নত্তবনা ঙসি হয়েং হায়দুনা পুন্সি সাংনা লেনবা ওইবনা পুন্সি থৌদাং সুজবদা তং তাদবা চরাংনবা ফম্বী থোংগী বাখল পুক্নিং শুঙ্কংপা মহৈবু যাম্না কন্না সেন্নগনি।

১৭। মহৈ লাংওনসিং য়াম্বা
থৌওং তাকপা মহৈনি।

মপুনা পীনবিবা তম্বীবা মহৈ অসে মওং মখল যামখ্রে, অফবা ফত্তবা পাম্মুবা নুংশিবা অসিনচিংবা কয়া কয়া লৈরি। অমুকসু মহৈ মতুংইন্না মহাক্কী থৌরম মওং-মতৌ খায়রি।

১৮। নোংমা থোংলৈ অমগী
ফুদোংবা মহৈ অমনি
পুন্সি লৈপুন অমনি।

তাইবংনা সুজবা তাঙবা অসিদা ঙসি সুবা থৌরমগী ঙসি ফংবা অমনি, অদু নত্তদুনা পুন্সিগী ইথৌদাং অচৌবা সুপ্না লম্নাইগী ওইবা

য়াওদবা তরাগী থোইদোক্না লৈপাকী থৌরম থৌদাং পুবদা ফংজবা মহৈ অদু পুন্সিগী ওইনা পুন্সি মহৈ ফংজখি।

১৯। পুন্সি মহৈ ফংবদি
লেপ্না মপুগী থৌজালনি
সিবা মাংবা লৈতবা
শিদ পুন্সি মহৈনি।

পুন্সিগী ওইরবা থৌদাং অচৌ-অচৌববু পুদুনা থৌরম মপুং ফাহনবা অমসুং থৌরমগী মহৈ ফংজবা মপুগী থৌজাল নত্তনা পুন্সিদা ওইবা য়াদে, অদুম ওইরবা থৌরম থৌদাং অদুদি অরাবা খরা খাংবদি য়াই অদুদা থৌরমদি মাংবা তাবা লৈতবনি অমসুং মপুন্সি অদুসু শিদ পুন্সি মহৈ ফংবা ঙমজে।

হুম লাইনিংথৌ শিদবু হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি মহৈগী,
"শিদ-পাওচেল" তরেৎসুবা পন্দুপনা য়াইফনে।

---

(চস্থবা ৎন্দুপ)

# নিংজবা

১। নিংজবা রাখল লুবনি
চৈঙাক ফংদবা ইরেন্নী।

ইপাক ইরংগী ইরেন্না ইথক কনবা অমস্থু চৈঙাক ফংদবগুম্না ইরেন লুপথিবগুম মপু নিংজবগী রাখল অসে থোইদোক্না চেকসিনবা অলুবা রাখলনি। কয়াম্না লুখি হায়বা তাইবংনা খংবা ঙম্বা নত্তে।

২। নিংজ ইরেলপুংদা ইতুংবা
মতিক কাউদম মপুনি।

মালেম লৈয়োকপুং অসিগী মনুংদা মতিক চাউবদগী চাউবদা মপুদগী হেন্না মতিক চাউবা অথোয়বা কনা লৈত্রে। অস্থুক মতিক চাউগ্রবা মযাম কনগ্রবা মপু অসিস্থু নিংজবশিংগী মুংশিবা অমস্থুং পাম্মুবগী মখা পোল্লী।

৩। নুংশি পাম্মু লাংদা
নিংজবা মতুং ইন্না
থৌগলগনি মপুবু।

থম্মোইনুংগী মুংশিবা অমস্থুং পাম্মুবগা লোৎননা ঐনা-ঐনা নিংজবা পাঙ্গল মতুংইন্না মপুবু থৌগলগনি।

৪। পাম্মু নুংশি লৈপুম্না
য়াম্লতিন থোংলৈদা নিজনি।

পুক্নিংনা নিংঙে হায়রগা য়াবা নত্তে। নিংবা অতৃগী মনুংদা মুংশিনা লিংগনি। মপুগী মিংথৈবু য়াম্না অভাংবা ফংঙমজবনি হন্দুনা পাম্মু

পাম্মুনা মপুগী কোলোই সকনি অমসুং অহল-লমন, মহৈ-মশিং, য়াইফ থৌচৎ লম্বেন পাউতাকপু লৌগনি অমসুং মতুগী মতুংইন্না চংকনি।

৫। থাজবনা মপুং লৈপুনদি
মপু তানক্কং লমদাংনি।

পাম্মু মুংশিনা নিংবা সোনবা শকপসিংগী মতুংদা নিংজ সোঙ্গ পুম্নমক অদু থম্মোয়গী থাজবনা মপুং ওইনা নিংগনি, থাজবনা মপুং ওইরবদা থাজবনা মওং ওইরিবা মপুবু সোয়দনমক্কী ফংবা ঙমজবগী লমদাংনি।

৬। থাজবা লংহিংনা পুনগনি
মপু লাঙ্গোয় চনগনি
থাজবনা লৈপুন ওইগনি
লেপ্পা মঙাল ফংগনি।

থম্মোয়মুংগী মুংশিজবা পাম্মুজবগা লোয়ননা থাজবনা লংলা লংহি ওইদুনা পাম্মুনা মুংশিনা মপুবু নিংজবা লংহিংনা পুনগনি অমসুং থাজবনা লংহিং ওইরগা মুংশিবনা লৈরাং ওইদুনা পাম্মুজবনা লিকলু ওইদুনা মপুগা পাম্মু মুংশি লৈপুন ওইগনি। অচুম্বা অমসুং অরেপ্পা লম্বেন ওইবনা লেপ্পা মপুগী থৌজাল মঙাল ফংবা ঙমগনি।

৭। তাইবং লিচৎ হৌনরোনগী
লাম্না থোং থাজবনি।

থম্মোয়মুংগী থাজবতনা তাইবংপান্দগী য়াইফ অরাল শুভম ফংবা ঙমজে। লিসিং অমা নিংহুনম্ম অরাল শুভমসী লম্বেন য়ৌরক্লবদা থাজবা য়াওদনা লম্বেনগী থাংমৈ ফংবা ঙমদে হায়বা তাইবং মপুগী য়াইফ পাওচেল পাউতাক পীরি।

**৮। পুইয়া খোংলৈ খোংইনতম**
**নিংজবা ইচেল চেকসিনগনি।**

নিংজবগী লম্বেন য়াম্না চেক্লা চেকসিনগনি, পংনিং নিংবা য়াবা নত্তে পুইয়া পরমলোনগী পাউতাক পাওচেলগী চৎন-লমদাং কাইফদে।

**৯। নিংজবা চাংজৌ তান্দবদি**
**অমম লাঙ্গোন পুন্সিদি**
**হনফম মকোন লমমুক্লনি।**

অমুক পোকপা অমুক সিবা সুপ্পা হায়রগা লাকপা হনবা পুন্সিগী কুম্মৈ সান্নফম মালেম তম্পাক অসুম ওইরগা, তম্পাক অসিদা অমুক লাক্লগা হনবগী মমাং মরক অসিদা পুন্সিসিংনা লম্বেনগী মঙাল ফংনবা ঙাক্তনি। অসুম ওইরবা নিংন লম্বেন অসিগী অচুম্বা অমসুং অরেপ্পা মশক খংদ্রবা হিংতুনা লৈরিবৈদসু পুন্সিগী অতাংবা মশক খংদতুনা অপাবা ওইগনি অমসুং হনবা মতমদসু হনফম মফম খংদতুনা অকাউবগুম্না তারগনি।

**১০। করিগুম্বা অমা মাংখিবগুম**
**নুংঙোন নুংশি য়ায়েল্লগনি**
**তাইবংদা নুংঙাইবা ফংঙরোই**
**তেংথা নাউওইনা খাংলনি।**

তাইবং পুন্সিদা নিংজবগী পাঙ্গন মপুং ফানা ফংলম্বদগী ইখং খংহৌদনা মশাদগী অতুম মুংশিরবা নিংজবা পাঙ্গন অতু হেক মাংপ্রবা থোক্লবদি পুন্সিগী অথোইবা করিগুম্বা মরল অমা মাংখিবগুম পুন্সিদা মুঙাইফম মফম খংদতুনা মায়কৈ য়েংনা নোংলম কৌনা তেংথানা খাংলগনি।

**১১। নিংজবগী নোংখোং মরুদি**
**ব্রাওম লৈতাই মরুনি**
**নিংজবা লম্বেন ফংগনি।**

নিংজবগী লম্বেন অসি হেক ফংবা য়াদে, থোইদোক্লা মীওই পূম্নমক্কগী ফংবা য়াদে, মাদি অহৈ-অসিং মরু ওইবসিংদগী ফংবা ঙমজে। নিংজবা হেক হৌবদগী হেক লোইবা পুন্সি লোম্বা ফাওবা মরুনা য়াইফ পাউতাক পীরি। মরুনা হৌফমনি।

**১২। সিংয়াম ঙমথে নিংনরোন**
**সিংথায় মথল মখানি।**

নিংজবগী লম্বেন অসিস্থ মথল মথা থোক্লা থায়রি মতুংদি য়ুমদা লৈনা লৈনা নিংবা, য়ুম থাদোকুনা নিংগা অসিনচিংবা কয়া কয়া মঙং লৈরি। পূম্নমক অসিগী নিংন-পথাপ তোঙান তোঙান্নী।

**১৩। ঐগী ব্রাঙাম থাউগোনলৈ**
**অমস্ং লৈত নিংনরোম্নী।**

নিংজবা অসিগী ঐগী ওইজবা তাম্না, ঐগী শরুক য়াওনা নিংজবা অমনি, নত্তত্না ঐ হাপবদো ইয়াও য়াওদনা মপুবু নিংজরিবনি অস্থম হায়না খন্দুনা নিংজবনা অমনি।

**১৪। লম্নাই থৌলেপ মপুংয়াই**
**ওইজ তাম্নিঙাই নিংজবনি।**

ঐনা মপুবু নিংজবগা মীনা ফংঙমদ্রবা পোৎ ফংবা অচৌবা লাইনিংবা অমা ওইবা নত্রগা অচৌবা পুইয়াবা অমা ওইবা নত্রগা নিংথৌ ওইবা অসিনচিংবা রাথল কয়া কয়া মশাগী লম্নাই ওইজবগা লোয়নবা নিংবা অমনি।

১৫। লন্নাই ৱাঙম থাংঙম্না
ৱায়েলনা ইথোক্ন নিংজবনি।

তাইবংপানগী মন্নুং চেকসিন্না লৈরিবা নিংন লম্বেনশিং অসিগী মন্নুংদা ইশাগী ওইবা অপাম মুংশি লন্নাইগী ওইবা ওইজবা থাদোক্তুনা নিংঙিবা নিংন লম্বেন খ্বাইদগী অথোইবা লম্বেন্নী।

১৬। ওইজবা থাদোকপা ওম্নবদি
মিকুপ পুংজা খুদিংদা
লেম্না মপু হাকথেংনখ্রে।

মালেমসিদা মরু ওইবা লম্বেন অনীনি। ইরমলেন, মীরমলেন লম্বেন অনী অসিগী মপুং ওইবা চেন লম্বেন লমদাংনা লৈতেংনি। মীরমলেন্না মীরমলেন্দা লৈনা লৈনা লাইরমলেনগী য়াইফরবা থৌজালগী মশক ওইরবা চেন লম্বেন তান্নবা ঙাক্তুনি। মশাগী মন্নুংদা মীরমলেনগা কোন্নবা ঐগী ঐগী হায়বা ওইবা ওইনিংবা লন্নাই ওইবা অপাম্বগী লম্বেন অসে হেক থাদোক্তুনা মীওই অহুদি রাখল অহু রাই শংনা মপুত নিংজহুনা মপুগত চিলোক্নহুনা মিকুপ পুংজা খুদিংগী মপুগা পাম্মু চীনতিন্নজবা ফংই।

১৭। ওইজ থৌঙম লৈত্রবা
নিংজবা মঙাল তানঙমলি।

ঐগী ঐগী ওইবা লন্নাইগী ওইবা, ওইজবা চাউজনিংবা অপাম্বা থাদোক্তুনা অরেম্না অচুম্বা লেংত্রবা অজিংবা থাজবা পুকচেল্লা মপুবু নিংজ-রিবা ভাইকংদি নিংজবা মাগী নিংজবনা কনবনা, তাইকংগী হৌনবী ওইজ ওইথকপা লন্নাইগী ওইবা করিগুম্বা থৌরম অমত্তা লৈত্রে, লেম্না মপুগী মঙাল ফংদ্রে।

## ১৮। পুন্সি লাঙোয় নোংঙালনা অইং নুঙাই লৈপুনখি।

ঐগীনি মাগীনি ইতুনি ইচানি ঐনি মানি অসিনচিংবা কয়া কয়ানা অমম্বা ওইনা কুপ্তুনা অঙানবগী লম্বেন পুম্নমক্কী হৌরকফম মপুগী শিদয়ায় শিদ উমং মশক খংহন্দদ্রুনা থমলি। অসিগুম্বা তাইবং অমম্বা কোকচদ্রুনা পুন্সি নোং ঙাপ্পদ্রুনা মপুগী নিংজবগী শিদ মহৈনা মুংঙাইবা মপুং ওইনা অইংবা মপুগী মথৌজাম্না পুন্সিগী অইংবা শরুক ফংজখি।

## ১৯। ব্রালেন নিংজ মহৈনা লৈপাক খুনসেম থৌপাংনৈ।

মথক্তা হায়জপ্পবা মসাগী ওইবা লল্লাইগী থাদোকপা কনবা, নিংজবা চাউবা মীওইশিংস্থু লৈপাক মীয়ামগী য়াইফ মুংঙাইনবা, লৈপাক থুপ্পাউ লৈচাউনবা, লৈপাক মরা তপ্পনবা, মহৈ-মরোং চুম্নবা, মপুন্সিগী নিজবা মহৈ নিংজবা য়াইফবা থৌরম পুম্নমক লোইনা মুপ্পা অপুনবা থৌরম মতিক ওইনা পুন্সি মথৌদাং ওইনা থৌরম পুনৈ।

## ২০। নিংজ থৌলেপ খোংইম্না শিদ শক্তম য়াওবসিং অমসুং য়াওদবসিং থৌজাল মহৈ লৈপুনমনি।

অঙকপনি মপুগী ডমখৈ মতিকপু," অমুক লোইবা লোম্বা লৈতে। তাইবংপান থৌরাই পানবা মপু নিংবশিংনা মানা মানা নিংজবা মতুংইম্না মপুনা থৌজাল মহৈ পীবিরি। কনা অমনা শক্তম য়াওনা নিংডি, কনা অমনা শক্তম য়াওদনা নিংডি। অনীমক অসে নিংন লমদাংগী মপুগী থৌজাল মপুং লৈজেনি।

২১। শিদ সক্তম লৈবনা
চংজ লমদাং অথোইনি
য়ুমসেপ থাঙম থাঙমদ
নিংজবা মনাই থৌজালবী।

তাইবংপান থাদোক্তুনা নিংজবসিং অমসুং তাইবং য়ুমপান্দ নিংবসিং পূম্নমক অসি মপুগী মনাই ঙাক্তনি। শিদ শক্তম য়াওনা নিংজবনা মীৎনা সং-সংনা উনা ঙেংনা থৌনি থৌয়াজবা তাইবং অমম্বা রাথলবু অডম্বনা মপুং লৈতেং ওইনা ঙাম্থোয়রিবা মপুগী থৌজাল লাংদা চংজরগা রাথল ঙান্ননিঙাই নিংজবগী অথোয়বনি।

২২। থৌজাল সিংথল লমথুংবা
তাইবংপানগী নিংন চংনপুংনি
ওইবা মথৌনি।

অচৎ-চত্ত তাইবংপান পূম্নমক্কী য়াইবী থৌরাইগী মপু ওইবা পূম্নমক্তা লৈবা, পূম্নমক্কী অমত্তা ওইবা, পূম্নমক্কী পুন্সি থৌদা লাংওন খোংলৈ ইম্না নোংদম্বীবা তেংবানবা মপু ইবুঙোগী খুইয়া থম্বালবু পূম্নমক্তা চংনফম ওইবা থৌজালকোম্নী।

২৩। নিংজবা পোংলম খ্রিবিম্নী
লৌশিং খোংলম ঙাম্নলম
ঈথৌ ঈকান শিদ খুইয়ারেম্নী।

তাইবংপান মপু নিংজরিবা পূম্নমক্কী, রাথলগী অমম্বা কোকচঙ্কনা অঙানবা ফংননবা নিংজবা, পাঙ্গল হেনগৎনবা পুক্নিংগী অরেপ্পা তাম্নবা, থৌজাল লৈপুন ঈথৌ ঈকান শিদব মপুগী খুইয়া থম্বালনি। মপুগী খুইয়া থম্বালবু থম্মোয় চেৎনা কোজহুনা নিংজরিবা তাইবংগী রাথল পুক্নিং

লৌশিংগী মরক্তা থৌজাল নোংথাং কুপকুনা মপুগী থৌজাল লৈপুন ফংজবা ওমজৈ। খুইয়া থম্বালগী ময়ায়না নিংজখোং লৌশিংখোং অনীমক ফংজত্থুনা পুন্সি মহৈ য়ানজৈ।

২৪। তাইবং পোংলম সিংয়ামগী
তলাং খোইজং তেংথা নাওইগী
মপুগী থৌজাল খুইয়ারেম্মী।

মপুগী খুৎসেম তাইবংপান অচং-চত্ত পূয়মকী কলক-মীহৌনফম, অরা-মুঙাই তেংথানফম থৌজালগী মশক ওইরবা মপুগী খুইয়া থম্বালনি। নিংজবসিংগী অমত্তা থৌজাল লমদাংনি।

২৫। তাইবং নুংসাং পান্দ
উনবী পুক্লিং চিক-খোইনা
মপুগী খুইয়া থৌগললাংগনি।

পোকওমদনা পোক্লবা তাইবং মপোক্তা পুক্লিং অচীকপা অইংবা তপথবগা লোয়ননা ফংওমত্রবা মালেমসিদা অালবা মপুগী খুইয়া থম্বালবু পুন্সি থৌগল থৌদাং ওইনা থম্মোয়দা লাংকনি, পুগনি, পুক্লিংনা নিংজগনি।

২৬। চীংজাও খোইরেল হিওম পুমথোইবা
লাইজ ইরেলপুংওম চিকথোইবা
মপুগী শিদ থৌজালনি।

চীংজাউ উমংদা মহুন সাবা খোইরেম্না, হৈপাল-লৈপালগী অফবা মহৈবু লৌশিন্দুনা, তাইবংগী মিতা কলকনফম অথুম্বা খোইহী ওইবা পুনবওম, তাইবংগী য়াইফ থৌজাল মপুং লৈতেং অরাস-থুভমগী মশক ইরবা মপুগী থৌজালনি। তত্তুনা চেম্থরকপা ঈচেল চীক্লবা ভক্লিঙাই

ওইরবা ঈচেলগুম, তাইবংপানগী মরম খিবিকী তুংনকম সিংখা ভমখে লৈত্রবা মপুগী য়াইফ থৌজালনি। নিংজবসিংগী নিংজবা পুক্নিং লৈতানকম, নিংজবা রাখল পুক্নিং লৌশিংগী নিংজবা মরীক চুম্নকম, লেংত্রবা নিংজরায় ওইরবা মপুগী শিদ থৌজালনি।

২৭। নিংজ সোজ সকচবগী
অমত্ত ওইবা থৌজাল লমদাংনি।

মপুবু নিংজরিবা তাইবংসিংগী নিংজবা পাঙ্গল নত্তনা সোজবসিংগী পুক্নিংগী অরেপ্পনা তত্তনা শকতবসিংগী রাখলগী অচুম্বা থৌজালবা মপুনি।

২৮। তাইবং পানবা মপুনা পাওচেন্নী।
পূম্নমকসে ঐহাক্কী নিংলগদি
ঐঙোন্দা পূম্নমক্কী সোন্নগদি
লেপ্পা মঙাল ফংখিবনি।

মপুগী থুংসেম অচং-চত্ত কোরৌ মালেম অসিগী মনুংদা মপু লৈবনি, উনা উনা উদবগুম্বা, লৈনা লৈনা লৈতবগুম্বা নক্না লাপ্পা মপুনি। উরিবা অচং-চত্ত অপাল-অরং পূম্নমক অসিবু মপুগী মঙং-মতৌনি, পূম্নমকসে মপুনি অমসুং মপুগী মনুংদা পূম্নমক্কী অস্ক্রম হায়না খল্লীবা তাইবংগী রাখলদা লোংতুনা লৈবা মপুগী মঙালবু লেপ্পা মঙাল তানা ফোংদোক্না ফংবা ঙমজৈ।

২৯। নিংজরিবা মহাক্কী মক্কমদা (থম্মোয়দা)
তেংবানবা মপুনা লোত্তরে
তেংবানবা মপুগী মক্কমদসু
মতম পূম্নমক্কা ঙাম্নোইরে।

মথক্তা ইণ্ড্রিবা পূম্নমক অসিবু অমত্তা ওইনা নিংজবগী লম্বেন্দা নিংজরিবা তাইবংগী থম্মোয়দা মপুনা মতম লৈবখিবিক্তা ভাম্বোয়রে অমস্তং মপুগী থোগন লাংদস্থ অত্থম ওইরবা নিংজরিবা মীওই অহু মতম পূম্নমক্তা ভাম্বোয়রে। স্থপ্না হায়রগা মীংসেন য়েংলগা মীংসেনগী মমিদা মশক লোংপা য়াদবগুম মপু অমস্তং নিংজরিবা মনাই অনীমক অমনা অমবু লোৎনদ্রে।

৩০। নিংজখোংগী পাম্বেনা
লৌশিংখোং ফংলবা তাইবংনা
পুন্সি মতম পূম্নমক্তা
ঐবু অমুক থাবা লৈত্রে।

নিংজখোংগী লম্বেন অসিদা নিংজবসিংনা অস্থম মথং মথং চংসিল্লকুনা রাখল লৌশিংবু থোংহল, নৌহল, পেংহন্দুনা লৌশিংখোংগী লম্বেন য়ৌরকুনা লৌশিং ফংনা নিংজখবা তাইবংনা মপুন্সি চুপ্পদা মপুবু অমুক তোঙানবা রাখলনা থল্লুবা লৈত্রে, স্থপ্না মতম পূম্নমক্তা থানদ্রে।

**নিংজখোং ঃ**—মপুগী থুইয়াদা নোল্লক্লা তেংথানা অথোংপা, অমেংবা অনৌবা, অপেনবা, পাম্মুবা, মুংশিবা অসিনচিংবা রাখল লমজিংহুনা নগানি ননাইনি হায়না নিংজবা লম্বেন নিংজখোং কৌয়ে।

**লৌশিংখোং ঃ**—খংবা, য়াম্না খংনা মন্নুং হু গুম্না খংবা, ইশিংগা থাউগা তিনসিল্লগস্থ তোঙান-তোঙানবগুম অফ-ফত্ত তোঙান খংবা, থম্বালগী মনানা ইশিংদা লৈনা লৈনা মণাদা ইশিং পকহন্নবগুম, ফত্ত য়েক্লবগী মন্নুংদা লৈরগস্থ মতম পূম্নমক্তা ঈশেংত শেংহুনা লৈবা, উবা, য়াম্না উসিনবা, পুমঙান ভাম্না উবা অহুবু লৌশিংখোং কৌয়ে।

৩১। ৱাখল পুক্লিং লৌশিং
সাজং লমচং পুম্মক
অকায়বা লম্বেনগী লাম্মীনি।

মপু নিংজবসিং ৱাখল পুক্লিং লৌশিং অহুমদগী পোকপা সাজং লমচংনি, নিংজবগী লম্বেন অমত্তুনি। অসি নত্তবদা ৱাখলনা অমা খল, সাজং লমচং পুক্লিংনা অমা নিং, লমচং অমা চং, লৌশিংনা অমা উ, খোংথাং অমা থাং, মতৌ অসুম্না তাইবংগী হৌনবী লমচং-সাজং ময়াম অসে নিংজবা লম্বেনগী নিংজবা কায়বা মতেং পীবা লাম্মী অমমম্নী।

৩২। চাকচা ফিসেং পুম্মক
য়াহিপ ফম্ফম অপুম্বা
নিংবা পুকচেলগী লাম্মীনি।

পুন্সিদা চাবা চাকচা, সেংপা ফিসেং, হীপ্পা য়াহিপ, ফম্বা ফম্ফম পুম্মক অসিগী মতুংইন্না মীওইবগী ৱাখল লৌশিং পোক্লিবনি। অফবা ওইরগা অফবা লম্বেনগী লাম্মী ওইনা নিংজবদা থোয়দোক্লা মতেং পীবিরি, ফত্তবগী ওইরে ফত্তবা লাম্মী ওইনা নিংজবদা থোয়দোক্লা অকায়বা পীরি

৩৩। লৈনা লৈনা লৈতবগুম্বা
চানা চানা চাদবগুম্বা
উনা উনা উদবগুম্বা
অকনবা নিংজবগী পুকচেলনি।

তাইবং অপাম মুংশি, ঐগী মাগী মরক অসিদা লৈন' লৈনা লৈত্তবা ওইনা মসা অহু ইতোপ তোপ্পা ওইপ্রবা, পেন্দবা অহাও-অথুম কয়া চানা চানা চাদবগুম্বা, চীনগী অপেনবা গুনথৈ থম্মীবা, অলুবা, অহেনবা, ফজবা,

নিংথিবা পুন্নমক অসিবু উনা উনা উদবগুম্না উরিবা ময়াম অহু পামসিল্লুদবা অসিগুম্বা পুকচেল তপ্পা ওম্বা নিংজবসিংগী থম্মোয়দি থাদোকপগী লম্বেন্দা মুংগুম কনগ্রে, নিংজবগী লম্বেন্দা লৈগুম নোগ্রে।

৩৪। ইশিংদা লৈবা থম্মানা
লাইজ ইশিং শুক্তবগুম
অরেপ্পা নিংজবগী পুকচেন্নী।

ইশিংদা লৈবা থম্মানা ইশিংদা লৈনা লৈনা মসাদা ইশিং পকলুবা য়াদবগুম অচুম্বা অরেপ্পা পুকচেন্না নিংজরিবসিংগী থম্মোয়দি তাইবংগী ঐগী মাগী অপাম-মুংশি কয়া কয়া মরক্তা লৈনা লৈনা ময়াম অহুনা মসাদা পকলুবা, রাখলদা তিল্লুবা য়াদে, মহাক্কী নিংজবগী পুকচেল অরেপ্পনা অরেপ্পা ওইনা লৈখি।

৩৫। কুমজা নোংজু কয়ানা
লীক্লা লৈচিন কয়ানা
পকলুবা য়াদবা পাংখোক্লাগুম
অকনবা নিংজবগী পুকচেন্নী।

কুমজাগী নোং কয়া হৌখি, নোং কয়া চুখি, লীক্লা কয়া খীকখি, লৈচিন কয়া সিনখি অহুবু পাংখোক্লানা মদোম মহৌ ইশেং শেংবা সুকথা থাব লৈতনা ইশিং মরীক অমত্তা মসাদা পকলুদবগুম মপুবু অচুম্বা অরেপ্পা পুকচেন্না নীংডিবা তাইবংগী মসাদা তাইবংগী রাখলদা অপাম্বা মুংশিবা ওইনিংবা চাউক্রনিংবা কয়া কয়া হৌরক্লগস্থ মসাদা তং তাবা ওমদে, রাখলদা তং তানা লৈহন্দে। মহাক্কী নিংজবগী সেংলবা পুক্লিংগী সেংলবা থম্মোয় অহু ইশেং শেংনা অহুম লৈহৌরি।

**৩৬। ইশিংগা খাওগা তিন্নদবগুম**
**অফ-ফত্ত খায়দোকপা**
**অখোইবা নিংজবা লম্নেমী।**

ইশিংগা খাউগা তিন্নৌ হায়বা য়াদবগুম তিন্নদবগুম তাইবংপানগী অফ-ফত্ত মরম খিবিক অসে অফবা লম্বেন অমসুং ফত্তবা লম্বেন, লম্বেন অনীমক অসি তশেং-তশেংনা খায়দোক্লুনা তোঙান-তোঙালহন্দুনা অফবা লম্বেন তাল্লিবসিংগী নিংজবা পুকচেল নিংজবা রাখল অখোয়বনি।

**৩৭। ইশিংগা সঙ্গোমগা অনীবু**
**ভানু কাংঙনা খায়দোকপগুম**
**অফ ফত্ত খায়দোকপা**
**য়াইফবা নিংজবগী লম্বেন্নী।**

সঙ্গোমদা ইশিং হৈজিল্লগা, ইশিংগা সঙ্গোমগা তিনসিল্লগা ভানু কাংঙদা পীথকপদা সঙ্গোমতমক চুপতুনা থকখিনি, ইশিং অত্থু খায়দোক্লুনা থমম্মী। ভানু কাংঙনা অফবা সঙ্গোমতমক চুপহিবা, ইশিংগী শরুক্তি খায়দোক্লুনা থমলম্বগুম নিংজবসিংনা তাইবংগী অফ-ফত্ত অনী তিন্নরিবা তাইবংপান অসিদা লৈনা লৈনা অফবা শরুক্তমক লৌখিবা, অফবা লম্বেনতমক তানখিবা নিংজবগী য়াইফবা মথৈনি।

**৩৮। নিংজগনি তত্তনা**
**পুন্সি লনবু তানগনি**
**হনবদা কোম্নবা লম্নী।**

তাইবংনা তাল্লিবা লন-থুম পূম্নমক অসে য়েংকী থুংতা লাক্লগা ওইগী থুংত. চংখিনি, ফজ-ফজরবা য়ুম, লৌ-শিং, ইংখোলনসিংবা পূম্নমক অমত্তা লোয়ননা চংকদায়া নত্তে। পুন্সিগী মপু নিংজবা লন অসিদি পুন্সি লোইবা

লোম্বা মফমদা হনবা মতাংদা কোন্নগদবনি। মরম অসিনা অস্থুম ওইরবা লেংত্রবা অথোয়ব নিংজবা লন অসিবু তত্তনা নীগনি।

৩৯। খায়দোকপগী লোইবা লৈত্রবা
পীথোকপগী খম্বা লৈত্রবা
নিংজবা অথোইবা লম্নী।

তাইবংগী তান্নরিবা লন অসিদি লোইবা খম্বা হাযবা অমা লৈ অস্থুগা নিংজবা লন অসিদি পুন্সি চুপ্পা মী অতোপ-অতোপ্পদা পাউতাক পাওচেল মথং কয়া পীদুনস্থ লোইবা লৈতবা লম্নী। ঐনস্থ তানবগীস্থ ঙমখৈ লৈতবা লম্নী।

৪০। শিদবগী শিদ থৌজালনা
নিংজবগী মহৈনি।

নিংজরিবা তত্তনা নিংজরিবা, অদা-অনং কয়া কয়া খাংনা নিংজরিবা তাইবংসিংগী, নিংজবা মাগী নিংজবা মহৈ অদু তেংবানবা মপু শিদবনা শিদ থৌজাল শিদ মহৈ থৌজালবী।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি নিংজবগী,
"শিদ-পাওচেল" নিপানসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।



( ৯সুবা পন্দুপ )

# মুংশিবা

**১। থৌরাইগী অমত্তা ওইবা নুংশিবা**
**তাইবং কয়াৎপুতনি।**

থৌরাইনা খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা তাইবং কয়াৎতনি। তাইবং কয়াৎতগী হেন্না থোইনা মুংশিবা লৈকোইপুং অসিদা লৈত্রে। মুপ্না হায়রগা থৌরাইনা থৌরাই য়াওনা মুংশিজবা মহাক মহাক্কী মওং-মতৌগী কয়াৎ অতুনি।

**২। পোকমীন্নরকপা কয়াৎনি**
**হৌমীন্নরকপা হকচাংনি**
**নুংশি পন্দোম লোম্বনি।**

মুংশিবগী অমুক ঙমখৈ লৈতে, ঙসিদগী মুংশিন্নরকপা নত্তে। ইমা পুকমুংদা তাইবং মমি তমলকঙৈদগী অমগা অমগা তিন্নরক্লবা তিন্নবা তাইবং পোকমীন্নরকপা হৌমিন চাউমীন্নরকপা কয়াৎনি। মুংশিবগী মপাল লৈতবনি।

**৩। হিপমী চাম্মী থকমীন্নরি**
**সেংমী কোইমী ঙাংমীন্নরি।**

পুন্সিদা হিপ্লে হিপমীন্নরি, চারে চামীন্নরি, থক্লে থকমীন্নরি, সেংলে সেংমীন্নরি, ঙাংঙে ঙাংমীন্নরি, মুকথা থানবা লৈতবা থৌরাই হকচাংনি, পুন্সিগী হোৎবা অমসুং সিবা লৈপুন্নি।

৪। পুন্সি অমম অঙান্দা
অরা অনং অনীদা
থানবা লৈতে থৌরাই হকচাং।

লোম্বা মফমদা হনবা মতাংদা কোন্নগদবনি। মরম অসিনা অসুম ওইরবা পুন্সি চুপ্পা অমম্বা অঙানবা খায়দবা, অবাবা, অনংবা, মুঙাইবা, য়াইফবা থিদনা থৌরাই অমসুং হকচাং অনীনা সুকথা থানবা লৈতে।

৫। ফজে ফজদে থিংদেদো
ঙৌম্বি মুই হায়দেদো।

থৌরাইনা কৈদৌমুংদসু মসাগী কয়াৎপু ফজদে হায়ত্নুনা মিরাইরুবসু লৈতে, ফজৈ হায়ত্নুনা য়াম্না হরাওরুবসু লৈতে, ঙৌম্বি হায়ত্নুনা চাও-খোকলুকসু লৈতে, মুই হায়ত্নুনা মুঙাইতবসু লৈতে। থৌরাইনা কয়াৎপু মুংশিবদি করি অমত্তা অসোয়-অতা থিবা লৈতে, নুংশিবতনা মহৌনি।

৬। খোংতেক মীৎতাং খায়দেদো
লাইথুং লায়না থিদেদো
থৌরাই কয়াৎপু নুংশিদো।

কয়াৎনা খোংতেক, খুৎতেক, মীৎতাংবনচিংবা তাইবং পুন্সিগী অবাবা ফিভমগী মওং মসাদা ওইরকুবা মতমদা মপান্দগী তাইবংসিংগী কি-তুজুংবা, লাইথুং লায়না পকুবা মতমদসু থৌরাইনদি কয়াৎপু কৈদৌনোংদসু থাদোকপা মাথোকপা লৈতে। মতম পুম্নমক্তা নুংশিজৈ।

৭। সোল্লে সোনমী রামীম্নরি
কল্লে কনমী নুংতাইমীম্নরি।

পুন্সিদা অসোনবা মতাং লাক্লবা মতমদস্থু, অরাবা মতাং থুংলরবস্থু, সোনমীন্নরি রামীন্নরি। অফবা মুংঙাইবা পুন্সি মরাং কায়বা মতমদস্থু মুঙাইমীন্নরি। মতৌ অস্থুম্না থৌরাইগা কয়াংকা মুংশি থানবা লৈতে।

৮। খৎন-চৈনবা লৈতেদো
মীচং মীখায় খায়দেদো।

থৌবাইগা কয়াংকা মতৌ অস্থুম্না মুংশিনবা পাম্মুনবদগী হেন্না করি-গুম্বা খৎনবা চৈনবা নুঙাইনদবা, ঐনা হেল্লী মানা হেল্লী হায়বগী করিগুম্বা মীচং মীখায়নবস্থু লৈতে।

৯। থৌরাইগী থৌসিন পূম্নমক্তা
কয়াৎ মানা লোইনজে।

পুন্সিগী নোংমা নোংদ ইথৌদাং পূম্নমক্তা থৌরাইনা সিল্লক্লুনা স্থুরিবা নোমজিবা পূম্নমক অছু কয়াংনা থৌবাইগী মতুং ইগ্গুনা পূম্নমক য়াজৈ।

১০। অমনা অমগী মতেংনি
তাইবং মপুগী পাওচেলনি।

থৌরাইনা কয়াংকী মতেংনা, কয়াংনা থৌবাইগী মতেংনা, স্থুপ্না হায়রগা থৌরাইস্থু কয়াং য়াওদনা তাইবং থৌরম পাংথোকপা য়াদে। কয়াংস্থু থৌরাই য়াওদনা মালেমদা মিকুপ অমতং হিংদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। য়েলহৌ মচিনবৈদগী তাইবং মপুগী লেংবা হোংবা য়াদ্রবা রায়েলনি।

১১। কনানা হেল্লী কনানা রাৎলি
হিরু হিনাউ ওইগনি।

হি অমত্তদা হিরু অমস্থুং হিনাউগী মওংগুম্না থৌরাই অমস্থুং কয়াং অনী অসি মপুগী নোংদম পুন্সি হিরেনগী অমনা মরুনি অমনা হিনাউনি।

১২। য়াইশ্বী থৌরাই কয়াংকী
পান্ম্ নুংশি থৌসিনবু
তাইবং মালং কুম্মেনি।

থৌরাই অমসুং কয়াং অনীনা সুপ্না অমত্তা ওইনা অপুনবা ওইনা পুন্সিগী থৌরম থৌদোক থৌদাং ময়াম পাংথোক্লক্লিবা অমসুং পাংথোক্লিবা পুম্নমক অসিবু তাইবং পানবগী তাইবং মতৌ ওইবগী তাইবং পুন্সি কুম্মে মপুগী নোংদমনি।

১৩। কয়াং মিহুন কোন্নরিফাও
মিহুন মরোন স্কাউরিফাও
কয়াং রাখল তারিফাও
থৌরাইনা থাবা লৈতেদো।

হকচাং কয়াংতা মিহুন্না হুল্লিবা ফাওবা মিহুন মরোন পীরিবফাও কয়াংকী লৈহাউদগী তাইবং রাখল ফংলিবা ফাওবা থৌরাইনা কয়াংপু থাব লৈতে।

১৪। মিহুন মরোন মুংশ্রবদা
তাইবং রাখল ফাওব্রখদা
পুন্সি চৈথে লাক্রবদা।

তাইবং মতৌ ওইবগী তাইবং কয়াংতা মিহুন হুল্লক্রবদা তাইবং রাখল ফংঙকত্রবা পুন্সিগী অরোইবা মতাং লাক্রবা মতমদা।

১৫। নুংশি লমন সিংলম্মী
মালেম লৈসাগী তম্পাক্তা
য়েলহৌ নোয়নরকপা কয়াংপু
নুংশি লমন খুদোল্মী।

মতৌ অস্থুম্না পুন্সিগী অয়োইবা মতাংদা থোৌরাঙ্গীনা কয়াংপু মুংশি লাঙ্গোন থাউগোম্না যেলহৌঙৈদগী অরা কোকথোং রামীন মুঙাইমীম্নরকপ কয়াংপু মালেম লৈসাগী ভম্পাক্তা মুংশি লমন সিংনা পাম্মু খুদোনলম্মী মতৌ অস্থুন পুন্সিগী অরোইবা মতাং ফাওবদা থোৌরাইনা কয়াংপু মুংশিজে।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংম,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি নুংশিবগী,
"শিদ-পাওচেন" যাপনসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।

---

( ১০সুবা পন্দুপ )

# নোংদম

১। তেংবানবা মপুগী পাওচেললি
মপুগী নুংশিবা অথোইবা
য়াইবী থৌরাইতনি থংগনি।

তেংবানবা মপু নুংশিবা অমসুং পান্মুবা মীৎয়েং তাবীবা খুাইদগী হেন্না াইনা নুংশিবা য়াইবী থৌরাইতনি।

২। অচৎ-চক্ত পূম্নমক্কী
য়াইবী থৌরাই ঙাক্তনি।

মালেম অসিদা উরিবা অচৎ চক্ত পুম্নমক অসে থৌরাই পানবা য়াইবী ইবা ঙাক্তনি, অচৎপগীনা অচৎপা থৌরাই, চক্তবগীনা চক্তবা থৌরাইনি।

৩। মহি ওইনা চেন্নবনি
পামেল নাপী সিংথানি।

নাপীসিংগী উরি-উপাল, হৈ-লৈ লৈরিবা চক্তবগী সিংলুপসিং অসিদা পুনা মহি ওইনা নোংদম থৌজালনা থৌয়োকলি।

৪। মিরেন ওইনা লেপ্পনি
য়াইবী কল্লাৎ চাম্মবনি।

মী, শম, ইয়োই, হুই, হোদোং, শা-ঙানচিংবা অচৎপগী সিংলুপ সিংসিং অসিদা থৌরাই মীরেন হায়না লৈহনা চেন-চোংবা য়াবা ভাইবং য়াৎপু মপুনা নোংদম্বীরি।

৫। লাইজ ওইনা তুংবনি
তত্তনা চেনবা ঈচেম্নী
ঈপাক তুরেন হায়বনি।

মপুনা লাইজ ইশিং ওইনা নোংদমত্তুনা, লাইজ ওইনা তুংহুনা ঈপাক ঈরং কয়া কয়া লৈরি তুরেন, সিংলী কয়া কয়া তত্তনা ঈচেম্না চেল্লী।

৬। ঙমখৈ লৈতনা খল্লিবনি
মপান লৈতনা সল্লিবনি
কোরৌ মালেম সিংথাবনি।

মপুনা কোরৌ ওইনা নোংদমত্তুনা মপান ঙমখৈ লৈতনা খন্দুনা পূম্নমকপু থৌজালবীরি। মপুনা মালেম ওইনা নোংদমহুনা মপান লৈতনা সনাখহুনা অচৎ-চত্ত পূম্নমকপু থৌজাল মরীক্লা য়োকপীরি।

৭। তাইবং মালং পুন্সিনি
নুপী নুপা থায়বনি
তুগা রাগা হায়বনি।

মপুনা তাইবং মালং মন্নুং অসিদা পুন্সি ওইনা নোংদমত্তুনা নুপী-নুপা থায়না তুগা রাগা য়ুমপাল য়ুমলেপহন্দুনা পুন্সি মহৈ নোংদপী।

৮। থৌরাই কয়াৎ অনীনা
য়াইবী থৌরাই অপুনবনা
তাইবং মপুগী লৈপুন্নি।

থৌরাই অমসুং কয়াৎ অনীনা সুপ্না পুল্লগা য়াইবী থৌরাই হায়না খংনরে। য়াইবী থৌরাইগী মন্নুংদা মপুগী মতিক-ময়ায় লৈভেংনা মপুগী থৌজাল লৈপুন্নি।

৯। মিকুপ পুংজা খায়দনা
অহিং নুংথিল য়াকাইনা
তত্তনা সেন্নরি মপুনা।

মপুদা অহিং-মুংথিল খায়দে, অহিং-মুংথিল য়াকাইনা মীকুপ পুংজা খুদিংগী য়াইবী থৌরাইবু সেন্নরিবনি।

১০। নোংদমখোলগী মপুনি
রায়েলনুংগী শিদবনি
নুংশিবা মাগী ঙাক্তনি।

অংৎ-চত্ত পুন্নমকী থোইদোক্লা থৌরাই পানসসিংগী পুন্সিগী লাকপা হল্লিনবা, হৌবা লোইবা নোংদম্বীবা নোংদমখোল মতুংইন্না পুন্সি রায়েলনা চাংদম্মীবা পুন্নমকপু রায়েল্লীবা পুন্নমক অসে মসাদগী চোংথোক্লকুবা তেংবানবা মপুনি।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি নোংদমগী,
"শিদ-পাওচেল" তরাসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।

( ১১সুবা পন্দুপ )

# মহৌসা

১। হৈরাং মানা হৈরেপক্তা
তাওজিং হৈমি তম্মীবা
মহৌসাগী নুংশিরোন ঙাক্তনি।

মালেম লৈসাদা লিংখিবা হৈরাংনা মরুনা হৈপাল হৈরেপ মপুং লেপলকপা তাওজিং হৈমি তম্মীবা হৈরাংনা লেং লেং য়াল্লকপা মহৌসা লাইরেম্বীগী নুংশি মতিক ঙাক্তনি, মহৌসাগী মহৌসা নুংশিরোম্নী।

২। লৈরাং মানা লৈরেপ ক্তা
সিঙেল মানা লৈসাং ফারিবা
মহৌসাগী পাম্মুরোন ঙাক্তনি।

লৈপালনা লৈরেপ মপুং ফারকপা লৈখোক্তা সিঙেল পোম্লকপা লৈরাং শাংলকপা, লৈনম সল্লকপা মহৌসা লাইরেম্বীগী নুংশি খুদোন ঙাক্তনি।

৩। মহৌসা লাইরেম্বীগী নুংশিনুং
হান্নৌনা লেং লেং চংলিদা।

মহৌসা লাইরেম্বীগী নুংশিরবা অমসুং পাম্মুরবা তম্পাক অসিদ হান্নৌ যেম্নৌনা লেং লেং চোংলিবা, নেম নেম হৌরিবা মহৌসাগী নুংশি লৈতেংনি।

৪। ফৌনানা ঈপোম লৈতেংনি
ফৌরোংনা চহুম সারিবা
মহৌসাগী নোংদম ঙাক্তনি।

কয়াদা নিংথিরবী মহৌসাগী লৈতেং লাইরেম্বী, কৌনানা ঈপোম হৌনা নোয়না পেম্না, কৌরোংনা পুক্লিং হুম্না মরোং মরোংনা কৌরেন সাংলিবা মহৌসাগী নোংদমদি মহৌসাগী লেংত্রবা লৈতেংনি।

৫। লেংলি পাল্লি হুম্লিবা
মহৌসাগী নুংশি লৈপুম্নি।

মতম চানা লেংলিবা, মতম চানা পাল্লিবা, মতম চানা হুমলিবা পূম্নমক অসে মহৌসা লাইরেম্বীগী নুংশি মঙাল ঙাক্কনি।

৬। সিংলি নোম্লি হাইরিবা
মহৌসাগী পাম্মু লৈতেংনি।

মতম চানা সিংলকপা নুংশিং মতম চানা নোমলকপা, মতম চানা হাইরকপা মহৌসাগী পাম্মুবা খুদোলনি, মুংফত্রবা লৈতেংনি।

৭। মহৌসানা মহৌসাবু নুংশিজে
পাম্মু নুংশি লৈপুম্নি।

মহৌসা ওসিতগী নত্তে, মহৌসানা মহৌসা ওইনা লৈমক্লিবা মহৌসাদগী লেপললক্লিবনি অসুম ওইরিবা মহৌসাগী তম্পাক্তা, মহৌসাগী লৈতেং ময়াম অসিসু মহৌসাদগী কোম্লরক্লবনি। মরম অসিনা মহৌসাবু পাম্মুনা নুংশিনা, নুংশিননা মতম পূম্নমক্তা পাম্মু লৈপুম্না নুংশি চীল্লোকনৈ।

৮। নুংশিবগী ওমখৈ লৈতেদো
পাম্মুবগী মপান নাইদেদো
পাম্মু নুংশি ঙাক্কনি।

মহৌসাগী তম্পাক মহৌসাদগী লৈরক্লবা নুংশিবা পাম্মুবা ময়াম অসিগী অমুক ওমখৈ লৈতে। ঈপা-ঈমা নুংশিরি, মতু-মচা, মগা-মপুরোই য়েংজে নুংশিরে, ইসা য়েংলে নুংশিরে। হৈপাল-লৈপাল, অচং-চঙ্ক,

অঁপাল-অয়ং পুম্নমক অসে য়েংখি য়েংখি মাইগৈ অসে মুংশিবগী মুংশিবা ঙাক্তা, পাম্মুবগী পাম্মুবা ঙাক্তা, মুংশিবগী অমুক মপাল লৈখিদে, পাম্মুবগী অমুক ঙমখৈ লৈখিদে।

৯। লুম্মী য়াংঙি হায়ঙমদে
পন্দম সিংথা উৎঙমদে।

মুংশিবা পাম্মুবা লৈরিবসিং অসিদা কনাম্না য়াংবা, কনানা লুম্বা, ঈমা ঈপা, মতু-মচা মপুরোই, সাগৈ-ঙাই অমসুং মপানগী লাইরেম্বী লেং লেং, হানৌনা নেম নেম কনাসু হেন্না মুংশিদে, কনানসু রাংনা মুংশিদে। অমসুং বাংপসু য়াদে, পুম্নমক সুপ্না চপ মান্নমা মুংশিজবা ঙাক্তনি।

১০। মালেম তাইবং অচৎ-চত্ত
পাম্মু নুংশি মথা পোল্লী।

মপুগী খুৎসেম অচৎ-চত্ত থোৱাই পানবা পুম্নমক পাম্মুবা অমসুং মুংশিবগী মথা পোন্না লৈবা ঙাক্তনি। চাওথ্রবা অনা-অয়েক অমদা হিদাক মরীক অমনা অতুম ওইরবা অনা-অয়েক ভমথিবা অতুবু ফবগুম কন্না কল্লবা তম্না তমথিরবা তাইবং লাই হিংচাবা পুম্নমক মুংশিবা অমসুং পাম্মুবগী মথা পোনবা ঙাক্তনি।

১১। নুংশিবা মানা মাংখ্রবদা
পাম্মুবা মানা মাংখ্রবদা
তাইবংপান অরেম্বনি।

মহৌসাগী মহৌসা ওইনা লাক্লবা, মহৌসা লাইরেম্বীগী মহৌ ওইবা মুংশিবা অমসুং পাম্মুবা অনী অসিনা তাইবং মীওইবা থোৱাই পানবসিংগী মফমদা তাইবং মহৌসাদগী লাক্লবনি। অসি লৈত্রবদি ঈমা-ঈপানচিংবা

পূম্নমকপু নুংশিবা পুন্সি অরেম্বনি। অস্তুম ওইরবা নুংশিবা হায়বসে ইসা ইসাদা লৈত্রবদি মালেমসিদা মীকুপ অমা ফাওনা হিংহনা লৈবা অরাবনি, মতোমতগী মসাবু মতোমতনা সেগায়হনা সিরগনি।

১২। নুংশিবিম্নু থম্মোয়না
পাম্মবিম্নু বাখলনা
তাইবং অমম্বা ভানগনি
মপুগী কুম্মে উগনি।

পূম্নমক অসিবু থম্মোয়না অমত্তা ওইবা মপুগী খুৎসেমনি হায়না নিংহনা অমত্তা ওইবা বাখলনা মহৌসাগী লৈতেং ময়াম অসিবু নুংশিগনি, পাম্মুগনি। মহৌসাগী লৈতেং নুংশিবা পাম্মুবা মশক থংলবা তাইবংনা তাইবংগী অমম্বা বাখল পূম্নমক ভানখিহনা মহৌসাগী তম্পাক্তা মপুগী তাইবং কুম্মে পূম্নমক উবা ফংগনি, নাকোংনা তাবা ফংগনি।

১৩। তত্তনা পাওচেল্লী মপুনা
তত্তনা পাউতাক্লি পূম্নমক্তা।

মালেম তাইবং অচৎ-চত্ত পূম্নমক অসিদা মপুনা মহৌসাগী পাম্মু নুংশিরোনবু খুৎতম পান্দমগা লোযননা মতম পূম্নমক্তা পাওচেল পাউতাকলি।

১৪। ঐবু নুংশিবা ময়ামবুসু
ঐবু নুংশিদবসিংবুসু
ঐনা অমত্তা ওইনা নুংশিজে
কনানা হেন্দে কনানা বাৎতে।

মথক্তা হায়রুক্লিবা মতৌ অস্তুম্না মপুনা তত্তনা য়াইফ পাউতাকলি। পু ঐবু য়াম্বিবা, নিংভিবা, সোক্লিবা, সক্লিবা পূম্নমক অসে ঐনা ইচা সক্না

লুংশিজৈ। ঐবু য়াদ্রিবা, নিংথ্রিবা, সোনথ্রিবা, সজ্জিত্রবা পুন্নমকপুস্থ ঐনা ইচা সক্লা লুংশিজৈ, অমবা হেন্দে, অমমস্থ রাখতে।

১৫। খেন্নবা মরম অমদি

য়েংগদবা মরম অমদি।

মথক্তা হায়থ্রিবা মপুনা পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা পাম্মুবগী মরম অসিদা খেন্নবা অমস্তুং ইসা ইসাদা য়েংগদবা লৈরি।

১৬। ঐবু নুংশিবা তাইবংনা

ঐগী ইনাক নকচখি

ঐবু নুংশিদবা মীওইনা

ঐতোম্দগী লাপ্পা লৈজখি।

মপুবু নিংজবসিং অমস্তুং নিংদবসিংগী মরক্তা খেন্নবা মরমদি মপুবু পুন্সি মতম লৈবখিবিক্তা নিংজরিবা থোইদোক্লা মতম অহুম মপুং লেপ্লা নিংজরিবসিংগী রাখল পুক্লিং লৌশিংনা মপুগী নাক্তা মতম পুন্নমক্তা নক্লা লৈজবা ঙমজখি। অহুগা মপুবু য়াদবশিংনা, মপুবু নিংদবসিংনা মতোমতগী রাখল পুক্লিং লৌশিংনা মত্তোমতা মরিং মরাংগা লোয়ননা মতোমতা মপুদগী লাপথোকখি। নিংঙ্গ্রবনিনা নিংশিংঙ্গ্রবনি, মত্তোমতা কাও সিল্লকপা লাপথোকখিবা মহৌনি।

১৭। মরম অমগসু পাওচেন্নী

নক্লা লাপ্পা লম্ব্রেনবু

পুন্নমক্লা থংবা ঙমদেদো।

তেংবানবা মপুনা পাওচেন্নী মপু ঐনা কদায়দা লৈ, নকপদা হায়রগ কনাদা লৈরে, লাপ্পদা হায়রগা থিবা কংদে, খন্নকমগী মশক্কি। অনকপ

ইসাদনা কদায়দা লৈরিব', অরাপ্পা খিবা ফংদবা কয়াম লাপ্পা লৈখিবা, মরম খিবিক অসে মীওইবা পূম্নমক্কা খংবা ঙম্বা নত্তে।

১৮। কদায়দগী হৌবা লম্বেনবো
মফম কৈদা লৈবনো
কনানা খংবা ঙমগনি।

মহৌসাদগী লৈরক্লবা লাইনিং লম্বেম্নি। অত্তবু করম্বা মতম, করম্বা মফমদগী হৌরকপা লম্বেম্নো অমসুং মফম কৈদা লোইবা লোম্বনো তাইবং কনানা খংবা ঙম্মী।

১৯। মপু নকপা তাইবংনা
মঙাল খজিক্তা ফংবনা
লম্বেন মঙাল তাগনি
অরা-অমং কোক্লনি।

তাইবং পুন্সিদা মপুবু মতম লৈবখিবিক্তা নিংজত্না মপুগী শিদ থৌজাল লাংদা মপুগী মনাক নকচপ্রবা তাইবংনা মপুগী থৌজাল মহৈনা তাইবং অমম্বা লম্বেন ঙান্দুনা পুন্সি অপনবা অরা-অনং পূম্নমক কোকখিনি।

২০। মঙাল খরা ফংজবা
নুংশিবা মাগী খুদোম্নী
পাম্ম, মাগী থৌজালনি।

নিংজরগা নিংজবা মতুংইন্না থৌজাল খজিক ফংজবা পূম্নমকী নুংশি-ফম পাম্মুনফম ওইরিবা মপুগী নুংশি খুদোন থৌজালনি।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমনা নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি মহৌসাগী,
"শিদ-পাওচেল" তরামাথোইসুবা পন্দুপনা য়াইক্রে।

---

( ১২সুবা পন্দুপ )

# য়ায়চৎ

১। করিগুম্বা থরা কৎচবদা
চাক্লি-ফিনি পীজবদা
লেম্নবা রারী লীগনু।

য়াম্নবু কৎলগসু খজিক্কুংবু কৎলগসু মপুগী খুইয়াদা ওমজবা থরা কৎচবদা, ঐ অঙ কৎলে ঐনা অদা কৎলে হায়ডুনা অতোপ্পা মীদা লেম্নবগী মসক ওইনা তনফদে অমসুং মপুগী খুইয়াদা কৎচবত নত্তনা কনাগুম্বা মরাইবক থীবা চাক্লি-ফিনিবা, খোংতেক-মীৎতাংবসিংবু খরা পীজ-পীথক-পদা মতেং ওইনা পোৎ হাপ্পদা মপানগী অতোপ্পা মীওইসিংদা লেম্নবা ওইনা সিংথা সিংথাডুনা রারী লীফদে।

২। অকৎপা নংনা কৎন্ত্রে
অলৌবা অমনা লৌখ্রে
লেম্নবা মখৌ তাদেদো।

মপুগী খুইয়াদবু কৎলবসু অকৎপনা কৎচবদা কৎচবা রাখল মতুংইন্না মপুনা সোয়দনা লৌবীরিনি অমসুং চাক্লি-ফিনিবদা পীরে মখোয়নসু হবাও-হরাও লৌখ্রি। মতৌ অসুম্না কৎপা অমসুং লৌবীখিবা, পীবা অমসুং লৌখিবা অসিগী মরক অসিদা করি লেম্ননিঙাই অমুক লৈরি।

৩। নংনা খ্বাজিক্কুং কৎচবদা
কনা অমত্তনা উপ্রবসু
তাইবং পুন্সিদি উরিদো।

মপুগী খুয়ইদা খজিক্কুং কৎচবা অমসুং কনাগুম্বদা মতেং ওইনা খজিক পীজ-পীথক পোৎ পাংখিবা পুন্নমক অদো তাইবং কনানা উবা ফংব্রবস্থ মতম পুন্নমক্তা য়াকাইরিবা মতম পুন্নমক্তা য়াথোক্লিবা মপুদি উদবা খংদবা লৈতে। কৎলিবা পীজরিবা পুন্নমক অদু মপুদি পুমঙান ঙাম্না উগ্রে, হোত্রোং হোনা খংগ্রে। মতিক ময়াম্ন মঙাল চাউরবা মপুনা খংগ্র উগ্রবদা অতৈ কনা তাইবংনা লেন্নরারী অমুক লীরুখিদোরি।

৪। কৎপা নংনা লেন্নরগদি
তাইবং মপুনা ব্রারৌখিনি।

ঐ লাইদা অদু কৎলে অদা কৎলে, চাক্লি-ফিনিবদা অদু পীজরি অদা পীজরি অসিনচিংবা মহাক মহাক্লা খজিক্কুং কৎচবা পীজবদা মহাক মহাক্লা সিংথাতুনা লেন্নরগদি মপুনা রারৌখিনি।

৫। কৎচবা নংগী সরুকসু
লাইরৈপাক্তগী সোয়দনা ফংগনি।

ঐনা ঐনা খজিক কৎচবা অমসুং পীজ-পীথক তৌবগী কৎচবা মহৈ, পীজবা মহৈসু তাইবংপানবগী মপু লাইরৈপাক্তা ঙাম্থোইরিবা লেপ্পা মহৈ পীবিরক্কনি।

৬। নসানা কৎচবা খিবিকপু
নসানা ব্রারী নাম্ননরগদি
লাইরৈপাক্তগী করি ফংগনি।

ইসা ইসানা খরা কৎচবদা ইসা ইসানা ঐদি কৎপা ঙম্বা পীজবা ঙম্বনি অসিনচিংবা নাপ্পন রাখলগা লোয়ননা কৎচবা খরা রারীনরবদি লাইরৈপাক্তগী করি ফংফম অমুক লৈখিনি।

৭। পুন্সি রাখল পুক্লিংসে
চিঙ্গাক ফিসেৎনা পুবনি।

পুন্সিগী রাখল অমসুং পুক্লিং খিবিক অসে মসা মসাগী চিঙ্গাক ফিসেৎ মতুংইন্না রাখলনা খনবনি পুক্লিংনা নিংবনি, ফিসেৎ মতুংইন্নসু মীওইবগী রাখল পুক্লিং হোংবনি।

৮। তাইওন্নবা চিঙ্গাক চাফদে
সিংলুপ ফিসেৎ থাফদে।

সিংলুপ-কৈরুপকী অমসুং ঈপা-ঈপুগী চৎনবী চিঙ্গাক নত্তনা তাই-ওন্নবা নামুংবা চিঙ্গাক চাফদে অমসুং সিংলুপ ফুরুপকী ওইবা চৎনবী ফিসেৎ নত্তনা অতোপ্পা ফিসেৎ সেৎকদে।

৯। অয়াক অসা নমথি হাথি
অতোনবা চিঙ্গাক য়েরুবা
য়াইফ পুন্সিদা থাদোকনি।

য়াইফবা পুন্সি ত্তানগে হায়না নীংলগদি পুন্সিদা অয়াকপা, অসাবা নমথিবা হাথিবনচিংবা য়াইফবা থৌরমগী লাম্বেন্দা রাখল লৌশিংগী য়েরুবা ওইবা চিঙ্গাক থাদোকনি।

১০। পুন্সি মতুংইন্না
পুন্সি ফিসেৎ লৈতেংগনি।

ঐনা ঐনা পামজবা য়ুমপান, লেপ্পবা পুন্সি মতুংইন্না ফিসেৎ লৈতেং-গনি। সেৎনীংঙি হায়ত্বনা য়ুমদা ইলৈ লৈতনা মমল য়াম্না চংবা ফিসেৎ সেৎকদে।

১১। অনৌ অপেন য়েম্নৌ য়েম্নিং
সজোম খোইহি অথুম্বা
লাইগী চিঙ্গাক চাগনি।

হৈ-লৈ, অমৌ-অপেম, ইনসাং-নাপী, য়েম্নৌ-য়েম্লিং, খোইহি, সঙ্গোম অথুম্বা খ্বিবিক অসে লাইগী চিঞ্জাক্নী। অসিগুম্বা লাইগী চিঞ্জাক অসি চাবা তমগনি।

১২। চিঞ্জাক মায়ম চাফদে
ফিসেৎ নাপন সেৎফদে।

ঐদি অহুগুম্বা অফবা পোৎ চারে, অফাউবা পোৎ চারে অসিনচিংবা নাপন তৌহুনা চাফদে অমসুং ঐদি মমল অহুক পীবা ফিসেৎ সেৎলিবনি, অহুক কজবা ফিসেৎ সেৎলিবনি অসিনচিংবা নাপন তৌহুনা ফিসেৎ সেৎফদে।

১৩। ঈপা-ঈপু সিংলুপকী
ঐগী য়াইরোন থৌচৎপু
অথোইবনি খুংগনি।

সিংলুপ ফুরুপকী ঈপা-ঈপুনা চেনরকপা, নিংনরকপা, সোম্নরকপা য়ায়রোন থৌচৎপু (ধর্ম্ম নীতিবু) ঐনা চৎকদবা লম্বেন্নী নীংহুনা অথোইবনি হায়না নীংগনি।

১৪। হৌফম সাৎফম লোয়ননা
ইগা কোম্নবা য়াইরোনবু
তাইবংপাম্না থাফদে।

ঈপা-ঈপুসিংগী থোইদোক্লা ফুরুপকী হৌফম, সাৎফম সাজৎ লমচৎ-লোমগী কোম্নবা অমসুং চিঞ্জাক লাংথক য়াইফবগা লোয়নবা ইসাগী ঐগা কোম্নবা ঈপা লাই ঈপু লাই নীংবগী য়াইরোন লম্বেনবু তাইবংনা থাফদে।

১৫। তাইবং অমম অতান
অবা অনং অমীদা
য়াইরোন কৈদৌমোংদসু থাফদে।

তাইবং পুন্সিগী অমম-অঙান নোংমা মপুং থোদাং পুবদা অৱাবা অনাব
অয়েৎপদা মতম পুম্নমক্তা য়াইরোন থাফদে।

১৬। তাইবং নংনা পোকপদা
য়াইরোন মানা লমজিংবী
তাইবং নংনা থাবদা
য়াইরোন মানা লানবীনি।

ঈমাগী পিবুকনুংদগী হেক তাইবং ফাওরকপা পোক্লকপা খিবিক অযে
য়াইরোন থোচৎকী পথাপ মতুং ইনবনি। য়াইরোম্না লমজিংবনি অমসু
তাইবংনা সিরবদসু য়াইরোম্না লমজিংহ্নুনা য়াইরোনগী পথাপ মতুংইন্ন
তাইবং লানবীরি।

১৭। হৌবা লোইবা য়াইরোম্নি
তাইবং পুন্সিদা কাউগনু।

অচৎ-চত্ত মালেম তাইবং পূম্নমক্কী হৌরকফম মরুসু য়াইরো
থোচৎনি অমসুং পূম্নমক্কী লোইফম তিনফমসু য়াইরোন থোচৎনি, তাই
বংগী হৌবা অমসুং লোইবা য়াইরোম্নি খংগনি।

১৮। য়াইরোন মঙাল ফংলবদি
লেপ্লা ঙাল্লবনি পুন্সিদা।

তাইবং পুন্সিদা য়াইরোন থোচৎকী মতাক-ময়ায় মঙাল ফংলবদি
পুন্সিগী অমম্বা পূম্নমক কোকখিহ্নুনা য়াইরোনগী মঙালনা ৱাখল মঙাব
তাবা ঙমজে।

১৯। মৈ ঈরাৎপা কাউগনু
মৈগী ইহুন লেপকনু
পুন্সি নুংসাং য়াইফনি।

মৈ ঈরাৎপা তাইবং পুন্সিদা কাউগনু অমসুং মৈগী চেং থোঙদিং ইন্থন পীবা লেপকনু, অরা-অনং কয়ানা পুন্সি লৈতেং ওংরিবা তাইবং পুন্সিগী য়াইফ মুংসাংবা ওইগনি।

২০। মীচং মীথাই নাইদবা
ঐগী মাগী থায়দবা
মৈ ক্কৌবা লাইনি।

মানা ঐগী মীচংনি মসিনা ঐগী, ঐ মাবু চাকথোক্লোই, মানা মাগীনি মসি ঐগী মত্তে, ঐ মাবু চাকথেক্কনি অসিনচিংবা করি অমত্তা হায়জত্রবা পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা থল্লীবা মৈনি।

২১। অফ-ফত্ত থিদবা
অহাও-হাওত থায়দবা
থাম্নী মৈতোন য়াইফবনি।

অসিনা ফৈ ঐনা চাক্কনি, অসিনা ফত্তে ঐনা চাকলোই অমসুং অসিনা হাওয়ি ঐনা চাক্কনি, অসিনা হাওতে ঐনা চাকলোই করি অমত্তা হায়জ থিজদবা য়াইফরবা মৈগী লিচংনি।

২২। চোৎলি কংঙি হায়দবা
অথা অয়াক নাইদবা
থাম্নী মৈগী থৌজালনি।

মৈনুংদা লংসিল্লকপা পুম্নমক মৈনা লোইনা লৌয়ি, অসিনা চোৎলি অসিনা কংঙি অসিনচিংবা অমসুং অসিনা য়াকলি, অসিনা কংঙি করি অমত্তা হায়জদবা পুম্নমক্তা থৌজাল চপ মান্নবা মৈতোন্নী।

২৩। অচৌবা মচা থায়দবা
নমথি নুংশি থিদবা
থাম্নী মৈরা মৈতোম্নী।

পুন্সিগী থৌরম থৌথোক পুন্নমক্তা অসিনা অচৌবনি অসিনা মচানি অসিনা নম্থিবা ফত্তবনি অসিনা অফবা নুংশিবনি, মতৌ অদুগা নুংশি নুংশিদবা, অফ-ফত্ত খিদবা খাস্বী মৈনি।

২৪। কংচবা মতুংইন্না
খাস্বী থৌজাল য়াইফবনি
তাইবং মপুগী পাওচেন্নি।

মৈগী মৈনুদো হুন্নিব লংসিল্লম্মখৈ চাক্তবা লৈতে; লোইনা চাক্তুনা মৈনা লৌখিবা ঙাক্তনি। থেন্নবদি মহাক মহাক্না কংচবা মতুংইন্না মহাক মহাকী থৌজাল ফংনবা ঙাক্তনি। চেং থোইদিং কংলগা চেং থোইদিংগী মহৈ, অতোপ্পা কংলগা অতৈ অতোপ্পা মহৈনি।

২৫। হৈ-লৈনা থৌগললগনি
চেং থোইদিংনা পেলহনগনি।

কংচবা পুন্নমক্তগী অথোইবা অহেনবা য়াইক মহৈদি হৈ-লৈ কংচবা, চেং থোইদিংনা খাস্বী মৈহুন পীবা পুন্সিগী মহৈনি।

২৬। শিদ পুন্সি ফংগনি
পুন্সি নুংসাং য়াইফনি।

মথক্তা ইজগ্রিবা মরম হৈ-লৈ চেং-থোইদিং কংচবসে তাইবং পুন্সিদা মপুগী ঙমখৈনা শিদ পুন্সি ফংজহুনা পুন্সি নুংসাংনা পাঙহুনা য়াইবী মরাং কায়বা ঙংগনি।

২৭। তাইবং লমচৎ লুবনি
সাজৎ থোংথাং লুবনি
পুন্সি অমম অঙাল খায়বনি।

তাইবং পুন্সিদা অফবা অমম্ংং ফত্তবা খায়না লমচৎ-সাজৎ অনী থোক্না য়াম্না লুনা লুবা মীওইবগী লমচৎ-সাজৎ থোংথাংনি। মালেম অসিদা

অমম্বা অমসুং অণ্ডানবা হায়না মপুনা মীওনা সংসংনা উনা খায়রিবা অসিগুম্না মীওইবগী পুন্সিদা অমম্বা সরুক অমসুং অণ্ডানবা সরুক অমুম হায়না খায়রি, অতুদি মতম কৈদগী লাকই হায়দনা ইসা ইসাগী লমচৎ সাজৎতগী লাকপা ঙাক্তনি।

২৮। মীওইবগী হকচাং পুন্সিসে
সাজৎ লমচৎনা পুবনি।

তাইবং পুন্সি অসিদা ইসা ইসাগী লমচৎ সাজৎনা ইসাগী পুন্সিগী লৈতেং, হকচাংগী লৈতেং ওইরি। অফবা সাজৎ লমচৎনা য়াইফবা লৈতেং অফবা মীংচৎ, ফত্তবা লমচৎ সাজৎনা তম্নখিবা লৈতেং অখিবা মীংচৎনি।

২৯। সাজৎ লমচৎনা চুমদ্রবদা
পুন্সি কেমদুনা মাংলগনি।

পুন্সিদা মীওইবগী সাজৎ লমচৎনা চুম্না চৎত্রবা, রাঙাং-সাঙাং চুম্নরোই, রাঙাং চুমদ্রবদা খোংথাং চুম্নরোই, খোংথাং চুমদ্রবদা মীওইবগী পুন্সি লেপ্পা কেমত্নুনা মাংলগনি।

৩০। তাইবং মীওইবসিংনা
মহৌসা কোয়নবা মীওইবগী
সাজৎ লমচৎ থাকদে।

খোং-থুং, মীং, নাতোন, চীন-য়া পান্নী, মমিং "মী" হায়না কৌয়ি অত্থবু শুমফমগী মচাক্তি মাপী মমুংদা সাজৎ লমচৎ মতুংইন্না মী মওং য়ামদ্রে, মরম শিবিক অসে মীওইবা পুন্নক মীংনা মীংনা উনবা ঙাক্তনি। মীনা চৎকদবা মীওইবগী লমচৎ সাজৎ কৈলাহৌঙৈদগী কোন্নবকপা মপুনা

থৌজাল্লকপা অহু মীওইবগী পুন্সিদা থাকদে। মতুনা থারবদা মীদি ওই-বগা শনগুম্বা মতৌ অসুম্বা তাইবং পান্দম পীনরক্লি।

৩১। লাইগুম্বা পুকচেল চাউরবা
লাইগুম্বা পুকচেল সেংলবা
মীওইবগী লমচৎ সাজৎনি।

তেংবানবা মপুগী খুৎসেম অসিদা অসেংবা মীওইবগী সাজৎ লমচৎতি লাইগী সাজৎ লমচৎকুম্বনি। মকান্নুংদা লাকংবা পুম্নমকপু ভাকপীবা হৈবা লংজবসিংনসু মকান্নুংদা চংজরগা ভাকপীবা হৈবা থৌজালতনা মপুং লৈতেং ওইবা লাইগী পুক্লিং চাউরবা সেংলবগুম্বা মীওইবগী লমচৎ সাজৎ পুক্লিং পুকচেলনি।

৩২। থৌরাই পানবা পুম্নমকপু
তাকপী তম্বী হৈবা
পুক্লিং লৌশিং চাউরবা
মীওইবগী লমচৎ সাজৎনি।

মপুগী খুৎসেম অসিদা মী নত্তবদা অতে অতোপ্পা থৌরাই পানবা লৈরিবা পুম্নমক অসে মীওইবসিংনা তাকপী তম্বী হৈবগুম্বা ভাক্তনি। মীওইবগী পাক চাউরবা লৌশিংগী মখা পোনবা ভাক্তনি।

৩৩। মপুগী লৈসেম খুৎসেম
মহৌসা মালেম তাইবংসে
মীওইবগী লমচৎ সাজৎনা
হেনজনা থোইনা পাচুহল্লী।

মপুগী মথৌভাল মতুংইন্না মপুগী মালেম তাইবংপান অসে তাইবং মীওইবসিং লমচৎ সাজৎ মরৌসিং অচৌবা মখুৎসু অথোইবা মথৌদাং

অকনবা মাইকৈ মরি স্নংবাই নিপানমক অসি মরম স্না কযা কয়া থোক্লা মীওইবনা সেমগৎ সাগৎতুনা মালেমগী নিংথিবা চেংলৌবু হেনগৎহন্না হেনগৎহল্লী।

৩৪। তিন-কাং সা-ঙা
তাইবং মীওই পুম্নমক
মাগী মাগী লমচৎনি।

তিন্না তিনগী সাজৎ, কাংনা কাংগী, ঙানা ঙাগী, মীনা মীগী, মহাক মহাক্কী সাজৎ লমচৎ তোঙান তোঙানবা ঙাক্কনি।

৩৫। শন-ইরোই উচেক-য়াব্রা
হিংচা-য়াইতম পুম্নমক
মদোম মতৌ সাজৎনি।

শন-ইরোই, হিংচা-য়াইতম থোক্লাই পানবা পুম্নমক মপুনা সেম্বীরকপা মপুনা পীবিরকপা মদোম সাজৎ লমচৎনি।

৩৬। অমনা অমগী মতেংনুং
মালেম তাইবং কুম্মনি।

মালেম অসিদা লৈরিবা থোক্লাই পানবা পুম্নমক অমনা অমগী মতেং পীনদুনা পুন্সি মথৌদাং কুম্মৈ পাংথোক্লি। শন-ইরোই, শগোল-সাম্নুন-চিংবসিংনা শমপোৎ খোইবনচিংবা, পোৎ হোনবনচিংবা কয়া কয়া মতেং পীনরি। থোইদোক্লা ইযুম ইয়ুমদা ঈমা-ঈপা, ঈচিন-ঈনাউ, সাগৈ-ঙাই পুম্নমক অসে অমনা অমগী মতেংদা পুন্সি কৈথেন কাদুনা পুন্সি কুম্মৈ সাম্নবা ঙাক্কনি।

৩৭। তাইবং মীওইবা মপোক্পি
সা-ঙা তিন-কাং
উচেক-য়াব্রাগী সাজৎ চৎফদে।

তাইবং পুম্বিদা মীওইবগী মীরমলেনগা রাঙাং সাঙাং, লমচৎ সাজৎ, ফজম চাকচা খিবিক অসিবু থাদোক্নুনা মীরমশেনগা তাইওন্নবা লমচৎ সাজৎ চৎফদে।

৩৮। লৌনম নমথাক মীনম্বা
হিংচা রাইতম লমচৎ চৎফদে।

তাইবং মীরমলেন ওইবগী লাইনা পীবা অমগা অমগা নুংশিনবা, অমগা অমগা থাজনবা, অমগা অমগা অরেপ্পা পুকচেল চৎনবা যরম খিবিক অসে থাদোক্নুনা তাইওন্নবা মীগী মপুক্লিংদা সাউনিংবা, রারৌগদবা লৌনম রাহৈ মীনম্বা রাতা, নমথাক, সরৌ তমথিবা লমচৎ চৎফদে।

৩৯। পুম্নমকপু নুংশি হৈবা
পুম্নমকপু পাম্মু হৈবা
মীওইবগী লমচৎ সাজৎনি।

মপুগী থুৎসেম থোরাই পানবা লৈরিবা পুম্নমক অসিগী মন্নুংদা তাইবং মীওইবগী মপোক অসিনা অথোইবা মপোক্নি। অসুম ওইরবা অথোইবা মপোক অসিনা পুম্নমকপু সুপ্না নুংশি হৈবা, পাম্মু হৈবা, মীচং মীথায় নাইদবা মপুগী থুৎসেমনি হায়না পুম্নমকপু সুপ্না লাঙ্গোনবীবনা মীওইবগী লাইনা থাবা লমচৎনি।

৪০। লাঙ্গোন হৈনা লাঙ্গোনবীবা
তাইবং লাইগী লমচৎনি।

মীওইবগী মপোক্তগী থোরছুনা থোরাই পানবা পুম্নমক অসিবু মহাক মহাকী মঙং মতৌ মতুংইন্না অসুম ওইরগা মতিক চাই হায়বা খংনা পুম্নমকপু লাঙ্গোনবী, রাংল পুক্লিং লৌশিং চাউবা তাইবং লাইগা চপ মান্নবা লমচৎনি।

৪১। থোৱাই হকচাং পুন্সিদা
তাইবং মুমলেপ মুমগামদা
তাইবং পুন্সি কুম্নি।

থোৱাই পানবা পুম্নমক মহাক মহাকী ময়ুম, মহাক মহাকী মকোন, মহুম, লৈথুন, উথুন মতৌ অসুম্না মহাক মহাকী লৈনবা সেম সাহুনা অমসুং লৈহুনা পুন্সি লেপ্লীবা অহুনা পুন্সি কুম্মেনি।

৪২। পাম্মু নুংশিনা লৈতেংনি
সেগা-মাইগা রাহৌনি
মতেক চামীন থকমীন্নবনি।

থোৱাই পানবা পুম্নমক য়ামদ্রবদা মসাগী ঈগা কোম্নবা লৈমিন্নবা পুম্নমক অমগা অমগা পাম্মুনবা, নুংশিনবা ভাক্তনি। পুন্সি হৌরকপদগী লৈমীন্নবা ওইবনা নোংমা পুন্সি মথোৱাংদা সেগা-মাইগা হায়না রাতানবা ভাক্তনি, ময়ুমদা অরৈবা খরা য়েন্নবা চামীন-থকমীন্নবা ভাক্তনি।

৪৩। পলেম পস্থৌ হায়বনি
পারি ইমোম সকপনি
নুংশি থাউগোন ম্মাইফবনি।

মচা ওইবসিংনা মমা-মপাসিংবু মথোৱাইগা চপ মান্নবা নিংভি, মমা-মপা ওইবসিংনসু মচা ওইবসিংবু মুপা ওইরগা পারী, মুপী ওইরগা ইমোম অসুম হায়না নুংশিনা মথোৱাই সক্লা সিংথানরি। থোইদোক্লা মম-মপানা মচাবু নুংশিবা হায়বা অসিদি 'মী' ভা নক্তে, শন-ইরোই, উচেক পুম্নমক মচাগী নুংশিবগী মথা পোনবা ভাক্তনি।

৪৪। কোরৌ নোংনবু রাংবা
পস্থৌ ইপানা মরাংঙে
পস্থৌ ইপানা মফেৌ।

মচা ওইবসিংনা মপাবু কোয়ৌ নোংমদোন অতিয়াগা পান্দম্নরি লাংনা বাংগ্র লাম্বা ফংদবা অতিয়াদগী হেন্না পস্থৌ ঈপানা রাংভি, অমকপা লৈত্রবা মচুনা ফুদোংবা নীংথিবা অতিয়ানা নীংথিবা হেনব্রা মংল্লে অত্তুবু পস্থৌ ঈপানা নীংথিবা নুংশিবা মহেল্লী।

৪৫। মালেম লৈনা লুমব্রা
পলেম ইমানা মলুম্মী
পলেম ইমানা মহেল্লী।

লুম্না লুম্নবা ঙমৈ লৈতনা লুম্নবা পাকাউরবা মপান নাইদ্রবা মালেম তম্পাক্লা লুম্না খনবস্থ পলেম ঈমানা লুম্না হেল্লী। নীংথিবী মালেম ফজবী তম্পাক্লি অত্তুবু মালেম ঈমানা নুংশিবা পাম্মুবা মহেল্লী। পলেম পস্থৌগী নুংশিবা পাম্মুবা অসিদি পূন্সিগী খোংথাং খুদিংগী কাউবা য়াদবা পাম্মু নুংশিনি।

৪৬। থৌরাই মানা নুংশি থোইরবা
পারি ইমোম্না নুংশি মথোইখি
পারি লাংলেয়া পাম্মু মহেল্লী।

তাইবং পানবগী খ্বাইদগী অংেনবা অথোইবা হায়বসে থৌরাইনা মথোইরে। থৌরাইনা য়াওদ্রবদা মীকুপ অমত্তং থাওনা মালেমদা লৈবা য়াবা নত্তে। অসুম ওইরব থৌরাইসিদগী মচা মচানা নুংশিবা হেল্লী হায়না পলেম পস্থৌ ওইবসিংনা সিংথানরি। মচাগী কাদা শোক্লরুবদা মথৌরাই পাম্মুবা খিনদে।

৪৭। তরু-তরু তনান-তনান
তসেং-তসেং তরং-তরং
লু-হেনবা লুমপালনি।

লুনা হেন্না তরু-তরুনা তসেং তসেংনা সেগা-মাইগা অরৈবা খরা সেংন য়েন্ননা চামীন-থকমীন্নবা, অরৈবা খরা সেংমীন-চীনমীন্নবা, পাম্মু নুংশি মপুং লৈতেং নুংশিবগী হৈকোন পাম্মুবগী লৈকোন তাইবং পুন্সি য়ুমপালনি।

৪৮। পুন্সি য়াইফ থোইবনি
মপোক মহৈ য়ানবনি
মপুগী থোজাল লৈপুন্নি।

নুংশিবা হায়বসিদি লায়রবা ঈনাকখুনবা খায়দে। মমা-মপাগী নুংশিবা, মচাগী নুংশিবা, তুগা রাগা নুংশিবা পুম্নমক অসে লায়রবা ঈনাক-খুনবা চপ মান্নে। অসুম ওইরবা পাম্মুবতনা লৈতেংলিবা নুংশিবতনা লৈতেংলিবা তাইবং য়ুমপাল পুন্সিদা য়াইফবগী মসকনি। অসুম ওইরবা য়ুমপাল পুন্সিদ য়ুমপাল মসক ংনা য়ুম পাল্লীবা তাইবংনা মপুগী থোজাল ঙমৈংনা পোকচবা পুন্সি মহৈ য়ানবা ঙমজৈ।

হুম লাইনিংথৌ শিদব হুমন নিংন,
নওংনি, হুংনা নয়ায়নি য়াইচংকী,
"শিদ-পাওচেল" তরানিথোইসুবা পন্দুপনা য়াইফরে।

---

# মপুগী মনাক নকপা খজিক ঙমজবগী লম্বেন খর্রা

( অঃানবা মরম )

১। তাইবংপান অচৎ-চত্তগী থৌরম থোথোক পূম্নমক্তা নিংজবা, নোম-জবা, স্নুজ-তাপ্পবা পূম্নমক থাজবগী মখা পোনবনি। থাজবনা মপুং লেপলব্দা মপুগী মনাক নকপা খজিক ঙমজখি।

২। থাজবা মফমদা লেপ্নমকী মপু লৈরবনি।

৩। তেংবানবা মপুদি হৈ-লৈ, ঈশিং খুন্না অমনা পেনবনি অহুবু থম্মোয়গী মথৌনি।

৪। থম্মোয়না খনবগা থৌরমনা তৌবগা মন্নুং মপান মান্নজবদি লংজবা লাক্কনি।

৫। তাইবংপানগী অফ-ফত্ত স্নুরি-নোম্নি, সেংন্নি-চারিবা পুন্সিগী থৌরম পূম্নমক মপুনা থোদাবদগী তৌন্নিবনি হায়না মপুদা সিন্নরগদি মপুগা মতম পূম্নমক্তা রাখল মন্নী লৈননা মপুগী মনাক নকপা খজিক ঙমজগনি।

৬। পূম্নমক অ‌সবু মপুনা অমত্তা ওইনা মুংশিবী অহুবু মপু নিংজবনা মপুগী মনাক খজিক নকপা ঙমংখি।

৭। তৌহৈ সকহৈ-উহৈ-চাহৈদবা থবক থৌরমবু মতম পূম্নমক্তা থাদোক্কনি, মপুগী মনাক নকপা খজিক ঙমজগনি।

৮। অপাম্বা, ওইজবা রাখল থাদোক্কনি, মপুগী মনাক নকপা খজিক ঙমজগনি।

৯। থৌরাংবা রাখল থাদোকনি, মপুগী মনাক নকপা খজিক ওমজগনি।

১০। ঐগী ইসা নুংঙাইবগীদমক মীবু থৌগল তৌহনবগী রাখল থাদোকনি।

১১। ইসাগী অতনবা থাদোকনি।

১২। ঈমা-ঈপাগী থৌগলদা অতনবা থাদোকনি।

১৩। য়ুমগী ঈমা-ঈপানচিংবা পূম্নমক শৎন-চৈনবা, সাউনবা থাদোকনি।

১৪। ঐ হায়বা মতম পূম্নমক্তা থাদোকনি।

১৫। ইসা কন্নবা ময়াম্বু কনবা থৌরমদা অতনবা থাদোকনি।

১৬। ঐঙোন্দা অরানবা মীবুস্তু কনবী-ঙাকপীবা তমগনি।

১৭। য়াম্না অরাবা তান্নবা ফাওবদা রাখল চোইদবা লেংদবা তমগনি।

১৮। মহাক্না ঐবু নুংশিজবস্তু, ঐনা মাবু নুংশিবা তমগনি।

১৯। মতম পূম্নমক্তা লু-হেন্না নুংশিবা লৈবা তমগনি।

২০। মতম পূম্নমক্তা হয়াউ-তয়াম্না লৈবা তমগনি।

২১। মতম পূম্নমক্তা অকীবা থাদোকনি।

২২। অনা-অনং খাংবা তমগনি।

২৩। ইসাগী য়াইরোনগীদমক শরাবা খাংগনি।

২৪। মন্নুং মপান য়েংবা তমগনি।

২৫। রাখল পুক্লিংগা লোয়ননা অতিংবা পুকচেল থমগনি।

২৬। অরাবা লায়রবসিংবু নুংশিবা পুকচেল থমগনি।

২৭। পুন্না পরম অহল-লমনগী য়াথং পাউতাক পাওচেল মতম পূম্নমক্তা ঙাকপা তমগনি।

২৮। অফ-ফত্ত অনীদা অয়েপ্পা পুকচেল থমগনি।

২৯। পুক্লিংগী চীংনবা নুংঙনবা থাদোকপা তমগনি।

৩০। বাৎহল পুক্নিং লৌশিংনা মীবু অথোবা পীগে নিংবা থাদোকপা তম্মগনি।

৩১। হুরান-চৌম্থি মতম পুন্নমক্তা থাদোক্কনি।

৩২। নিংচরগা, হোৎনচরগা, নোমজরগা ফংচন্নিবা অতৃগী মমীংদি থোঞ্জাল কৌয়ে।

## ( ২সুবা মরম )

চৎলে চৎনা, হিপ্লে হিপ্না, ফম্মে ফম্না, চারে চানা, ভাংডে ভাংনা, মীৎ পাংথোক্লে মীৎ পাংথোক্না, মীৎ উইসিল্লে উইসিন্না মতম পুন্নমক্তা বাৎহল পুক্নিং লৌশিংনা মপুবু কাউদবা, কাউগে তৌরক্লগম্থ করিগুম্বা ইসাগী লম্নাই ওইবা নাম্না ফেকশিনবা য়াম্না লুবা পোৎ অমা মাংপ্রগা বাৎহল পুক্নিংনা নিংঙমদবা মরাং হৌনা মাংহিবা নিংসিংনা বাৎহলনা থিবগুম পুন্সিদা মপুবু মীকুপ খুদিংগী মাংবা য়াব্রবা, কাউবা যাদ্রবা পুন্সিগী অথোইবা লম্নি থন্দুনা হেক হেক নিংশিংগনি। মতৌ অসুম্না পুন্সিগী মীকুপ পুংজা খুদিংদা মপুবু কাউদদবা হৈরবা, ওম্মবা মীওইনা মপুগী মনাক নকপা ভমচগনি।

## ( ৩সুবা মরম )

মীৎ অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, উরিবসে মপুনা উরিবনি। নাকোং অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, তারিবসে মপুনা তারিবনি। নাতোন অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, হোল্লীবা হুংশা অসে ঐগী চীম্না নাতোম্না নত্তে মপুনা হোল্লিবনি। চীন অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, মপুনা চারিবনি। লৈ অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, মপুনা ভাংডিবনি, অহাউ-হাউত খংডিবনি। খুৎ অসে

ঐগী নত্তে মপুগীনি, মপুনা স্নুরি-নোম্লিবনি। খোংসে ঐগী খোং নত্তে মপুগীনি, মপুনা চংলিবনি। মিহুন অসে ঐগী নত্তে মপুগীনি, মপুনা হুল্লিবনি। পুক্না অরাম খোরাংবা মপুগীনি, মপুগী পুক্নি। মতৌ অসুম্না ঐগী ওইবা করিগুম্বা অমত্তা লৈস্ত্রিবা মতমদা ইসা ইসাগী মনুংদা ওই-রিবনি। পূম্নমক মপুগীনি খনগ্রবা মীওইবনা মপুন্সিগী লমচৎ সাজৎতা, ফিসেং চাকচাদা করিগুম্বা কারল অমত্তা লাক্লরোই। মসাদা থৌরম পুরিবা পূম্নমক মপুগী মনাই ওইবনা মসা অত্থু মপুনা পুংয়োম য়োমগ্রে, লেপ্পা মপু যংগনি।

---

# শিদব লম্বেন

পাক্না চাউনা লুম্না ভমখৈ লৈতনা তাংনা খল্লীবা অতিয়া, শলাইলেন (লোয়ারেন) খ্বাই তাইবং পূম্নমক মীৎনা সং সং উরি, অমকপা লৈত্রবা মচুনা ফুদোংলি, অপাল-অরং কয়ানা লৈতেংভি, লেপ্পা কোয়ৌ লাইনি, ইমিৎনা সং সং উবা লাইনি। পাক্না চাউনা মপান লৈতনা মালেম লৈমনা সল্লী, খ্বাই তাইবং পূম্নমক্না সং সংনা উরি। পূম্নমকপু পোকপীবী লৈ-বাকনি, মমানি অমসুং মমা পূম্নমক্কী অথোইবা অহেনবা লৈমরেন শিদবীনি। অচৎ-চক্ত থৌনাই পানবা কয়ানা লৈতেংনি। হৈপাল্, লৈপাল, তুরেন, সিংলি, লোকলম ইরং, লোইবী চীংহুম কয়াগী লৈতেং-ফম্নি, লেপ্পা মালেম লৈমা ঈমা লৈমরেন শিদবীনি। মীৎনা সং সং উরি। খ্বাই তাইবং অচৎ-চক্ত পূম্নমক্তা খোইদোক্না ঈপাক-ইরং হিবিক্লচিংবদা মহী

ওইনা লেপলি, খ্বাই তাইবং পূম্নমক সং সংনা উরি। মহী মানা পূম্নমকপু অমকপা লৈতনা লেপ্পা লাঙোল্লী, লেপ্পা মহৈরেম্নি। অচং-চক্ত, থৌবাই পানবা, তুরেন ঈচেল পূম্নমক মপুন্সি মতুংইন্না অমুক অমুক পাখং ফারি। অমুক লোম্নি, হঞ্জিল্লী, লাক্লি অমুক পাখং ফারি। অমুক অমুক মপুং ফারকপা পাংং ফারকপদা হৌবা লোইবা কুম্মৈ পুরিবা অপোকপগী লাংওন ফিজুপ মসক খংবা ঙমৈজে। মীৎনা সং সংনা উরি পাখংবা হায়না খংনরি। সিবা মাংবা লৈতে।

---

# য়াইবী য়েলহৌগৈ য়েলহৌ

মচিনবৈদগী সল্লকপা খল্লক্লগা অমা-অতা লৈত্রবা অতিয়া শলাংলেন (সোরারেন) শিদবনি। মীৎনা উরিবা অসিগী মরক্তা থুপ্পা লৈত্রিবা মতীক ময়ায় মঙাল তাইবং খ্বাই পূম্নমক্কী নিংনফম চংনফমগী মসক্লি। অতুম ওইরবা থুপ্লিবা মতীক ময়ায় মঙাল অতুনা খ্বাই তাইবংগী মনুংদা শক্তম ওইনা লৈসেমবৈদগী হৌনা পাউতাক পাওচেল পীরি। মতৌ অসুম্না পাক্লা চাউনা মপান লৈতনা সল্লিবী (লৈমরেন শিদবীগী) মালেম তম্পাকসিদা মীৎনা উরিবসিদগী উদবা মতীক মঙাল অতু পূম্নমক্কী চংফম পূম্নমক্কী নিংনফমনি। অতুম ওইরবা মতীক মঙাল ময়ায় অতুনা তাইবং শক্তম ওইনা পাউতাক্কা লোয়ননা পূম্নমকপু য়োকপীরি। ঙসিতগী নত্তে, লৈসেমবৈদগীনি। মহী ওইনা চেল্লী খ্বাই তাইবং পূম্নমক্লা উবা

ফংলিবসিংদগী উদবা ময়ায় অতুদি পূম্নমক্কী চংনফম পূম্নমক্কী নিংনফমনি। লৈসেমঙৈদগী হৌনা অতুম ওইরবা মহীগী মরক্তা লৈরিবা মতীক ময়ায় মঙাল মহীরেন অতুনা তাইবং ওইনা পোক্লকুনা তাইবং ওইনা চোংথোক্লুনা তাইবং খ্বাই পূম্নমকপু তাকপী-তম্বী য়োকপীরি। অচৎ-চত্ত থৌরাই পানবা অপাল-অরং পূম্নমক অমুক লাক্লী অমুক হঞ্জিল্লী অমুক হল্লকুনা লাক্লী। কয়াৎ অমত্তদা মথং ওন্ন ওন্ন লাংওনলি। মুমিৎ তাবা মুমিৎ থোকপা লৈরি, থাদা ওইরে থাসি থাপান লৈরি। মতৌ অসুম্না মীৎনা সং সং উনা মতম পূম্নমক্তা পাংংগী মতীক লৈতেংনি, উদবা মতীক ময়ায় মঙাল অতুনা তাইবং খ্বাই পূম্নমক্কী চংনফম নিংনফম ওইনা লৈসেম মুং-সেমমুংদগী হৌনা তাইবং শক্তম ওইনা তাইবংপানবু তাকপী তম্বী, পুন্সি লমজিংনা পূম্নমকপু য়োকপীরি।

তাইবংপান অসিদা অচং-চত্ত মীরোল কয়া লাক্লী, কয়া হনখ্রি; মতম কয়া লাক্লী, কয়া হনখ্রি। মথক্তা হায়রিবা মতীক ময়ায় মঙাল চাউবা, অমুক লাকপা হঞ্জীনবা নাইদে, মপুনি, লেপ্পা মপুগী মতীক উৎনা লেংদনা অতুম লৈরিবনি। অতিয়া শলাইলেম্মা ( সোরারেন্মা ) অমুক মুৎপা লৈবরা, মালেম লৈমনা অমুক মুৎপা লৈবরা, মহীনা অমুক মুৎপা লৈবরা, পাখংনা অমুক মুৎপা লৈবরা, মীৎনম্ব অতুম উরি, ওসিতগী উবা নত্তে, লৈসেম মুংসেমঙৈদগী উরক্লবনি। তাইবং হকচাংসিদি মীৎনা সং সং উবা ফংলি অতুবু হকচাং অসিগী মমুংদা লৈরিবা ময়ায় অতুনা তাইবং কয়াৎ অসিগী মমুংদা মওং কয়া থোক্লা সালোন তৌনা সান্নরি। অঙাং, অহল, হনুবা মতৌ অসুম্না ওল্লী, খংহল্লী, চৎহল্লী, লানহল্লী। পুন্সিগী থৌরম ওইনা থৌরম পূম্নমক পুরি। মতৌ অসুম্না মীৎনা উরিবা সং

সংনা উরিবা মতীক ময়ায় মঙাল অদুবু মপু কৌয়ে। অদুগুম্বা মপুগী মতীক্কা পুম্নমক্কী পুন্সি কুম্মৈ মপুং লেপহল্লী। পুন্সিগী লাকপা হঙ্গীনবা পীরি। তাইবং মীওইবগী হকচাং কয়াৎ মিহুন থাহুম, সিংলি তাংলি, ইরম ইখোংনা মালেম ঈমাগী মতীক্কি, থাংলগা কোম্নবা পুক্নিং পুকচেল অতিয়াগী মতীক্কি, সিংলিদা তাংলিদা চেল্লীবা ইরম ইখোং থোইদোক্না তাইবং মীতম পীরিবা মহী সানারেন মহীরেনগী মতীক্কি, পুন্সিদা পুন্সি মসক থংহল্লীবা অপোকপাগী লাংগেন মসক থংহল্লীবা পুন্সি মথং-মনাউ নাইনা লাংগেনবা পাখংবগী মতীক্কি। মতৌ অসুম্না অতিয়া শলাইলেন (সোরারেন) শিদব অপোকপা, মালেম ঈমা লৈমরেন শিদবী, মহী সানারেন শিদব, লাইনিংথৌ পাখংবা শিদব মপু খিবিক্না তাইবংপান হকচাং কয়াংকী মনুংদা পুন্সিগী হৌবা অমসুং লোইবা ফাওসিদা অমগা অমগা থানবা সেংনবা লৈতনা পুন্সিগী মীকুপ পুংজা থুদিংগী মথং মনাউ নাইনা মথং মথং শাগল ঈথৌদুনা মথৌদাং অমগী মতুং অমা নাইনা ঈথৌ ঈকান্না থৌসিন্দুনা পুন্সি কুম্মৈ সান্নরি, পুন্সি লোমলি, হঙ্গিল্লী, অমুক য়াথোকহল্লী। মসি নত্তনা মথৌদাং ঈথৌদুনা থৌরম ঈকান্দুনা কুমজা থাজ চৈগোন ওলহল্লী, নীংথম-কাম্বী থায়রি।

মতৌ অসুম্না মপু খিবিক্কী মতীক ময়ায় মঙালনা তত্তনা ঈথৌদুনা মীকুপ অমা লেপতনা ঈকান্দুনা মালেম তাইবংপানগী মপুগী কুম্মৈ সান্নরিবা ঈথৌ ঈকান শিদব ময়ায়বু তাইবং পুক্নিং পুকচেল অমত্তা ওইনা নিংগনি। অতিয়া মরু শলাইলেন (সোরারেন) শিদব অপোকপা, মহী সানারেন শিদব, মালেম ঈমা লৈমরেন শিদবী, লাইনিংথৌ পাখংবা শিদব খিবিক্কী মতীক ময়ায় মঙাল হৌবা লোইবা কুম্মৈ লাংগেনলিবা কুম্মৈ সান্নরিবা অমা লৈবা ঈথৌ ঈকান শিদবনি। তাইবংপান্না পুক্নিং

পূকচেল অমত্তা ওইনা নিংজগনি। মতীক লৈবা মপুনি, অতিয়া ওইনা যুমথঞ্চী, অতিয়া মরু শিদব হায়না নিংনরি, শলাইলেন ( সোয়ারেন ) শিদব হায়না তেংথারি, চংনরি, মহী ওইনা চেন্দুনা মহী সানারেন শিদব হায়না নিংনরি। মালেম ওইনা সন্দুনা মালেম ঈমা লৈমরেন শিদবী হায়না নিংনরি। অপোকপা লাংওন মসক খংনা শিদব খুফম ওইনা, পাখং ওইনা লৈখিবনা পাখংবা শিদব হায়না নিংনরি। ভাইবংপানগী অরাল-খুফমগী মস্রু।

---

## নোংথৌ লাইরৈপাক

কোয়ৌ নোংথৌ অথাংবা লাইরৈপাক্তা অপোকপনা মুংদ ছিরি লিকোন্না চাকলোই পোংথা তম্মি। চেক-মোক লাউদে, চিক্লা চিক্লে পুমচিক চিক্লি। ইবুঙো মহাক্কী মতোমতগী অচিকপনা চিকমনখিদ্রনা মতোমতবু কাউজনিঙাই ওইরি। ইবুঙোগী মতীক্তা মাইকৈ ওইনা কাই-রোংলি, কারল ওইনা সুংদাইরি, অতিয়া ওইনা লাঙ্গোল্লী, মীরেল ওইনা সকয়াম্মী। অচং-চঙ্ত থোংাই পানবা পূম্নমক্কী মঙংদা লৈবা পূম্নমক্কী মঙং লোবা মপুনি, ঙংলো হায়না সিংথানরি। থৌবাইগী মপুনি হায়দুনা মীরেল হায়না সিংথানরি, মীরেল খিবিক্কী অথোইবনি হায়দুনা য়াইবীরেন হায়না সিংথানরি। কোয়ৌ নোংথৌ অথাংবা লাইরৈপাক্তা লেংদনা ভাস্থোইরি। অদুবু খ্বাই পূম্নমক্কী য়াওরি নক্তা লাপ্পা মপুনি, পূম্নমক্কী

মাকপা ইঙ্গিনবা বুশ্মৈবু লাইরৈপাক্কী চাংদম বাংলেল নোংদম্মী। লাইয়াম খিবিক নোংথো লাইরৈপাক্কী লৈত্তেংনি। মুংদ হিরি কোম্না চাকলোই পোংথা তমলীবা, অপোকপনা তাইবংপানগী চাংদম বাক্লেল থাগে হায়দুনা মতম মতমগী চক চক্কী সাইওন্নী। তাইবং সক্তম ওইনা চোংথোক্নুনা পূন্নমকপু তাকপী-তম্বী পুন্স লমজিংলি। লাইরৈপাক্কী নিংথিরবা সেংলবা পুক্নিং হুরবা মওং-মতৌনা তাইবং মুংশিবা নিংতবা পুক্নিং সুক্নাংনা সাইওন পাওচেন্নী। লাইরৈপাক্কী ফজরবা চৎন লম্বেন লমদাং অহুনা তাইবংপানবা খিবিক পুন্সি য়াইফ মহৈ পীবীরি। মালেম তাইবংপান্না অহুগুম্না লাইরৈপাক্কী লমচৎ, চৎন লম্বেন, নিংন লম্বেন অহু লৌজ নিংজহুনা লাইগুম্না মীওইনি হায়না মপোক পুন্সি সিংথাহন্নী। মালেম তাইবংসিদা কাউজনথিবা কনা লৈ, থৌজাল লাইরৈপাকপু কাউ- গদবা লাইগী লৈপাক লাইরৈপাক্কী, মুংশিবা লৈনম সংত্রেনচিংবা কয়াগী লৈত্তেংনি। চোং, সেকপীন থন্না, কংহাই হুম্না, হিরি লিকোন হিরি হিদোংপুং পুং, সেন পেনা তৌত্রি য়াওনা কোরৌ লাই থৌগন্নী।

---

# মীত�ৈগী হৌনসা

১। মীতৈ হায়বা ফুরুপ অসে লাইবু য়াম্না কন্না নিংজরকপা অমসুং লাইগা য়াম্না নকরকপা ফুরুপনি হায়বসে মীতৈ লৈপাক সনা লৈপাক পোইরৈ লৈময়োনগী মনুংদা কৌব্রু, নোংমাইজিং, থাংজিং, মার্জিংনচিংবা শিদ খুক্ষম ময়াম লৈরিবা অসিনা খুদম্নি। খোইদোক হেন্দোক্লা সাগোন্নবদা মীতৈ য়ুমথোং খুদিংগী লাইনিংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেন অমসুং ফুঙ্গা লাইরুনচিংবা শিদ খুক্ষম ময়াম লৈরিবসিনা খুদম্নি। মীতৈগী লাইনিং লম্বেন্দা মৈবু য়াম্না লুনা ঈরাংলি, মতম পূম্নমক্তা মৈবু থাবা লৈতে, মৈগা চৌদোকমীন্নবা লাইনিং লম্বেল্লি হায়বসে মীতৈগী ফুঙ্গা মৈ মুৎতরিবা অসিনা খুদম্নি। খোইদোক হেন্দোক্লা লৈসেম্বগী মতুংদা লাইনিংথৌনা খুম্থোরকপদা পোরৈ মৈহৌরোন হায়না সোন্নরিবা অমসুং অদ্রো মৈহৌরোন মরুনা মৈহৌমৈ, সংঙাইসেন্না মৈচমমৈ অসিনচিংবা সোন্নরিবা অসিনা খুদম্নি।

২। মীতৈ ফুরুপ অসি য়াহিপ যক্ষম থায়না অমসুং মসক খংনা পানবা ফুরুপনি হায়বসে মীতৈগী য়ুমসারোন্দা অপোকপা কা, পীবা কা, নিঙোন কা, অপোকপা ফম্মেন অসিনচিংবা লৈরিবসিনা খুদম্নি।

৩। মীতৈ য়ুমসারোন অসি হকচাং কয়াংতগী কা কা নাইনা য়াংতুনা সাবনি হায়বসি য়ুমলেনগা কোনবা ফুঙ্গা খোইদোনচিংবা মীহুন থাহুনগী খুক্ষম ময়াম লৈরিবা অসিনা খুদম্নি।

৪। মীতৈগী লোন অসে কনাদসু তাংজরুদনা য়েলহৌভৈদগী কোন্নরকপা লোম্নি হায়বসে লাইরমলেন্দা চন্নবা লাইলোন, লৈমকোন কোন্নুংদা চন্নবা সনালোন, সিংলুপ কৈরুপতা চন্নবা সিংলুপলোন মতৌ অসুম্না লোনগী মখল মখলনা লোন অমত্তদা ওসি ফাওবা চৎনরক্লিবা অসিনা থুদম্নি।

৫। মীতৈ ফুরুপ অসে য়েলহৌভৈদগী লৌউ সিংউ, লসিং মোইথাপ নাইহনা ইকাই খুম্নবা লুনা হেন্না য়ুমপাল্লকপনি হায়বসে মীতৈগী লাই হরাউবদা মোইথাপ নাইরিবা, লৌউ-সিংউরিবা অমসুং মীতৈগী মৌ থিনবদা তরেংনা মাং থারিবা অসিনা থুদম্নি।

৬। মীতৈ লৈপাক অসে লৈসেমভৈদগীনা পথাপ নাইনা পরম সুনা পাল্লকপনি হায়বসে মীতৈগী পুয়া, পরমলোন, অরিবা, কংলৈরোননচিংবসিংনা থুদম্নি।

---

# তাইবংগী হৌনসা

১। ঈথৌ ঈকান সিদ মীংখৈ সোন্দুনা অযুক তুম্বদগী য়াহৌগনি। খোং লৈপাক তাদ্রিবৈদা মালেম ইমাবু লাইপক অহুমলক কংকনি অমসুং য়েংকী খোংনা হান্না থাংহুনা ফমদগী কুমগনি, মপান থোরক্লগা নোংপোক মাইকৈ ওন্না থুবাম তরা লোন্দুনা নোংপোক চীংখৈবু থুকুমগনি অমসুং খোংদোইরক্লিবা কোবৌহক্ষবা অঙানবা নুমিৎপু থুকুমগনি।

২। য়ুমগী অহন্না অয়ুক য়াহৌরকপা মতুংদা ঙহাকুং ওইরবসু অপোকপা ফমমেন্দা ফমগনি। মতম অতুদা মচা মসু মমৌনা থৌগনগনি।

৩। য়ুমগী মুপী-নহা, মচা-মসু, মমৌনা মফি হোংবদা মাঙোন্দা, সুমাংদা, ফমমেন্দা, লাইমাংদা তোংফদে। ঈরুজরুহুনা কারকপা ওইরবসু য়েংনখাদা চৎতুনা তোংগনি, য়েংনখাদা পোলাংখোক অমা থমগনি মফমতুদা মফি-ময়োন ফোদোক্কনি।

৪। য়ুমগী মুপী-নহা, মমৌ ওইবিনা মতম পুম্নমক্তা মকোক্কী কোয়ৌ থুমফি (কোথুমফি) থাফদে।

৫। নিপা, মুপী অনিগী ফিফৌ পোলাংখোক তিনফদে।

৬। য়ুমগী অহল লৈরিবৈদা নহা ওইবনা অপোকপা ফম্মেন্দা ফমফদে।

৭। য়ুমগী ম'ওইসিংনা নাকপা য়ুম্বী কোন্দুনা লেপফদে, চাহুনা ফনফদে। নাকথরোমদা খোংসানফদে।

৮। য়ুমগী ফুংগা মৈ মুৎফদে, ফুংগাদা খোংনা সোকফদে।

৯। য়ুমগী ইমুং রাইসিংপদা লাইরু হুপ্পবনা পুরিবা ফুংগাদা সিং-ঙিনফদে।

১০। মুমিদাংবাই য়াচংঙকপদা অমসুং মুংদাংদা ইমুং রাইসিংপদা মপান্দা সিংথোকফদে। ইমুংদা মফম অমদ পোমডিন্দুনা থমগনি।

১১। নোংমগী কাইদনা মুমিদাংবাই য়াচংঙকপদা য়ুম লাইনিংথৌ, লৈমরেন ফুংগা লাইরু, থোঙাক থোংঙিন, মপান সোনপুংদা লাইথাংমৈ মেক্রুক থোগনগনি।

১২। মীওই পূম্নমক্না নোংমগী ইরুজবদা কোরৌহপ্পবা মুমিংতা ঈসিং খুডোক তরেৎ কৎকনি অমসুং মুমিংকী মসেক-মঙান নিংথিবদা ঈসিং খুয়া অমা কৎলগা থক্কনি।

১৩। অমুক মুংদাং লুক হৌরিবা কোনলিক পূম্নমক ফেংদোক-চাম-থোক্কনি। অমুবা কোনদা লুক হৌফরোই।

১৪। লুক হৌরিবা পোৎলম পূম্নমক মৈ কৌবা লাইদা খজিক খজিক লোয়না কৎকনি।

১৫। ইপানাং ইপুনাংকী অমসুং য়ায়রোন সিংলুপ-কৈরুপকী রাংমা লাম্না চাহৈদা চিনচাক চাফদে, সেৎহৈদ ফিজেৎ সেৎফদে।

১৬। পোলাংখোক অমসুং সম্বন লিৎতুনা চৎফদে।

১৭। তাইবংপানবা পুন্সিদা ঈরু-মাইতানচিংবা অসেং-অমাং খায়না চৎপনা মক্কনি, পুন্সি মঙাননি।

# নিংজবা মহৈ

মালেম অসিদা থৌরাইনা য়াম্না নুংসিজবা খ্বাইদগী হেন্না পামুজবদি মসাগী কয়াংনি। য়েলহৌ মচিনউ তাইবংপান হৌউদগী থৌরাইগা কয়াংকা মপুগী নোংদমখোন মতুং ইন্না নুংসি চিলোক পামু চিনতিন্নহুনা নোংমা নোংদম পুন্সি লেনমিন্নরবা কয়াংনি। রারে রামিন্নরকলবা, নুংঙাইরে নুংঙাইমিনরক্লবা কয়াংনি। কয়াং য়াওদনা থৌ াইনা কৈদৌউদসু তাইবং পুন্সি কুমৈ সানবা য়াবা নত্তে, থৌরাইগী মতিক উংপা ঙম্বা নত্তে। থৌরাই য়াওদনসু কয়াংতনা মিকুপ অমগী ওইনা মালেমসিদা হিংহুনা লৈবা য়াবা নত্তে। থৌরাই হকচাং অনিনা সুপ্না অমত্তা ওইনা লৈমিন্নহুনা সেম্বীবা মপুগী মতিকপু থৌগারি থৌরাই অমসুং কয়াং অনিগী মরক্তা সেম্বীবা মপুনা থাংমৈ ওইনা ঙানথোইহরি। ইবুংঙো মহাক্কী মসেক-মঙালনা থৌরাই হকচাং হিংমিন্নহুনা লৈমিন্নরি।

চরা নাম হেল্লবসু থৌরাই হকচাং অনিনা অনা-অয়েক য়াওদনা লৈমিন-পানমিন্নবা পুন্সি মহৈনি। থৌরাইনা কয়াংপু মিকুপ অমগী ওইনসু থাদোক্লিংবা লৈতে, অদুবু নোংদমখোল মতুংইন্না কয়াংনা য়ারক্রবা মতমদা থাদোক্কবা য়াদহুনা নুংসি নুংসিনা পামু পামুনা কয়াংপু থাদোক্লি। অহন মতাংবু ওইরকপা ওইরবসু, অনা-অয়েক্না হকচাংগী সিংলি-তাংলি ইরম ইখোং কিনথরকপা, সোকথরকপা, সোনথরকপবু ওইরবসু কয়াংকি অলোইবা ঙমথৈ লাকপা মতমদা থৌরাইনা সোইদনমক্কী কয়াংপু থাদোক্লি। মতৌ অসুম্না থৌরাইনা কয়াংপু অমুক অমুক থাদোকপা

মতাং অসিদা মপাঃ কাইপ্রবা সজিগুম, মনুংসি লৈরাং কেনপ্রবা খোইমুগুম হন্দক্কী কয়াং নুংসিবী থোৌরাইগী লমথুংফম ওইরিবী, তাইবং পুন্সি কুমৈদা পুন্সি মৈসা খাংমিন্নবি, পুন্সি অলোইবা নুমিৎসিদা ঐদি নুংসিবা থাদোক্কদৌরে, পামুবা লম্মুক্কগদৌরে ; হন্দক্কী কয়াং নুংসিবী লৈহৌরোকো মালেম লৈসাদা, ঐদি থৌজানগী থোজান লৈকোন তম্মগে. সেম্পীবা মপুগী মফমদা নুংসি পাওদমজক্কগে, পামু তেংথাজক্কগে ; মতৌ অসুম্না থৌবাইনা তেংথা তেংথানা কয়াংকা খাইনচ্চৈ। নুংসিবগী লৈকোন্নি পামুবগী হৈকোন্নি, মালেমসিদা য়ায়বী থৌাই কয়াংপু রাখল পুক্লিং লৌসিংগী থোজাল মঙাল অমসুং য়াঃফ-খোরম থৌদোক, সাজৎ লমচৎনা নুংসি পরেং ওইদুনা পামু লৈপন্না পুন্সি হুকচবা তাইবং মপুগী ঙমখৈনা পুন্সি মঙাল ফংবা ঙমচ্চৈ।

অসুম ওইরবা থৌাই হকচাং কয়াংকী মরুওইব লনদি তাইবং ফমবিয়ায়নি। মালেম তাইবংসিদা কবিগুম্বা য়ায় অমা লৈরবদা য়ায় অহুবু কন্নবগীতমক মপানগী য়েক্কবা কয়া কয়াগা মায়োক যাবগী মথৌ তাবগুম তাইবং হকচাং কয়াংকী ফমবিয়ায়বু কন্নবা, সেন্নবা হোৎনবদা পুন্সি রাখল পুক্লিং লৌসিংগী মন্নুংদা য়েক্ক মায়োক কয়া কয়া য়াবগী মথৌ তারি। য়ায়পুবা তাংজলিন্না মহাক্কী য়ায় অহু কন্নবগীতমক অচিকপা লৈখুন. অচিকপা উমং, অচিকপা উখোং তানবগুম ফমবিয়ায়বু কন্নবা পুন্সিদা অচিকপগী মথৌনি। মহু চাউবা তাংজলিন কয়া কয়ানা য়ায় অহু মুনগদগী য়ায়পুবা লিনদা অকনবা য়েক্কা লান্দাবগুম, হকচাংগী য়ায়ওইবা ফমবিয়ায়বু মুনগদগী লৌগদগী মহৌসাগী মতিক-ময়ায় অকন অকনবনা য়েক্ক মায়োক য়ারি। খোইদোক্না মহৌসাগী

চংনবীনি তাইবংগী হৌনবীনি হায়হুনা অকিবা ফংলবা লমচং সাজং কয়া কয়ানা অকনবা থুংলাই থারি, মীওইবা পুন্সিগী অকনবা লানথেংনি। থোইদোক হেন্দোক্না মতম মতমগী অকিবা ফংলবা নোং মুংসিংনা খাক্না লাউনা ঙংনা হৌবগুম পুন্সি লমতুপ কয়া কয়াদা তাইবং মৈরা হৌয়কপনা ফমবিয়ায়গী অৱাবা ওইরি। মাইকৈ অমরোমদা থোইদোক্না চেকসিনগদবা অমসুং যেংগদবদি ফমবিয়ায়গী মতিক মঙালনা তাইবংপান্না লাইরৈপাকপু ফংবা ঙমজে নত্রগা তাইবং লৈখা তানা পুন্স কেমহল্লি। য়ায় মহাক্তি নিংবা নিংবা মতুং ইনবনি, রাখল পুক্লিং লৌশিংগী লৈখোক্তা সাজং লমচং ওইনা সিঙেল পোমলম্বদগী লৈরাং সাংলকপা ফমবিয়ায়নি। তাইবং পুক্লিং মতুংইন্না পুন্সি মহৈ থৌগারিবা ফমবিয়ায়নি।

অকনবদা সিংথারে হায়রগা অকনবা থামবী মৈরানি অকিবা কংনা চাকপনি, চাক্লিবা মখৈ পেন্দবনি, অকংবা, অসংবা খায়দনা অফ-ফক্ত নাইদনা, অসেং-অমাং থিদনা লংসল্লি হুনজল্লিবমখৈ চাকথেকলিবা খাম্বী মৈগুম্বনি, অমাং-অতাগী মসক্নি। মরম অমরোমদনা থৌজালগী মসক ওইরবা থাংমৈ মৈরানা ইংনা তপ্না চিক্না লেপ্না থৌজাল থৌগাগুম ফমবিয়ায়না পুন্সি মহৈ থৌগারি। থুগাইবা অকায়বা অমাংবগী লম্বেন্দসু তাইবং পুন্সিবু মপুংফানা লৈখা তাহল্লি, য়ায়ক্ববগী লম্বেন্দসু ফমবিয়ায়না ইংনা ইংথরবদা, তপ্না তপথরবদা লেপ্না সিদ পুন্সি মহৈ ফংবা ঙমজে ফমবিয়ায়না ইংনা তপত্রিবমখৈ নিংজবা মহৈ ফংবা অৱাবগী অৱাবনি। ফমবিয়ায়গী মকোন ওইরিবা রাখল পুক্লিং লৌসিংনা মহাকপু সেন্নবদা মতম পুন্নমক্তা অৱাবা ওইরি। (১) লুনা-সেংনা শজিত্তং চাবা থকপা (২) য়াম্না তুমদবা (৩) য়াম্না ঙাংদকা (৪)

অপাম-মুংসি তাইবং পুন্‌চেক্‌কী রাশ্‌লবু হম্না হম্না ঙাক্চবা (৫) হরাউ কুম্মৈ য়েংদবা (৬) মীনা নোক্নবগী হরাউনবগীতমক ফাগি-মাচোই ঙাংবা ভাক্নদবা (৭) অচিকপদা ফমবা (৮) অতম্বা অইংবা অলুম্বা পুকচেল থম্বা (৯) অলানবা মীদুম্ম ঙাকপীবা হৈবা (১০) চাব চাদবগীতমক য়াম্না রাক্নদবা (১১) শাংলগী অতনবা থাদোকপা (১২) মুংথিন তুমদবা (১৩) অচুম্বা ঙাংবা সকপা সোনবা (১৪) পুক্নিংগী অপেনবগী ঙমখৈ থম্বা (১৫) অফবা নিংথিবা অচুম্বা রাংল খনবা (১৬) অরা-অনং অনিদা মপুগী খোগন কাওদবা (১৭) অতন লমনগী অয়েপ্পা য়াথং ইনবা (১৮) য়াফবোন খোচংকি সিদ পাউচেল খিবিকপ্ন যাজনা চংপনচিংবা তাইবং পুন্সিগী লাইওয়রবা থুংলাইসিং অসে লৈরবদি ফমবি-য়ায়বি, মপানগী মহৌশাগী চংনবি য়েক্নবগী মখুংতগী কন্দুনা ঙাকুনা থম্বা খজিক ঙমজগনি।

তাইবং পুন্সি লানফমদা অরা-অনং কয়া কয়ানা খোইদোক্না ইতোমতগী ইসাগী ঙাকপা ঙমজদবা লমচং সাজং, চিনচাক লাংথক, রাঙাং-সাঙাং কয়া কয়ানা পুন্সি নমহং হুমহংদুনা শাখল পাংগল চোকথরদুনা পুন্সি লানথেং পাংগল চোকথরকলবা মতমদা থক্তা কোরৌ লৈরি থাদা মালেম লেপ্লি কাউগনু। তাইবং উনসানাকুপ্পা মীংসিনা সং সংনা উরি, সং সংনা অঙানবা মঙাল উংলি, সং সংনা অমম্বা মতিক উংলি, সং সংনা অতিয়া মচুনা হোংবলৈতনা ফুদোংলি, সং সংনা নিংথম কাপ্নি থাইরি, সং সংনা থবাই পুম্নমকপ্ন য়োক্লি, সং সংনা অনৌ অপেন পিরি। মতৌ অসুম্না খোঙাংলগী মসক ওয়রবা কোরৌ মালেম ইমা ইপাগী থুয়াদা চংজরবা তাইবংনা পুন্সি লানফম তম্পাক্তা পাংগল মরু হুন্দুনা লৌসিংগী ময়োন চোংহনা নিংজবা পামেল হৌহনা পুন্সি মহৈ য়ানজগনি। য়ায়বি য়েলহৌভে তাইবংপান ওয়রভেদগী হৌনা কোরৌ

মালেম ইমা-ইপা অনিনা সং-সংনা ওসিফাওবা লেপতুনা মতম পুম্নমক্কা তাইবংগী খোঁজাল মপুং লৈতেং ওয়না য়াযফ খৌরম খোঁদোক, তাইবং চৎন লমবেন নিংনপুং সোনপুং রাম্নেলপুংবু খোগাবিরী। কোরৌ মালেমবু কাউতদব্রিবা ইমা-ইপা অনিগী মহাপ মখুমমুংদা পুন্সি তোলোম্ন য়ায়কবনি হায়না নিংডিবা তাইবংনা সিদ উমংগী সিদ য়ায় ফংবা ঙমজ্রগনি। লমবেন অসিগা থোইদোক্ল হেংগদবদি রা'লনা য়াম্না কোইখন ওন্দুনা কোইচেন চেন্নবা মতমদা পুক্লিংনা থাখলবু ফানবা হোৎনগনি। মতুদস্থু থাখলগী পাংগলনা হেনখরগদি লৌসিংনা ফানবা হোৎনগনি, মতুদস্থু থাখলগী পাংগলনা হেনখরগদি থৌথাইগী অরেপ্পা লেংদব পা'গলবু হাপতুনা রাখলবু ফাগনি। থোইদোক্লা হায়রগা খৌরাই য়াউবা খোঁরমদা লেপ্ন খোরম মহৈ য়ানবা ঙমজৈ।

মতৌ অস্তুম্না পুন্সিগা লমতৃপতা কোরৌ মালেম ইমা ইপাগী খোঁজাল লাংদ থৌথাই য়াউজন তাংবং মখৌ পুবা পোকবে মহৈ য়ানজবনি। হকচাংগী ওয়না থল্লকপদা নোংনা পংমংতমক মংবা, পংপোংতমক খোংব, পংথাকতমক থাকপা, পংহৌতমক হৌবা, তাইবং পুক্লিংতমক মিপাইহনবা, অতুগা চুদি খক চুদবা, অসোমদনা মালেমনা কোরৌ লাইতা ফংদতুনা লৈক্রক লৈযা চৎতুনা থ্রক থ্রক কংনা খাংবগুম যাম্না সাউগনবা, যাম্না লাওগনব খোংগনবা তাইবংনা মতোমতগী অসাউবগী নোংহৌনা মতোমতগী থম্মোইদা মংতুনতা লৈরবদি পুন্সি অরাবনি। থম্মোই অতু থাই সংলরোই থম্মোইগী ওমচাক্লবা মৈনা চাকসিল্লতুনা মালেমনা লৈক্রক লৈরা চৎপগুম তাইবং হকচাং কপাং থম্মোই সুপ্পা অপাবা ওগগনি। থোইদোক্লা অসাউবগী থম্মো'দা মংতকপা ওমচাক্লবা অমমথগা লোয়ননা তাইবংগী নিংজবা লম্বেন অমস্তুং পুন্সি

মথৌদাংগী অচৌবা অপনবা ওয়রি। পুন্সিদা নিংজরিবা লম্বেল্দা থৌগারিবা মথৌদাংনা স্থপ্না নিংকবগী অকনবা লেংদবনা অসাউবস্থ ইস্নোকনবা কোকথোক্লবা হোংনজবা পুন্সি মহৈনি।

তাইবংদা অউবা হায়বসে মরম অহুম থোকই (১) মিংনা সং সংনা উবা অমনি (২) রাখল লৌসিংনা উবা অমনি (৩) তুম্মিডৈদা মংদা উবা অমনি। মরম অহুম্মকসে তাইবং পুন্সিদা পুন্সিগী মথৌদাংদা অচৌবা মতেং পীরি। মিংনা সং-সংনা উনবা যেংনা পুন্সি মথৌ পাং-থোকই, মহাক্না উজরিবা অহুস্থ পুন্নমক্না উবা ফংই। রাখলনা লৌসিংনা থঞ্জবা মতুংইন্না সং সংনা উবা ফংলক্লবদা উরিবা ফংলিবা পোং অহু খঞ্জরিবা মহাক নত্তনা অতৈ কনা অমত্তনা উবা ফংদে। অস্থম ওইরবা কনা অমত্তনা উবা যংদ্রিবা পোং অহু উরিবা খল্লিবা মীওই অহুনা থৌগাইনা থাজনা নথুংনা, মথোংনা থোংন, তাইবং থৌরমদা সেমদোক শাগোক্লনা পুথোরক্লবা মতমদা পোং অহু লেপ্পা অচুম্বা ওইরি। মহাক্না খঞ্জখিবা মতুংইন্না মালেমসিদা পাইহনগে চেলহনগে, চোংহনগে, সকহনগে মরম খিবিক্ক পাংথোকচবা ঙমকৈ। মতোমতনা মতোমতগী রাখল লৌসিংদগী মপুগী পাঙ্গলনা উবা ফংখিবা পোংলম অহু পুথোক, সেমদোক সাগোক্লবা মতমদা উরমদ্রিবা ময়াম্মস্থ উবা ফংই। ময়ামগীস্থ পুন্সি য়ায়বি মরাংকাইবা অরাল খুফম ওইরি।

মংদা উবা হাপবসিস্থ সংসংনা মরোং কয়া কয়া উরি। মংদা উবগী ঙমখৈ লিবা খজিক অগাবনি। মংদা উবা মতমদা থোইদোক্না মসানা মসাবু অক্কাউবা পিবস্থ য়াওরি। মহুদি লাইরপ্রবা অমনা ইনাকখুনবা অমা ওয়না উরপ্পা, ইনাকখুনবা অমনা লাইরবা অমা ওয়না উরপ্পা, ফজবনা অথিবা, অথিবনা ফজনা অসিনচিংবা কয়া কয়া তায়োমবস্থ উরি অহুমদি

ওয়রে হাইরগা খন্নফম অমদি মংলোৌবা হৈবা অমস্তুং মং মংখিবগী মিকুপ পুংজাগী মংলোন মসক খংবা মীওইনা মংলোন মতুংইন্না পুন্সিগী মথৌদাং ওয়না তাইবং কুমৈ সান্নরম্মী অমস্তুং সানরি। মালেমসিদা মতিক ময়াই কল্ল-ফল্লবা কয়ানা থোইদোক্লা য়ায়রোন থৌচৎতস্তু সনালোন থৌচৎতস্তু মসাগী মংলোন মতুংইন্না তাইবংপানগী ওয়না মপুন্সি থৌরম পাংথোকপিবগী খুৎতম চাউনা চাউনা লৈরি। থোইদোক্লা খন্নফমগী মসক্তি অকি-অখং লৈরিবা তাইবংনা লাইগা হেক ফংনবা, লৌনম্বা মীনম্বা কয়া লৈরিবা মিংনা, মপুবু হেক উবদি য়াদবনিনা পাউগী পাউত্তাক লাইগী পাওচেলসিং অসে অয়াম্বা মংদা উৎলক্লি। উন্নি উরিবসিং অত্থু তাইবং অত্থুগী মপুন্সিদা সোয়দনমক্কী থোকই। খ্বাইনা উরিবা মিং অসিনা উরিবা অসিদি মপুগী খুৎসেম অসিগী লংলি, ঙাল্লি, চোংলি, লেপলি পাল্লি, হিংলি, মল্লিবা অমস্তুং লৈপাক খুঙ্গং, ইয়ুম-ইকৈনচিংবা উবা ফংজত্থনা পোকচমনগী পুন্সিগী অপেনবা মুংঙাইবা সরুক ওয়রি।

রাখল লৌসিংনা উখ্রিবা মরমসিং অসি মপুগী খুৎসেম সিদা য়াওরি। অত্থমদি ওয়রে হায়রগা তাইবংগী চুমনগী মিং অত্থনা উবা ফংদবা ওয়বনা তাইবংনা অঙকপা ওয়না খন্নবতনি। চুমনগী মিংনা উরিবা অসিদি মিংয়েংগী অলোইবা হায়বা অমা লৈরি, মিংয়েংগী অলোইবা মফমদগী রাংমদা করি লৈ হায়বা উবা ফংদে, অত্থম ওয়রবা মিংয়েংগী অলোইবগী রাংমদা লৈরিবা পোৎ অত্থু রাখল লৌসিংগী মিংনা সোয়দনা উবা ফংই। ইনক নক্লা করিগুম্বা পোৎ অমনা মিংতা খঞ্জিনবদা রাংমদা করি লৈ উবা ফংদে। থোইদোক্লা ইসানা ইসাগী ইমিং উইসিল্লবদি ইসাবুস্তু ইশানা উবা ফংদে মিং তাংবগুমখরে। রাখল লৌসিংনা উরকপদি অমম অঙান খাইদে, লাপ্পা নকপা নাইদে, মিং

উইসিনবা উইসিনদবা থিদে, লোইনা সিংনা উবা ফংডি। মতৌ অসুম মংদা উবস্থ চুমনগী মিংনা উবা ফংদবা কয়া কয়া উরি। পুন্সিগী তুংদা থোকলগদবা অমসুং হৌজিক থোক্লিবনচিংববু মংগী মংলোন ওয়না চিঙঙ্, পাউচেল খোয়ুম পাউতাকপু তাইবংনা খমমুং তাইবং য়ানরিঙৈগী মতম, মংলাংচা ওয়না উহল্লি। মিংনা উরিবহুস্থ উরিবা ময়াম অহুগী হৌনবী মরম শংবা খম্বা মীওয়না উজমনগী মহৈ য়ানবা ঙমজে। অউবা মরম অহুম অসে পুক্লিং পুকচেল চুমত্রবদি অচুম্বা অরেপ্পা লৌবা য়াম্মমক্কী অরাবনি। ইমিংনা সংসং উরিবা ঈমা-ঈপাবু ঈমানি ঈপানি হায়না থাজরমদে। উজরিবা মহাক্কী উজরিবা মহৈ অহু অরেম্বনি। মতৌ অসুম্মা অউবা মরম অহুম্মক্তা পুক্লিং পুকচেলনা চুম্মা উরবদা উজমন মহৈ য়ানজৈ।

---

# শিদয়ায়

১। অচুপ্পা ঙাংবা, অরেপ্পা শকপা পূম্নমকপু পামু মুংশিনা খনবা তাইবংশিংনা চিংনবা লৈতনা মপুগী থৌজাল ফংজগনি। অচুপ্পা অরেপ্পা মুংশিবা পাম্মুবনা মপুগী মরোংনা কৈদৌঙৈদস্সু ওইদবা রা ঙাংফরোই, হায়ফরোই। কৈদৌঙৈদস্সু নামুংবা ওইদবা রা ঙাংফরোই, শোনফরোই। মুংশিবা পাম্মুবগী মহুত্তা হিংচা য়াইতমগী শাজৎ চৎফরোই।

২। তাইবংগী অতনবা শরুক থাদোক্কনি। মতমচানা হিপ্পা, চাবা, শুব-ভানবা পুন্সিগী মহৈনি। তত্তনা হোৎনজবা, লেপতনা নোমজবা পুন্সি মঙালনি। থৌরাই য়াউনা পুন্সি থৌদাং পুগনি শিদ মহৈ ফংগনি।

৩। রাখলনে, পুক্সিংনে, লৌশিংনে অহুম অসে ফুঙ্গা মুংহুম শানা তান্নরগা থৌরম পাংথোক্কনি, থৌরম শিনগনি, থৌরম পুগনি।

৪। রাখলতগী মতুং ইনফরোই। রাখল মাদি পংখন খনবনি, মানা খঙদবা লৈতে। ফজবা, নিংথিবা, অলুবা, অহেনবা, অপাম্বা, মুংশিবা, অওয়বা ওয়দবা, অচুম্বা, চুমদবা, ওইজনিংবা, অসিনচিংবা মালেম তাইবংসিগী মনুংদা মাইকৈ থুংনা মিকুপ অমগী মনুংদা মুংশিংকী মমাং থানা চৎলিবা রাখলগী পাঙ্গলনি। মানা খংদবা লৈতে। মানা খনবা খনবা মতুংইন্না চৎলবদি মালেম তম্পাক্কী হনফম মফম খংলরোই অমসুং মালেমদা

লৈবস্ন অরাবা ওইরগনি। মিৎকুপকী ওয়না মুংঙইবা সরুক ফংঙরোই। রাখলনা খল্লকপা পূম্নমক্তা লৌশিংনা অমমমত ওয়না চেকশিন্না খন্দোক্তুনা য়েংগনি। অচুম-অরাল, অওয়-ওয়দ য়েংগনি। লৌশিংনা খাইরকপা পূম্নমক্তা পুক্নিংনা য়ানিংবা য়ানিংদবা য়েংগনি। থোইদোক্না লৌসিংগী থৌরম পূম্নমক্তা পুক্নিংগী অপেনবা ঙাক্তনি। লৌসিংগী মতুং পুক্নিংনা মতম পূম্নমক্তা ইনবনি।

৫। ওয়দ লৌনম নমথাক্না কনাগুম্বা থৌরাই পানবদা অরাবা মুং-ঙাইতবা মুংনাংবা পিফরোই। থৌরাই য়াওনা কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা মুংঙাইশিন্রবদি পৌরাইদা মপুগী লৈতেংনি লেপনা অবাবা ফংগনি।

৬। ঙাংনিংঙি, সকনিংঙি, চানিংঙি হায়দুনা পংচা চাবা, পংথক থকপা, পংয়েং য়েংফরোই। পুন্সি ঙসিতগী নত্তে, মপোক অমুক্তগী নত্তে।

৭। লৈপাক মাইবা পুয়াবা মাইবরেল ঈমা ঈপা অহল লমনদা থকসি খাসি নায়না চৎপা লমচত্তি মীরমলেনগী লমচৎনি। লাইনা চৎপা লমচৎনি। লাইগী লমচৎ-সাজৎ তমজবনা তাইবং পুন্সি মহৈনি।

৮। তাইবংপানগী য়ুমপানবদা মুপী ওয়বী য়ুমলৈমনা লমচৎ সাজৎ, রাঙাং-সাঙাং চুমত্রবদা য়ুমপাল পুন্সি অরাবনি। মুপী ওইবীসিংনা অরাবদা, মুংঙাইবদা মতম পূম্নমক্তা য়ুমপানবা ওইবী মহাক্কী মরমচৎ-সাজৎ চুমলিবা মখে য়ুমপাল পুন্সি মহৈনি। হী-য়াই গুম্নবী লমচৎ-সাজৎ মরায়না পুন্সি য়াইফখোইগনি।

৯। মালেম লৈসানা মহৈ মরোং, অনৌ-অপেন, অথুম-অহাও হৈ-লৈ পীবিরি, পূম্নমকপু য়োকপিরি। মালেম ঈমা সক্লা মুপী ওইবীনা তাইবংপান পোকপিরি। খোম্লাং ঈরানা য়াইবি থৌরাই য়োক-পিরি। মতৌ অসুম ওইরিবী মালেম সকলবি মুপীবু অরাবা পিফরোই। মুপীগী মথক্তা অবাবা পিরিবা, মুপীবু অরাবা চৈরাক্লা লাক্লরিবা লৈপাক খুঙ্গং সাগৈ য়ুমপাল অরাবা ওইগনি।

১০। সাজৎ লমচৎ চুমদবা মুপী মুপাদি কৈরোই লৈকাই তাইবংনা হঙ্গোই তুকৎচবগা লোয়ননা থিনা ঙাংনৈ। মসা মসাদসু মফম ংদবা অনা অয়েকনচিংবা অরাবা কয়া তাহুনা পুন্সি রানা রানা লেল্লি অমসুং পুন্সিসু তেল্লি।

১১। তাইবং পুন্সিগী থৌরম, থৌদোক, থৌরাংদা থৌরাইনা মুং-ঙাইতবা, পুক্লিংনা চাদবা, রাখলনা য়ানিংদবা সিংলুপ কৈরুপনা নামুংনবা থৌরম তৌফরোই।

১২। পুন্সিদা ওন্মিবমখৈ মীগী মীখা পোন্দনবা হোৎনগনি। মীগী মীখা পোনবা থৌরমদগী হিংননবা মতমলৈবখিবিক্তা থৌশিনগনি। চারা নাম্মা হেল্লবসু ইসাগী থৌরমগী মখা পোনবা তানগনি।

১৩। মালেমসিদা মপুবু নোক্লরিবা, মপু লৈতে হায়রিবা য়ায়রোন থৌচৎপু য়াত্রিবা, পুয়া পরমলোনবু থৌওইত্রিবা মসা মসাগী চাওজবা নাপলনা কুপলবা তাইবং পুন্সিদি অরেম্বনি। অরেম্বা মনম য়াওত্রবা পুন্সি মহৈ য়াম্রবা মপোক্লি।

১৪। পাঙ্গল কল্লি হায়তুনা, রাগী রাগী সাউনিংঙি হায়তুনা ঈমা ঈপা, লৈপাক মাইবরেন, পুয়াবা অহল-লম্মনগী মথক্তা চৈথাবা ফুবা চৈবা তৌফরোই।

১৫। য়ায়রোন থৌচংকী পুয়াপরমলোম্না তাকপা পাউতাক মতুংইন্না লমচং-চংপনা পুন্সি মহৈনি। লাইরবা, ইনাকখুনবা, অরাবা, নুংঙাইবা মাগী মাগীনি। পুয়াগী "সিদ পাউচেল' পুন্সি ওয়বা পুম্নমক্কীনি। পুয়াগী শিদ-পথাপ পরম থৌরাই ওইবা খিবিক্কীনি।

১৬। য়ায়রোন পাউতাক্কী অরেপ্পা লম্বেল অমস্তুং অথং-অহৈ, রাখল লৌসিং চাউবসিংগী অচুম্বা পাওতাকপু ইকাই খুম্নমা চংকনি। তাইবং ওয়বগী হৌনবী চংনা লম্বেলবু ইকাইখুম্নমা তমজগনি।

১৭। খোং-খুং, মিং-চিন, চিপ্পাকসিংগী অরেপ্পা লৈতবা চরাংনবা লমচং থাদোক্কনি। চংনিংঙি হায়দুনা মথৌ ইলৈ লৈতনা পংচং চংপা, পাইনিংঙি হায়দুনা মথৌ ইলৈ-লৈতবা পোৎ পংপাই পাইবা, ঙাংনিংঙি হায়দুনা মথৌ ইলৈ-লৈতবা মীগী মীরানচিংবা ঙাংনবা, য়েংনিংঙি হায়দুনা মথৌ ইলৈলৈতবা পোৎ, মীগী নুপীনচিংবা পংয়েং য়েংবা, চানিংঙি হায়দুনা হৌন-হৌনদবা ইখং খংদনা পংচা চাবা মরমখিবিক অসি তাইবং পুন্সিদা সোয়দনমক্কী থাদোক্কনি।

১৮। মবুক লাম্লবা মীদা চাক পিজবা, খৌরাংলবা মীদা ঈসিং পিথকপা, মহৈ তমনিংবা মীদা মহৈ তম্বিবা, মসিদগী হেন্না চাওবা "সিদ মহৈ" মালেমসিদা লৈতে।

১৯। ঈশিং মন্নুংদা লুপ্পা লুপ্পা, ঈশিংদা ইরু-ইরুজনা ঈশিং থকফদে। নুমিৎ থাদা ওন্সিন্দুনা ফিরোল হোংফদে।

২০। নোংঙানগদবা পুং অমা লৈরিভৈদা তুম্বদগী হৌগৎতুনা চিংখৈ হুন্নকপদা অমাংসংনচিংবা চংতুনা চিন-য়া, মিৎ-মাই তাবা

লোয়হনা লাঈজ ইরুজহনা লাইনিংথৌগী ঈরাৎ থৌগন থৌ-গাগনি, য়াকাইরোন চিংখৈরোন থৌগনগনি।

২১। য়ুমগী ইমুং রাই সিংপদা লৈমরেন লাইমাং, সনামহী লাইমাং, ফুঙ্গা লাইরু হঞ্জবদা স্নমজিং মহুম ফংফদে। সিংলিবা লৈফুন ফত্তহৌদি পূম্নমক ফুঙ্গাদা শিংচনফদে। খুৎনা খোমহনা মপান্দা লংসেক্কনি।

২২। ফুঙ্গাদা তিন সিংফদে। নিংথমথা ফুঙ্গা মৈ তিকপদা মৈথক্তা খোং থাংগৎতুনা য়াইফদে। খোং ফাকতোক্লনা লাইরুহঞ্জবা থৎনা ফমফদে।

২৩। য়ুমগী মুপী অঙাংনা ইমুং চংথোক চংসিন ত্তৌবদা লাইনিংথৌ সনামহী, লৈমরেন সিদবী অমস্নং লাইরুহঞ্জবদা ফনেক মহুম ফংফদে, খোংথাং ইনিল হৌফদে, চৎপদা ফনেক ইনিল হৌফদে।

২৪। মুপীনা বা কন্না ঙাংফদে। হরাউযি হায়হনা মথাফাক্লা নোকদে। নোকপদা খোঞ্জেন রাংনা হৌনা নোকফদে।

২৫। মুমিদাং তুম্মমদাইদা লাইনিংথৌ লৈমরেন লাইমাং তৈথোক্লগা তুমগনি। লাইমাংদা করিগুম্বা তায়োম্লবা অমোৎ অতা থম্ফদে। তুম্মমদাইদা ঙমজরগদি থাউমৈ মেক্রুক্লা লাইনিংথৌ লৈমরেন থৌগল্লগা তুমগনি।

২৬। কুমগী অনৌ অপেন পূম্নমক লাইনিংথৌ লৈমরেন অপোকপদা কৎলগা কোন্না মচা মনাই তাইবংনা চাগনি।

২৭। য়ুমগী মুপী অঙাংনা মাঙ্গোন রাই সিংপদা ফমেনরোমদা রাই সিংফদে, নাকথা ওয়না সিংকনি। মুমিদাংরাই য়াচংঙকপগী

মতুংদা ইমুং মাঙ্গোন রাই সিংফদে। কন্নিগুম্বা খুজিন খুনাম্থোক য়াচংখিবা মতুং মুমিদাং মমসিল্লবা মতমদা রাই সিংলবদি ইমুংগী রাইসিং লৈফুনসিং অহু মপান্দা লংসেকফদে। ইমুংদা মফম অমদা খোমজিন্দুনা থমগনি। নোংঙাল্লগা পুল্লপ খোমহুনা লংসেকনি।

২৮। মুমিদাং য়াচংঙকপা মতমদা য়ুমদা মরাং হৌফদে। মুপী মুপা খংনফদে। অঙাং মুপী ফুফদে চৈফদে।

২৯। য়ুমগী মুপীনা য়ুমগী ফুহৌবা চাকথোংবদা থাবৈ-চেকপ মখোন হৌবা, রাংনা থাদফদে। থাবৈ চেকপ মখোন হৌনা সিজিন্নফদে।

৩০। মুমিদাং তুম্বদা লাইনিংথৌ লৈমরেন ইরম থংনা তুম্ফদে। লাইমাংদা খোং ওনসিন্না হিপফদে। মুমিং খুদিং ইমুং রাইরম কোল্লিক সেংবদা ফুঙ্গাগী মাইকৈ মরি লাইরু হপ্পবা য়াওনা তৈগনি।

৩১। চাক থোংঙিবা ইরাই ( উন্নান ), খাং, তেক, কোন্দুম পুম্নমক সেংনা ফেংদোক চামথোকনি। চাখুমদা কোন মুনা লৈফদে।

৩২। য়ুমথোং খুদিংগী মাংগোন ফমমেন্দা অসেংবা ফিদা অমা থাহুনা মতম পুম্নমক্তা থমগনি। য়ুমগী অপোকপা অহন লৈরগদি অহল্লা নোংমগী মুমিত্তা অম্মুক তুম হৌরকপা, মুমিংয়ুংবা অমসুং মুমিদাং য়াচংঙকপদা ফমমেন্দা ফমগনি। মতম অহুদা য়ুমগী মচা মমৌসিংনা অহনগী থৌগল হিদাকফু, কানচিংবা মথৌ তাবা অথেনপোংনা থৌগলগনি। অহুতনা য়ুমগী মচা মসু মমৌ অঙাংসিংগী পুন্সিরেন্নি খংগনি।

৩৩। করিগুম্বা য়ুমগী অপোকপা অহন লৈত্রবদি ফমদা কনা অমত্তা ফমফদে। ফম অতু সেংনা থমগনি অমসুং য়ুমগী মচা মমৌনা মতম অহুমদা ওমত্রবসু অয়ুক অমসুং মুমিদাংবাইদা হিদাকফু পুঙ্গা থেনহনা থমগনি।

৩৪। য়ুমগী য়েৎনখা-য়েৎনখুন, সুমাং-থেলোং মুমিং অয়ুক য়াহৌ-রকপদা রাই সিংকনি। সুমাংদা চুমথাং নাপী অমসুং তিংথৌ-নচিংবা হৌফদে। সুপ্পা হায়রগা সুমাং থেলোং য়েৎনখাদা নাপী হৌফদে। য়ুমগী ইমুং মাঙ্গোল, য়েৎনখানচিংবা ইসং কানা লৈফদে।

৩৫। মুপীনা মুপাগা চিনতা পাওতাননা থৎনফদে। মচিনথোক ভাংনিংভি হায়হনা মুপী মুপা অনিমক পংভাং ভাংফদে।

৩৬। মুপী লৈকাই তোয়না কোয়ফদে, মপাম তোয়না চৎফদে। মুমিং য়ুংবা, মুমিদাংরাই অনিদা লৈকাইদগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা রাইফদে।

৩৭। চাক চারিভৈদা, ঈসিং থক্লিভৈদা অমসুং তুম্লিভৈদা অভাং মুপী চৈফদে ফুফদে।

৩৮। ইমুংদা লিল উচেকনচিংবা চংবা হাৎফদে। নিংথিজনা মপান্দা তাম্থোকখিগনি। য়ুমদা খোই মহুম সাবা হেক থুগাইফদে। লাইনিংথৌদা অথুম অহাও, অথেনপোৎ কংলগা খোইদোক্লা অথুম্বা মরম মভানা থৌগল্লগা থুগাইগনি।

৩৯। য়ুমগী মুপী, অভাংমচা, মমৌনা লাইনিংথৌগী মতম অহুম মভাং লুরাং, থুম্নদা মেক্রুক থাউমৈনা লাইনিংথৌ থৌগলগনি।

৪০। য়ুমথোং খুদিংগী তাইরেন পোংফাই থাগনি। মক্ষম অক্ষুবু য়ুমলেন সোম্নপুং কৌগনি। য়ুমলেন সোম্নপুংদা লাইনিংথৌ লাই থাউমৈ মমিদাং য়াচংঙকপদা সোয়দনমক্কী থানগনি।

৪১। য়ুমগী ইবুঙো ইবেমা লাইনিং পরৈ চেংপসিংনা লাইনিংথৌ মিংথৈরোন সোন্দুনা লাইনিং লিক চংকে নিংলবস্থ য়ুমলেন সোম্নপুং মখোংদা নোংপোক ওন্না ফম্নগা লাইনিংলিক চংকনি।

৪২। মপুগী থৌগম্নচিংবা লাইনিংথৌ নিংজবদি অঙাং অহন খাইফদে। অঙাংবু ওয়রবস্থ অহনবু ওররবস্থ নিংজবা পাঙ্গল অমত্তনি।

৪৩। য়ুমদগী খোংসান্দুনা চংপা মতমদা নাকথরোমদগী চংফদে। ফমমেনদগীস্থ থোকফদে। য়ুমগী হৌনবী ইচুম তাকম খোংনেং খোংদাকমদগী খোংসানগনি।

৪৪। য়ুমগী নাকথ য়ুম্বী কোন্দুনা লেপফদে। ঙাক্তুনা কমফদে। য়ুমগী অঙাংসিংনা কমমেন য়ুম্বী কোম্না অমস্থং ঙানা লেপফদে, ফম্ফদে।

৪৫। খুঙ্গং খুদিংগী সোম্নরেন নিংনপুং, সোম্নপুং লাইসং অমা সোই-ননমক্কী থমগনি। অস্থম ওইরবা লাইনিংথৌ লাইসং সোম্নপুং অসিগী থৌগল খুঙ্গংনা মপুংফানা পুগনি। ঈমা ঈবেন, অহল লমন, অঙাং মুপীনা সোম্নপুং থৌগল কায়ফদে।

৪৬। মালেম অইবংপানবী থৌজানগী মসক শুম্না লেপলিবা য়েংবী খোংনেত্তা সনাজম, ওইগী খোংনেত্তা লুপালম, সনাচৈ পাইহনা লুপাচৈ পাইহনা, সনাচৈন চাংদম, লুপাচৈন পান্দম, লৈপাক চুপথা ওমজাইন, তাইবংপান অচং চত্ত পুম্নকপু য়োকপি থাকপি লাজোনথিরিবা লাইনিংথৌ সিদবা "ঈথৌ ঈকান" সোম্নপুংনি।

সোম্নপুং থোৌগল চংবদা ফিভাং সেংকনি, ফিভাং সেংতুনা ইরাং ইহুব পিগনি।

৪৭। থোৌজাল মপুং লৈতেং ওইরিবা পুন্নমক্তী চংনফম্নি নিংনরিবা মতম মতমগী য়াথোক্লিবা, মতম মতমগী য়াকাইরিবা "ঈথৌ ঈকান সিদবা" মপুগী সোম্নপুংদা কুমজা পালোন থোং অকা অকুমগী কুম্নৌ, য়েম্নৌ, অনৌ-অপেন, হৈ-লৈ, মহৈ মরোংনচিংবা পুন্নমক কংকনি। কুমজাগী থৌরম থৌদোক পুন্নমক সোনপুংদা পাংথোক্কনি। মতম ওয়না য়াথোক্লিবা সোনপুংদা লৈতেংলিবা থৌরাই মপু লাইনিংথৌ "ঈথৌ ঈকান সিদব" মপুবু পুক্নিং চেংনা নিংগনি।

৪৮। সোম্নপুং নিংদনা য়ুমলাইত নিংতুনা থৌজাল ফংবা য়ারোই। সোম্নপুংদা কত্তনা য়ুমলাইত কংলবদি লাইনিংথৌগী সিদ মহৈ ফংবা য়ারোই। সোম্নপুং খুরুমদনা য়ুমলাই খুরুমতুনা য়াইফ পুন্সি ফংবা য়ারোই। মতৌ অম্নুম ওয়রবা খুঙ্গং খুদিংদা লিংখৎলিবা থৌজাল ওয়না লেপ্লিবা "ঈথৌ ঈকান সিদব" মপুগী সোম্নপুংবু পুক্নিং পুকচেল অমত্ত ওয়না নিংগনি। মুপ্ন হাইরগা য়ুম লাইনিংথৌ খুফমগা, খুঙ্গং সোম্নপুং সোম্নরেন থুফমগা সুপ্না অমত্তা ওয়বা অম্নুপ্পনি। থেন্নবদি মতম ওয়না সায়োল্লিবা, মতম ওয়না য়াথোক্লিবা, লাইনিংথৌগী মতম মতমগী মালেম তাইবংগী বায়েল পাওচেলগী য়ায়ফ মালেম ফম্বালনি। থৌজালগী মসক্তি। য়েলহৌভেদগী লৈরক্লবা, য়েলহৌভেদগী নিংনরক্লবা মালেম ফম্বালনি।

৪৯। ভাইবংপানবা মপুগী মতম অহুম অসিদা সোম্নরেল থৌগল য়াওবা ভমত্রবস্থ মুমিদাংৱাই য়াচংভকপগী থৌগলদি সোইদনমক্কী য়াওগনি।

৫০। মপুগী মতম অহুম মঙাং, লুৱাং, খুমন্দা মৈগী ঈহুন চেং থোইদিং কংকনি। য়ামত্রবদা মুমিদাংৱাই য়াচংলকপদা সোইদনা কংকনি।

৫১। য়ুম থংনবা কৈরোই লৈকাইগা খংন চৈনফদে অমসুং খংন চৈনহুনা ঐগী য়ুমদা মাগী য়ুমদা চংনদবদি তৌফদে।

৫২। লৌরি সিংজা, কা নাইনা থংননা লৌ উমিম্নবগা খংন চৈনফদে অমসুং লৌখানবদা য়োংলৈ হেঞ্জিন হেঞ্জিন্না য়ানফদে।

৫৩। শজিবু লৌউ পম্বাদা লৌউবসিংনা লৌরি য়ানখাই অমসুং হুত্তোক্নুনা মীগী কৈদোম লৌফমদগী ঈশিং ফাংতগে হায়রবস্থ থংনরিবা লৌপুগা তানরগা ফাংতগনি।

৫৪। কৈরোই লৈকাইগী ঈমা-ঈবেল, অহল-লমন অমসুং লৌথংন-বসিংবু ইকাই খুম্ননা ঈমা ঈপা, ইচন ইনাও, ইবুং ইউপা (ইপ্বা) সক্না লোয়নগনি।

৫৫। ইখোল থংনবসিংনা ইখোল সম্পন খাবদা মীগীদা হেঞ্জিন্না সম্পন উচুক য়ুংফদে। তায়োম্ননা সম্পন থোং ফাংফদে।

৫৬। ইখোলদা সিংলুপকী চংনবী মতুংইন্না লিংহৈদবা পামেল উপাল লিংফদে। থাহৈদবা হৈপাল লৈপাল থাফদে। থোইদোক্না হায়রগা সিংলুপকী পথাপ পরম চংনা লম্বেল কাইফদে।

৫৭। মুমিৎচুম্না সিজিম্নরুবা য়োং-থাং লৈনাং ভোংনা থম্ফদে। য়োং থাংদা খোংনা সোকফদে।

৫৮। মী অমনা মী অমদা নমথাক লৌনম তৌহ্নুনা মীগী মপুক্লিং অবাবা অমস্নুং ওয়দ রাহৈ রাতানা মীগী লন মুলহৈদে।

৫৯। মীগী মতুদা নত্তবা লমচৎ চৎফদে, নত্তবা মিংয়েং য়েংফদে, নত্তবা রাহৈ হাইফদে।

৬০। মরুপকী মুপীবু ইচন ইচেগুমনা খনগনি। শিদ মিখৈ পিবিবা শিদমহৈ তাকপি-তম্বীবা অহনগী য়ুমলৈমবু ইমামক্লি হায়না খনগনি।

৬১। মিখৈ ফংজরবা অমস্নুং লাইমিং লৌজরবা তাইবংগী মতু মচাবু মিখৈ পিবিবা ইবুংঙোসিংনা মচামক্লি হায়না খনগনি।

৬২। সিংলুপ সাগে নাতৈগী চৎনবঁদ লৌনহৈদবা মুপী লৌফদে। য়েংহৈদবা মিৎয়েং য়েংফদে।

৬৩। মুপাদগী মুপীনা হল্লবদি লাইগী মচামক ওয়হ্নুনস্নু, পামু মুংশি লিসিং ওইহ্নুনস্নু মুপা মুপী লৌনফদে। মুপা মুপী অনিমক কুমজা ঈতা মাম্নহ্নুনা মপোক থা তিম্নরবস্নু লৌনফদে। কুম অমত্তদা থাসিংদা হন্না পোকপা ওয়রবস্নু লৌনফদে।

৬৪। য়ুমগী কোহেন লাহেন পীবা ওয়বথিবিক মনিংতম্না নিঙোন য়েংহ্নুনা মমা মপানা য়াদবা কাদা চেন চোংবা তৌফদে, লমচৎ কারল চৎফদে।

৬৫। য়ুমগী নিঙোন ওয়বীসিংনা মচিস্থোক মখাথোক রা য়াম্না ঙাংফদে, লৈকাই তোয়না কোইফদে, মমা-মপা, মবুং মোপ্‌াগী মরুম থুপ্না পুন্সি লেনগনি। মনিং তম্না কোইফদে।

৬৬। ঐপা মাগা পাম্নরে মুংশিনয়ে হায়রুনা মমা-মপা, অহল-লমন যাদকা কাদা মন্নিংজন্না চেন চোংফদে।

৬৭। যুমগী নিঙোন ওয়বীসিংনা রাগী মমৈ মকোক অচুম অয়ান ইখং খংদনা মমা মপা, মবুং মৌপ্‌্রাগী মমাংদা পংঙাং ঙাংফদে। রাগী রা অমনি, ঙাংঙস্রু ইংনা তপ্না ঙাংগনি। রাগী খোঙেন হৌফদে।

৬৮। মুপীনা মীগী মরা ঙাংনফদে, লৈকাই পাউ পুফদে। ওয়দবদা অওয়বা সাজিন্নরুনা ঙাংফদে। যুমগী মচা অমসুং মপুরোইবগী নাকোং রাইচিনবা রা তমফদে। থোইদোক্না হায়রগা নিঙোন ওয়বীসিংনা মীগী মরা ঙাংনবা, লৈকাই পাউপুবা অচৌবা মরালনি খংগনি।

৬৯। মুপা ওয়বনা সম্পন, কোম্থোং, পোলাংখোক লিংফদে। থোই-দোক্না ঙাকদবদি সম্পন-থক্ত কান্ন চংফদে। মুনিদাংদা মপানগী লম্বেন চংপদা সম্পন পায়রুনা চংফদে, সম্পন পাইরুনা লেপফদে। ময়মখিবিক অসি মুপী ওয়বীসিংস্রু পুন্সিদা ঙাক্তুনা চংকনি।

৭০। মুপী মুপা খায়দনা থোইদোক্না মুপী ওয়বীসিংনা লাইগী খৌরমদা থরাই হকচাং, পুন্সি, পুক্লিং, পুকচেল অমস্ত ওম্ননা হোংনগনি। পুক্লিংনা চিংনবা পোং লাইদা কংফদে।

৭১। মপুগী খৌরম খৌদোক্ন ঈশ্বাংশনচিংবা মরম থিকিজা কংক-দোক্নিবা পোংলম পূম্নক যুমনী মুপী মুপাগী পুক্লিং পুকচেল অমত্তা ওম্ননা চপ মান্নবা অলেঙ্গন রাখন্না কংকনি।

৭২। মুপানদি য়া মুপীনদি য়াদ, মচানদি য়া মপানদি য়াদ মতৌ অমুয়া য়ুম অমত্তদা লৈমিয়বা মীওইসিংনা খাইবুং খাইবুংনা বাখলগী পোৎচৈ লাইদা কংফদে।

৭৩। ঈরু মাই তাহুনা ফিসেং সেত্নুনা নহাই তাইরেন পোংফাই মচুম সেংদোকুনা, লৈস্না খিন্দুনা, পুক্লিং পুকচেল সেংনা লাইগী থৌরম ঈয়াৎপনচিংবা তৌগনি।

৭৪। চাথুম মপান থোক্লিবী মুপীসিংনা মঙানি কোকলু তুমত্রিবমখৈ লাইমুং চংফদে, লাইগী থৌরম তৌফদে, লাই হৈক্রুকচিংবা সোকফদে, সেমফদে।

৭৫। য়ুমগী মুপা অমস্তুং অঙাংশিংনা চাথুম মপান থোক্লিবী মুপীগী মফি মরোন সোকফদে। করিগুম্বা খুজিন শুনাম্থোক সোকলুরবস্তু সেংলিবা ফিগা লোইননা লাইজ ঈরুথোকুনা তাইরেন পোং-ফাই মচুম থকনি।

৭৬। চাথুম মপান থোক্লিবী মুপীগা মতম পুম্নমক্তা লৈমিন-হিপমিয়বা অঙাংসিংবু য়ুমগী মপা অমস্তুং অহল লমন্না অঙাং অহু সোকফদে।

৭৭। চাথুম মপান থোক্লিঙৈগী মতম অসিদা অঙাংসিং অমত্তগা সোরু পয়দনা থোইদোক্না মপানগী মীগা উনদনা য়ুমগী কাচিন অমদা মতোমদা লৈবনা অথোইবনি।

৭৮। মুপা পাখংসিংনা মুপী থিরবা মতুংদা মহাক্কী মুপীনা মুংসিবা হেল্লি হায়হুনা মমা মপা থাদোকুনা তোঙান চাফদে।

৭৯। মুপানা মতম পুম্নমক্তা মুপী মমা লৌহুনা য়ুমগী মনাও মযামুং অমস্তুং মমা মপাগা খৎনা-চৈনফদে। থাজ তরা নাওপুবা মমা মপাদা অরাবা পিকদে।

৮০। কৈরোই লৈকাইগী অমস্তুং খুল্লক লৈরকী অহন লমন অহৈ অসিংগা উনবা মতমদা থুং অনি লোন্দুনা নোল্লুক্লা খুরুমজগনি।

৮১। য়ুমগী মুপী অঙাংসিংনা কোন ফেংবদা সেংনা ফেংগনি। কোন্দা কোহ্লিং অমস্তুং চকক্রিং পক্লা লৈফদে। পুখম তেংকোৎ খুজাইবু মখোন হৌনা লৈপাক্লা অমস্তুং কোনথরাইদা থমফদে।

৮২। সাউনিংডি হায়দুনা কোল্লিক্লচিংবা য়ুমগী পোৎচৈদা তাইনদুনা থুগাইফদে, লংখাইফদে অমস্তুং মরাল লৈত্রবা মুপী অঙাং ফুফদে।

৮৩। মীঙোন্দা লুখাক পিজফদে। পোথা পোথা, ঙাইহাক ঙাইহাক লৈদুনা চাক চাফদে। খুৎসা হামদোক্তনা লুখাক য়াওনা য়াওনা অলাপ্পা মফমদা চৎফদে।

৮৪। লুখাক মফম অমস্তুং খোংফমদা চাক চাফদে। লুখাক মফমদা খোংনা নেৎনা চৎফদে। লুখাক মফম কুইনা রাই তৈদনা থম্ফদে।

৮৫। য়ুমগী মুপী মুপা, অহন-লমন, অঙাংসিং পুম্নমক্না পুক্রিং পুকচেল অমত্তা ওয়না খৎন চৈনদনা লৈরগত য়ুমলেন মরা তপনা পানগনি।

৮৬। য়ুমগী থুনগী লৈপাক্কী মুপীসিংনা মরা মপুরোইবা অমস্তুং অহন লমন, অঙাংসিংগা হরাও তয়ামনা সেগা-মাইগা লৈরগত য়ুম, থুন অমস্তুং লৈপাক্কী লন-থুম অরাং অপা লৈতনা, অরা অনং য়াওদনা পুন্সি মরাং কাইনা লৈগনি।

৮৭। মুপীবু অরাবা পিরিবা য়ুম, মুপীদা য়াম্না ঙৎলিবা থুন, মুপীবু য়াম্না শিভিন্নরিবা লৈপাক:থোইনা মুঙাই য়াইফনা লৈবা খজিক অরাবা ওয়গনি।

৮৮। য়ুমদবু ওয়রবস্থ খুনদবু ওয়রবস্থ লৈপাক্কবু, মুপীবু হরাও তয়াম্না থম্মগত লৈপাক্কী, খুনগী, য়ুমগী মুংঙাইবা লনথুম ঈকাবা ওয়গনি।

৮৯। য়ুমগী মুপীনা মতম পুম্নমক্তা মরা মপুরোইবগী মখা পোম্না লৈগনি। মরা মপুরোইবগী য়াথং নত্তনা মনিংতম্না করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌফদে।

৯০। য়ুমগী মুপীওয়রবীসিংগী মপোক্কি পিক্লিঙৈদগী ময়ুম পাম্ব্রিফাওবা মমা মপা, মবুং মৌপাগী মরুম থুপ্পা মখা পোম্না লৈগনি। ময়ুম পাল্লগা মরা মপুরোইবগী মখা পোম্না লৈগনি। মতুং তাবা পুন্সিদি মচা-মস্থগী মখা পোম্না লৈগনি। মরম অসিনা মুপীনা মপুন্সিদা মনিংতম্না কৈদৌঙৈদস্থ লৈফদে। মুপীনা মরা মপু-রোইবগী মফমদা অমস্তুং মচা মস্থগী মফমদা লৌনম নমথাক তৌফরোই, মচিন্না অমা ঙাং, থোরমনা অমা সিন, লৌনম লমচৎ চৎফরোই। অরাবা ফম ফংগনি।

৯১। তেংবানবা মপু অপোকপগী মতিক খুৎসেম লৈতেং হেনগৎ-নবগীদমক মপুনা তুগা রাগা হায়না তাইবং য়ুমপালহল্লি, থোজালগী মসক্কি, মুংসিবগী লৈকোম্নি, পাম্মুবগী হৈকোম্নি। অস্থুম ওয়রবা তুগা রাগা তাইবং য়ুমপাল অসিদা মুপী মুপা অনিনা লমচৎ সাজৎ চুমত্রবদা, অমবু অমনা লৌনম নমথাক চৎনরবদা, মপানগী তাউজিং লোনচা চা লৈরাং লোনচিন চিন লাইনিংথৌগী রায়েল নোংদম থুগাইরবদি তুগা রাগা য়ুমপান পুন্সি অরাবগী অরাবা ওইনা পুন্সি কেমগনি।

৯২। তুগা রাগা তাইবং য়ুমপানবদা অয়ুক, মুমিদাংরাই অমস্তুং তুগা রাগা অনিগী মপোক মুমিৎ; লাইগী মপুং ওয়বা মুমিৎ, লাইনিং

চরা হেনবা মতমদা তুগা রাগা অনিমক মুংশি চিল্লোক্কা পাম্মু চিনতিন্নফরোই।

৯৩। তুগা রাগা পুক্লিং পুকচেল অমত্তা ওরনা সেগ-মাইগা পাম্মু মুংসিনা চেক্লাগুম চিলোক্লগনি, পোম্বীগুম চিনতিন্নগনি। অনিগী পুক্লিংনা খাইবুং খাইবুংলবদি মতম অচুম্বা হুনখিবা মরুদগী ওয়ন্নকপা অঙাং অহুম্মু খাইবুং খাইবুংনা মীওম্ন মতৌ চাদে।

৯৪। তুগা রাগা তাইবং য়ুমপাল্লবসিদা মুপা ওয়বসিংনা লৌমম পুকচেল চংতুনা মপানগী কনাগুম্বীগা লমচং লোনতিন তিল্লুরগা হল্লক্তুনা য়ুমগী য়ুমলৈমা ওয়বীগা পাম্মু চিলোক্ল মুংসি চিনতিন্নহুনা পোকপা মচাদি মপা য়েক্লবা ওয়গনি। মতৌ অম্মুম্মা য়ুমগী য়ুমলৈমনম্মু মপানগী কনাগুম্বগা তাউজিং লোনচা চা লমচং লোনতিন তিন্ন হল্লক্লগা য়ুমগী মরা মপুরোইবগা য়ুমতিন্নহুনা পোকপা মচাদি মমা য়েক্লবা ওয়গনি।

৯৫। তুগা রাগা অনিমক্লা লমচং কারল তানহুনা সাজং চুমনদহুনা মুপীম্মু মপান্দা হুরান লমচং চং, মুপাম্মু মপান্দা হুরান লমচং চং অহুগা তুগা রাগা য়ুম পানবা ওয়বগী হৌনসা ময়ুমদম্মু মুংসি য়ুমতিন্নহুনা হুনবা মরুদগী পোক্কপা মচাদি মমা মপা য়েক্লবা ওয়গনি। থোইদোকপা অমদি অঙাং অহু খোংভেক মিংতাং লোন থোক্তবনচিংবা তাইবং মতৌ ওয়বগী অরাবা ফিদম ওয়গনি।

৯৬। কনাগুম্বী মুপীনা তুগা রাগা তাইবং য়ুমপানবদা নোংদম লাইবক খিবমা কম্বিগুম্মা অঙাং অমত্তা মমিংতা উত্রবদা নোংদম মপু

কৌনা পুন্সি তেংথাজগনি, থৌরাইগী মপু লাইনিংথৌবু, মালেম লৈময়েন সিদববু অকাউন্নুং লৈতনা খোয়ুম পুয়াদা চংজগনি। অদু নত্তুনা নুপী ওয়বিহুনা মনিং তম্না য়ুমগী মুংসিরবা মরা-মপুরোইবা লৈনা লৈনা মচা পোকৃবনি হায়রা সারকুনা মপান্দা লমচং লোনচং চংলবদি, তাউজিং লোঞ্জা চারবদি তুগা রাগা য়ুমপানবী ওয়বী মহাক্কী য়ুমপাল পথাপ কাইবগী অচৌবা মরালন, পুন্সি নোংদম মপুগী অকনবা চৈরাক্লা, লাইনিংথৌগী তমথিরবা মিংয়েংনা নুপী ওয়বী মহাক্কী মপুন্সি অদু রানা রানা লেনগনি। শিসী হায়সু শিঙমদা হিংসি হায়সু হিংঙমদ পুন্সি তাগনি।

৯৭। মপুগী নোংদমতনা লাইনিংথৌগী থৌজালতনা মপোক ফংনরিবা মালেম তাইবংসিদা তুগা রাগা য়ুমপানবদা করিগুম্বা অঙাং অমত্তা মমিত্তা উত্রবদি, তুগা রাগা অনিগী পুন্সিদা করিগুম্বা অচৌবা অনম অহা লৈরে হায়বা খংগনি। অসিগুম্বা পুন্সি অনম-অহা কোক্নবা পুম্নমক্কী য়ায়বিকোন ওয়বা লাইনিংথৌ সিদব, মালেম সিদবগী খুযা থম্বালবু থম্মোই চেংনা কোনগনি।

৯৮। তুগা রাগা য়ুমপাল্লগা হেক্ক অঙাং পোক্কনি হায়বা করিসু অতাংবা লৈবা নত্তে। পুন্সি মপোক ফংজবদি লাইনিংথৌ সিদব মালেম সিদবীগী থৌজালতনা ফংবা শুমজৈ হায়বগী অচৌবা খুংতমদি তুগা রাগা য়ুমপাল্লবদা পুন্সি চুপ্পা মচা পোকচদবা য়াওরিবসিং অসিনা খুংতমনি। মরম অসিনা তাইবং য়ুমপাল্লবদা পোক্লক্লিবা অঙাংমচাসিংবু লাইনিংথৌগী থৌজালনা ফংজবনি নিংহুনা শুনা য়োক্কনি। মচা পোকচদবসিংনা তাইবং মপোকপু

নোংদম্বিরিবা লাইনিংথৌ অমস্তুং মালেম সিদবগী থুয়াদা তত্তনা ভেংথাজগনি।

৯৯। তুগা রাগা য়ুম্নপানবদা অচৌবা ওয়না ভাক্কদবদি নুপীনা চাথুম মপান থোক্লিঙৈগী মনুংদা নুংশি চিলোক্ল পাম্ন য়ুম তিনফদে।

১০০। নিঙোন ওয়বীসিংনা সিঙেল পোমলম্বদগী লৈরাং সাংলক্লবা মতমদা মমা মপাগী য়াথং মতুং ইন্না থাজ-য়োঞ্জ লুহোংবগী মমাংদা, মপানগী কনাগুম্বগা লমচং লোনতিন তিন্ন, তাউজিং লোঞ্জা চারবদি মরা মপুরোইবা হাংপগী অচৌবা মরালগুম অচৌবা মরাল ওইগনি।

১০১। পাখং ওয়বসিংনা তাউজিং হৈরেপ মপুং ফারক্লবা মতমদা মমা মপাগী য়াথং মতুং ইন্না লুহোংড্রিঙৈগী মমাংদা মপানগী কনা-গুম্বীগা লমচং লোনতিন তিন্ন লৈরাং লোনচিন চিল্লবদি হুকচাংগী থাইবোক সরুক ওয়রিবী য়ুমলৈমা হাংপগী অচৌবা মরালগুম অচৌবা মরাল তাগনি।

# নোংদম থৌরম

( ৱারি অসি ঈপুথৌগী থৌজান্দগী ময়েংবম তোমবা মাইনৌ ( ব্রহ্মচারি ) না হায়রগা ইজবনি )।

নোংমগী কোরৌ হুমিত্তা তেংপানবা মপুগা তাইপংপানবা মপুগা উনবদা তেংপানবা মপু শিদবনা হায়রকই, "ঐগী ইচা লাইরেম্বী তরেৎ অসিনা তাইবং অসিদা ঐগীদমক্তা অস্নুক য়াম্না ৱাবসিদি, মহোয়মুক ৱাবা লৈরম্লোই। ইচা তরেৎকী লমনসিবু মহোইনা পেম্নবা ঐনা করম্বা মতমদা শিংলসিবা—থৌজাল ওইনা লংগুবিসিরা হায়নস্থ খল্লি।" তাইপংপানবা মপু শিদবনা হাইরকই, "হে তেংপানবা মপু শিদবা, লাইরেম্বী তরেৎমুক ৱাবা লৈতে হায়বসিদি, মহোই তরেৎমুক নুংঙাই-বসিদি তাইবংপানবসিদা লৈতে।" তেংপানবা মপুনা "করমনা নুং-ঙাইরিবা" হংলকপদা, তাইপংপানবা মপুনা হাইরকই, "সনানে, লুপানে, থুজিনে শেংনিংদ শেং, চানিংদ চা, শিনিংদ শি, চাগে-থক্কে ৱাত্তে, মকে শেমজুনতা লৈবা লাইরেমপী তরেৎসিবু ৱাবা কৌবরা? তেংপানবা মপু শিদবদি মফম অমদগী লেংদবনিনা খংঙিরোই, তাইপং মপু সনামহি ঐদি তেংপানবা মপু শিদবগী য়াথং মতুংইন্না তাইপং কোইবদা সিদগী হেন্না অৱাবা লৈ।" তেংপানবা মপুনা, ঐগী লাইরেমপী তরেৎসিনা ঐগী কদাইদা শোইথিগদগে খন্দুনা অস্নুক ৱানা হোৎনজরিবসিদগী হেন্না ৱাবা লৈ হাইজুনা ঐগী চিম্মক্তা খুম্নদি ঐ য়েংঙগে নিংঙজুনা চহি ১৫/২০শুরবা নমু তাইবং মীগী মশক লৌরগা হাউরৈ খা পাংনা খোংদোইরক্লে।

অহল ওইরবী হন্নুবি অমনা কোকশেং শেৎতুনা, ফনেক অমোংপা শেগাইরবা অমা কৌনা শেৎলগা, কবোকং কোত্তুনা লেমলৈ ঙা ফানবা লোং খোল্লম্মী। তেংপানবা মপু শিন্দবনা হাইরকই, "হে ইমা! অহল অতুক ওইরবা, চহি ৭০/৮০ য়োশিল্লকঅবা, নমং নখুৎনা লাম্বা ফংলবদা, হৈ মীংখৈ শোন্দুনা, হৈয়া মীংখৈ শোন্দুনা, শিত্রিঙৈ মতম অসিদা হনগদবা নয়ুম মশক খংনা থিহৌবা য়াদবরা?" হন্নুবীনা মবুক্তা শাউরহুনা, হেক য়েংবদা লাইগী মশক ওইবনা থিনা হাইবদি ঙমদা, খুম্মকই, "হে পারি! নংনা নহা ওইবনা ঐনা তৌরিসে, নংনা উদ খংদবনিনা, নংনা নোক্লরে, উশিত্তরে। ঐদি ইবা ইপুরোইবস্থু লৈজদরে। পারি অমস্থু শাংতরে, ইমোম অমস্থু পোমদরে, লেমলৈ ঙা অসি ফারগা চরা তানগদৌরিবনি। অসি তাত্রবদি ঐদি করম্মা হিংগনি।" তেংপানবা মপু শিদবনা ইকাইরহুনা হায়রকই, "হে পলেম মানবী ইমা ইবেম্মা, শাউবিগন্নু, রারৌবিগন্নুকো, ঐদি চুম্না হায়জবনি।" ইসঃ চুম্মিদা অহল অসিনা হায়রিসে, তাইবং মপুনা হায়বসি চুম্মিনা, অসি খল্লহুনা তেংপানব মপু শিদবনা লম্পোই তুপোইবা লাইনিংবা অমগী শক্তম লৌরহুনা হাউরৈ খা পাংনা অমুক খোংদোইরক্লে।

নহা ৩/৪ অমগা চহি ৭০/৮০ শুরবা অহল অমগা শনপোং খোইরম্মী। নহাশিং অহুনা মাং থংলগা অহল অতুনা তুং থংলম্মী। তেংপানবা মপু শিদবনা খুং খত্তুনা অমুক্তা ঙাইখো হায়হুনা খাম্মী। অহল অতুনা লমপোই তুপোইবদা "কল্লিগীনো" হংলকপদা, তেংপানবা মপু শিদবনা হায়রকই, "অহল অতুক ওইরবা নংনা, নহাগী মতুং ইন্দুনা নমং খুং লাম্বা ফংঙবা, মাংগা তুংগা য়েংনবদা তুংনা তেজবা ফাউবদা

অতৃক কন্না শুম্বিবা কমিনীনো ?" অহল অতুনা হায়রকই, "হে লমপোই তুপোইবা লাইনিংবা, ঐনা তৌম্বিসি নং মুংঙাইবোই নিংবন্না, ইচাসু লৈতে, ইশুসু লৈতে, ঐগীনি হায়না মাংদা য়েংঙে উদে, তুংদা য়েংঙে লৈতে। শুম্বিসে ঐগী ইরন্নাই নত্তে, থুৎনেকনি ( মহাজনগীনি )। মসি হেক শুক্নদা হোরেলদি ঐ চাক চানিংঙাই লৈরোই, খোইদবদা ঐ চাক হাম্বিরম্মোই। হে লমপোই তুপোইবা লাইনিংবা, ঐনা তৌরিসি ওন্থোক্লা রানা তৌরিবনি, শিবদি হেক য়াদবনিনা রানা মতম লেল্লিবনি।" তেংপানবা মপু শিদবনা হায়রই, "হে অহল! নংনা ঐগী য়ুবী খুজাই শংহনা ঙাইহাক্তং পোত্থাউ, নংগী নতেং পাংঙমগে, ঐনা নংগী নচাগী পান্দম ওইনা নহাশিংগা ঐগা, নংগী নহুৎ শিনগে।" তেংপানবা মপু শিদবনা মাং থাহনা নহাশিংহুগা শনপোৎ খোইথরে। লৌ ময়াম খোইবদা চহি অমা চংগদৌবহু ঙাইহাক্তদা ইকুই কুইদনা থুংদোকএ। শনসু মীসু ইরা রাদনা ঙাইহাক্তদা লোইশল্লে। তেংপানবা মপুনা হায়রকই, "হে অহল! লৈহৌরো, ঐ অমুক চৎলগে, নংগী অরাম্বহু ঐনা য়েংবা ঙমদহুনা ঙাইহাক্তং নংগী নহুৎ শিনবিবনি।" অহল অতুনা লাইনি হায়বা খংদহুনা হায়রকই, "হে লাইনিংবা, নং য়ামনা পুনসিয়ুকো, নংনা নিংঙিবা অহু ফংবা ওইয়ুকো।"

তেংপানবা মপুনা হাউরে খা পাংনা অমুক খোংদোইরকপদা মুংদাং-রাইরম ওইশল্লকএ। হয়েং ইমুং ঙাল্লগা চৎলগে হায়হনা থুনদোনদা লৈবা য়ুম অমদা চংঙে। ইমুং অসিবু মী কনা কনা লৈবনো হংলকপদা নহা ওইরিবি মৌ নহা অমনা খোংনাউ হাংদোকলগা য়েংলকপদা লমপোই তুপোইনা অহল অমা উরে। মৌ নহা অতুনা "করি তাকপিগদৌবনো"

ংলকপদা, লাইনিংবনা হায়রকই, "নংগী মাঙ্গোন ফমেন অসিদা গুসি মহিংদদি লেকচখিগে, হয়েং ইমুংঙাল্লগা নোং হেকঙানবদা খোংশান-খগে।" মৌ নহা অহুনা হায়জরকই, "হে ঈপা ! ঐগীদা লেকপগীদি চরিসু কাইদে (বেরা লৈতে) অহুবু ঐদি মাঙ্গোন চংহুনা লৈরে, ইমা-ইপুরোইবসু লংফে চংখি, সিদ লৈতে ইপাগী দমক্তা ফি অমা ফিদা অমা ধানবসু লৈজদে, চেংসু মরু অমত্তা লৈতে, থেংলবনিনা মীঙোন্দগী হায়গদবসু হকচাং শেংদবনিনা মীনসু চংহনিংঙোই।" তেংপানবা মপু শিদবনা হায়রকই, "ঐদি লমপোই তুপোইবা লাইনিংবনিনা ফিদা ধাদবগী, চানিংঙাই লৈতবগী ফিরোল ফৈস্নুপ লৈতবগী করি অমত্তা মানিংঙাই লৈতে, ফমেনশিদ অহিং অমত্তা পনজখিগে হায়বনি।" অহু ওইরবদি ঐগী লাইবক য়ামনা ফবনি, ইপানা পোংথাবিরো।

অহিং নোংয়াই চবুক লোল্লবদা মৌ নহা অহুনা মীৎলু অনিদগী তরংগী লাইজ শিনথরগা লাইনিংবদা হায়জরকই, "হে ইপা ইপুঙো ! হয়েংদি ঈপান থোকই ঐনা মাঙ্গোন চংঙিবা অঙাং অসি ঈপান থারোই-দোরে, কৈরোই লৈকাইদা হায়জগদৌবসু য়ুম শেংদবনিনা য়াদরে, মসি খনবদা ইথক্তা শোয়ারেম্মা ননবদগী হেন্না মাথ্রে।" হিকনা হিকনা কপলহুনা মখুং লোম্নরগা হায়জরকলবদা, তেংপানবা মপু শিদবনা মাগী মুংঙাইতবা অহু উবদা হায়রকই, "হে ইবেম্মা ! নংগী মুংঙাইতবশি উবদা ঐ অসে খোং থাংহুনা চৎপা ঙম্মোইদৌরে, ঐদি হয়েং নোং হেক ঙানবগা চংকে হায়না নিংবশি ঐ চৎলরোই। ভাইবং মুমথোং খুদিংদা কোয়হুনা ঐনা চেং নিবা চৎলগে, তরেংকী শেনজা তাল্লগে। নংগী অঙাংসিগী ঈপান থাবদা চংগদৌবশিং কোম্ননবা তাল্লমলগে। নংগী ঈপানসু থাম্মগে। নং মারুমসু।" মৌ নহা অহুনা হমাউবগা লোয়নন—হে

লাইনিংথৌ তাইপংপানবা মপু শিদবা! মপু নংনা লমপোইবা অমা পুশিনবিরক্লুনা ঐগী অরাবা অসি কোকহনবিগদৌয়ে, ইচাম্ব্ ঈপান থাদৌরে হায়না হিকনা হিকনা কপচরকএ। ইমুং ঙাল্লবদা লমপোইবনা তাইবং কোয়না চেং নিবা চৎলে। ঈপালগী চংগদৌবা কোয়েৎ, ফি, চানবা থকনবা ময়াম লোয়নমক শুনা অমত্তা রাৎতনা কৈথেলদগী লৈবিরকএ। মমাদা শিন্নবিরে। মমানা হরাউজরে। তেংপানবা মপু শিদবনা ঈপালগী তিনশোল লাইশোল র্তেননচিংবা কাপতুনা লাইগী তৌফম থোকপা লোয়নমক পাংথোকএ। মতুংদা তেংপানবা মপু শিদবনা অঙাং মমাদা হায়রকই, "ঙসিদি নমা নচা তুমগনু, ঈপালগী মৈ মুৎহলগনু, তাইপং মপু সনামহি নিংঙু।" মমাহুনা মচা ঈপাল থারবহুদা হরাউজহুনা মীকপ শোকপা লৈতনা মমা-মচা তুমব্রে। তেংপানবা মপু শিদবনা মাই চিংখৈ ওনহুনা মাঙ্গোনগী ফমেনদা ফমহুনা লৈরম্মি। তাইবং মপু সনামহিনা অঙাং অসিগী লাইপক্তা অঙাংহুগী পুন্সিগী মপোক্কী তৌফম-ফংফম থোকপা অহু য়েক্কদৌবগী চংঙকপদা তেংপানবা মপু শিদবগা থেংনরে। তেংপানবা মপু উবদা তাইপং মপুনা, খ্বাই লাউহুনা—"করি থবক্কিনো, তেংপানবা মপু শিদবনা, সিদ লৈরম্মিসে করিগীনো" হায়রকই। তেংপানবা মপুনা, "নং ঙাইরম্মিনি, ঐগীদি ইমুং অসি ঙাই-শেন্নি, নংনা অঙাং অসিগী লাইপক্তা য়েকপদা য়ামনা পুন্সি লুংশাংবা, সনা লুপাগী মপু, মুংঙাই য়াইফবা ওইনা য়েকঅম্মু" হায়রম্মি। তাইপং মপু সনামহিনা ফরে ঐ য়েকঅম্মগে হায়রগা ইমুংদা চংব্রে।

অঙাং অহুগী লাইপক শলাইদা তাইপং মপুনা য়েংঙে—অঙাং মহাক্তি নহান মপোকতা কনাঅমত্তা পীজ পীথক (দান) তৌরকতে অহুনা নহাক

অসে "চহি চাম পুন্সিবো, নাগন্নু য়েকন্নু অহুগা নংসে শুরগা চাউ, শুগ্রগা চাগন্নু" অসি য়েকঅম্মগা তাইপং মপুনা তেংপানবা মপুগী মনাক্তা থোরকলে। তেংপানবা মপুনা, "নং ঐনা হায়বা—পুন্সিবা মুংশাংবা মুংঙাইবা, য়াইফবা হায়বহু অঙাংগী লাইপক শলাইদা য়েকলমলবরা ?" তাইপং মপুনা "য়েকঅম্মে" হায়রম্মি। ফরে, অহু ওইরদি "নং সিদ ঙাইহাকতং লৈরমখো, নংনা য়েকঅম্মিদো য়েংঙ্খিগে" হায়রল্লগা অঙাংগী লাইবক শলাইদা য়েংউবদা—অঙাং নংদি নহান মপোক্তা মীঙোন্দা পীজ পীথক (দান) করি অমত্তা তৌরকতে, চহি চাম পুন্সিযো অহুগা শুরগা চাউ শুগ্রগা চান্নু হায়না য়েকঅম্মে।

তেংপানবা মপু শিদবনা—তাইপংপানবশিদা যামনা নঙনা লাইরহুনা, য়ামনা রানা পুন্সি মুংশাংনা লৈগদো শরুকপুদি শিবনা ফৈ থল্লহনা য়ামনা শাউন তাইপং মপুদা হায়রকই, "হৌজিকমক নংনা য়েকইবশি মুথংলুচো—য়াম্না মুংঙাই য়াইফবা সনাগী মপু, লুপাগী মপু, লৈপাক পুম্নমক্কা ইকাই খুমনবা পুন্সিবা, মুংশাংবা নিংথৌগী মচা মশু লৌবা, লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা হায়না য়েকঅম্মু, হান্নগীহু মুথংলু।" তাইপং মপুনা হায়রকই, "ঐদি মুথংপা ঙমলোই, তেংপানবা মপু শিদবা ! হয়েং তাইপংপানবগী চাদ নৌদারকপদা তাইপং মীনা লাই মহোয়দি অচুম্বা অমত্তা তৌদে, মহোয়নবু তৌনিংলবদি অরানবস্নু চুমহল্লি, অচুবস্নু লাল-হল্লি হাইখিনি অহুনা ঐদি ঙম্মোই"। তেংপানবা মপুনা শাউরহুনা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসি হেক য়েকঅমদনা নংনা থোংফম অমত্তং থাংবদা, ঐনা ঙম্মে য়েংনসি, নংনা ঙম্মগা চৎলু"। তাইপুং মপুনা হায়জরকই, "হে তেংপানবা মপু শিদবা ! নহান নোংদা তেংপানবা মপুনা তাকপিখিবা তাইপং অসি ঐ শাম্নগে, তাইপং অসি মান মান

তৌবনা মান মান ফংসন্থ—হায়ৰিখিবা মপুগী য়াথং মতুংইন্না য়েকচবনিনা। অঙাং অসিদি নহানপোক্কী মপোক লাংওনদা কনা অমত্তা পীজ পীথক তৌরক্তে। মানা তৌজবনা মানা ফংজবনি। ঐদি অমুক হুন্না মুথৎপা ওমজররোই।" তেংপানবা মপু শিদবনা, "ঐনা হায়রিবসিমক্তদা ঐগী চিনথক্তা থুম্মিনা, ঐনা হায়রিশি হেক য়েকঅমদবদা নংনা নিপা থোকঅগা চৎলো, নংনা ওম্মে ঐগী মাংদা চৎখো, ঐনা ওম্মে কৈদৌগে য়েংউ। ঐনা ইশানা য়াহুনা শেমদোকউ হায়রিদনা। অফবস্থ (পুন্যস্থ) ঐনি, ফত্তবস্থ (পাপস্থ) ঐনি"। তাইপং মপু শিদবনা খল্লকলে—"তেংপানবা মপুনা হায়রিসি তৌরুরে, হয়েং তাইবংগী চাদ নৌদানা লাই হায়বা লুপসি (জাংসি) মহোয়না তৌনিংদ তৌই, অয়ানবা লৈতে, অচুমবা লৈতে হায়না থিনা হায়নগনি, ঐতনা চোপকনি—অহুবু মহু তৌরকনি হায়হুনা তেংপানবা মপুনা হায়রিসি য়েকঅমদনা ঐনা চৎপা তাররস্থ খুং থোক্লবা তাই"। তেংপানবা মপু শিদবনা হায়বসি ঐ য়েকঅম্মগে খন্দুনা তাইপং মপুনা হায়রকই, "ঐ মুথৎচরগে। তেংপানবা মপু শিদবনা হায়বহু ঐ য়েকচরম্মগে।"

তাইপংপানবা মপু শিদবনা অঙাং অহুদা হান্না য়েকলমবা অহু মুথৎলগা—"হে অঙাং! নং লৈবাক্কী নিংথৌ ওইয়ু, নিংথৌগী মচানুপি লৌ, সনাগী মপু, লুপাগী মপু ওইহুনা—মুংঙাই য়াইফনা পাল্লু অহুমনদি ওইরগা অঙাং নং হেক লুহোংবগী মঙানি চাকৌবগী হল্লকপা মুমিত্তা নয়ুম হেক য়ৌবগা রাস্থহুনা শিয়ু" হায়না য়েকলমলে। তাইপং মপুনা থোরকঅগা—"হে তেংপানবা মপু শিদবা! ঐদি কুইবা য়াদরে, তাইপং য়ুমথোং খুদিংগী শিনবা থুংনা চৎকদৌরিবনি, তেংপানবা মপুগী থোদা মতুংইন্না অচংবা অহিংবা অশিবা অপোকপা পুম্নমকসে

চৎকদৌরিবনি" হাইরম্মগা চৎখরে। তেংপানবা মপুনা অঙাংগী লাইশক্তা করি হায়না য়েকঅম্মগে য়েংঙ্বদা—"হে অঙাং! নং লৈবাকী নিংথৌ ওইয়ু, নিংথৌগী মচানুপি লৌ, সনাগী মপু, লুপাগী মপু ওইদুনা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লু অদুমনদি ওইরগা অঙাং নং হেক লুহোংবগী মঙালি চাক্তৌবগী হল্লকপা মুমিত্তা নয়ুম হেক য়োবগা রাম্বদুনা শিয়ু" হায়না যেকঅম্মে। তেংপানবা মপুনা খল্লকই—নিংথৌ ওইদুনা সনা-লুপাগী মপু ওইদুনসু, নিংথৌ মচানুপি লৌদুনসু পুনবু পুনসিত্রবদি করি কায়গদগে, মচা-মশুদসু থমহল্লম্মুদনা, চহি ২০/৩০ ফাউবদসু পুন্সি-হল্লম্মুদনা। অদুবু খোইরেনদি নত্তেদনা-লাংফমনি-ঐগী চাং য়েংবনি। অঙাং অসি তাইপাং মপুনা তমখিবা নোংদম খোননিনা ঙাইহাক্তংদি রাম্বদনগে অদুগা অমুক চিঙৎহনগে খনখরে। ইমুং ঙাল্লদুনা তেংপানবা মপুনা মৌ নহাদুদা হাইরম্মি, "ইবেম্মা ঐদি চৎলগে, নংগী নচা অসি লৈবাকী নিংথৌ ওইনি, নিংথৌগী মচানুপী লৌনি, সনাগী মপু লুপাগী মপু ওইনি অদুমনদি ওইরগা নংগী নচা অসি ময়ুম মখৈ পানবদি থরা থেংনা চহি ৩০/৪০ দা পালহল্লু। হয়েং মানা লুহোংঙমদাইদা অহিং-মুংদাংদা লা লাতোন অচৌবা অমা, নোংপোক ওল্লগা লাংথ্রে মপোপ অহুম, শংত্রে মপোপ অমা, হৈ-লৈগা লোইননা মিংস্না কোরৌ নোঙ্গাহল্লু, ঈপা-ঈপু পোকপা থুরম্মু, শাগৈ পোকপা অপোকপা, শলাই পোকপা অপোকপা থুরম্মু"। কাউবা য়াদেকো লাংকম অচৌবনিকো হাইরম্মগা তেংপানবা মপু শিদবা খোংশানখরে।

মৌনহানা খল্লি—"ঐগী ইচানা নিংথৌ ওইনি হায়বসি থাজদে, সনাগী মপু লুপাগী মপু ওইনি হায়বশিবু লাইরবনিনা থাজদে, মাগী মাগী মরাইবকী নোংদমনি"। অদুবু ঐমা কাউরোইদবদি—অঙাং

অসি নহা ওইনা ময়ুম পালহনগনু চহি ৩০/৪০ দা পালহল্লু, লাংফম অচৌবা অমা লৈ—হায়বসিমদি ফিজিদা থম্মোই মুংদা য়েকতুনা অকাউবা লৈতনা থমখ্রে। নোংঙাল্লগা মুপি অসিগী মপুরোইবা লাকএ। মুপিনা হায়রকই, "নংনা থা অহুমদা থম্মমবনি। অঙাং অসি ঈপান থারোইদৌবসে, লাইনিংবা অমা লাকতুনা ঈপান খৌরম পাংথোকপিরম্মে। অঙাং অসে নংগী নচানি—নং করি খল্লি, চিংনবরা? মপুরোইবনা হায়রকই, "ঐ করিমত্তা চিংনদে, নং ৱারমগনি হায়বদু ঐ খংডি। ঐদি য়াম্না অৱাবা অমা তারুরে অতুনা য়ুমদা থুনা লাকপা ঙমখিদে। শেন খৱা পুরকপশিনা নংনা অপামবদু কৈথেলদগী লৈরুরো।" শেল লৈরিভৈদা অঙাংগীসু য়াউনা লৈশিনবিহৌরগে খল্লদুনা অঙাং অদু পুরগা কৈথেলদা চৎলে, ফিরোল অহনবদু অঙাংদুদা শেৎচিনবিরে। লম্বিদা হল্লকপদা উখোং অমদা পোৎথারম্মি।

নিংথৌ অমা শা তাল্লুবদগী শা ফংঙকতদুনা য়াম্না ৱানা খোইরাং খোইশাউনদুনা হল্লকলম্মি। লম্বিদা অঙাং অতুগী মশক উবদা অৱাবা পুম্নমক পুমকোক কোকখ্রে। "অঙোম নিংথৌ ঐদি ইচা অমত্তা লৈতে, ঐ শিরবদি নিংথৌ ওইবিনবসু লৈতে অতুনা লুপা খাউজাউ পিরগা মমা অসিদা হায়নরগে, মচা অসি ঐ লৌরগে" খল্লে। "ইবেম্মা নংগী নচা অসি উবদা ঐ চৎপা ঙমদরে, ঐগী লৈজবা পুম্নমক নচাদা পানশল্লগে, নিংথৌ ওইহল্লগে। নংগী অঙাং অসি ঐঙোন্দা পিরো, ঐ য়োকচরগে" হায়রক্লে। নিংথৌনা তাকপিবদু ঐগী লাইবক ফবনি, ঐ য়াম্না হরাউজে অদুবু মপাদা অমুক্তদি হংজখিগে। ময়ুম তমনা নিংথৌদুগা লাকমিন্নরে। মপাদু পয়া শিদুনা লৈরম্মি। নিংথৌ হেক উবদা মপানা খল্লকই, "মমানা

চরম্বা হৌন-লোনচং ( ব্যবহার ) কাইরুহুনা নিংথৌগী চৈরাক ফংগদৌরিবনো ।" নিংথৌনা মপাদা হায়রকই, "ঐদি ইচা পোকতে, ঐনা শরগা নংগী নচাসে নিংথৌ ওইহনগে, নংগী অঙাংসে ঐঙোন্দা পীরো ।" পো ঐগী লাইবক ফবনি, মসিদগী হেন্না লাইবক ফবা অমা লৈরম্নরোই । নিংবা চাবা ফংদবা, শেৎনিংবা শেৎপা ফংদবগী অরাবা লৈররোই । মমানা হিক্কা হিক্কা কপলকপা উবদা নিংথৌনা করিনিংবা থুংদহুনা, করি অরাংপা লৈহুনা কপলিবনো হায়রম্মী। মমানা "ইচা অসি খাম্নাং হৌরকনি, খোম খাইদ্রিবৈ ফাউবদি য়োকচখিগে'' হায়না হংৎচরকই । নিংথৌনা হায়রকই, "অহু ওইরদি নিংথৌ কোম্নুংদা নিংথৌ মমা অপোকপী ওইনা অহাও অপেন চাহুনা হুংঙাইনা লৈরো, নহোয়গী থুম অসি থাদোকঅম্মো ।"

নিংথৌগী কোম্নুংদা য়াম্না মুংঙাইনা লৈরবা মতুংদা নোংমগী কোরৌ চুমিত্তা নিংথৌ অহুনা মচানিপা পুরগা মরুপ নিংথৌ অমগী মনাক্তা কোইবা চৎলম্মী। নিংথৌনা হায়রকই, "ইতাউ নিংথৌস্থ নুপী অমখক্তা পোকপনি, ঐস্থ ইচানিপা অমখক্তনি, ইতাউগী ইচানুপীসে ঐগী ইচাসিদা পীরসি ঐখোই অনি ঙাইশেন ওইরসি ।" য়াম্না হরাউ হরাউনা য়ানরবা মতুংদা অখং অহৈশিং ( পাজি ) গা মপোক-থা ( কুঠি ) য়েংনবদা মবানিমুক পক্কবসি লৈত্রে হায়রে । মৌ হাইনরগা কুইনা থম্বসি কান্নদে, মীনা করি করি ঙাংনরকনি খনবদগী লুহোংবগী মুমিং থা লেপনরে, লুহোংবদা চংগদবা শেলথুম মপোং-মচৈ লাংশিমগ্রে । নহা ওইরিবা অঙাং অসে মমা-মপা তাকত্রবদি মীনা করি হায়খিগদগে খল্লহুনা চিংনবদগী নিংথৌনা মমা মপাদা অঙাং অসে লুহোংঙগে, কমদৌসিগে হায়রক্লে । মপাদি য়াম্না হরাউরম্মী অহুবু মমাদি ও-খোংনা কপলক্লে । লাই-

নিংবনা হাইখিবহ্ ংংনিং নিংশিংলক্লে। মখুৎ লোম্নহ্না নিংথৌদা হায়জরক্লে, "অঙাং অসিগী পুন্সি মুংশাংনবা ননাই ঐহাক মুংদাংদা লাই অমত্তুদি খুরুমজগে।" নিংথৌনা নংনা অপাম্বা খুরুম্মো, হেক চংগদবা পোৎলম মখে লৌরো তাকপিরক্লবদা, মমানা মী লাংহনবা য়াদবনি, লাই অসি ঐনা খুরুমজগনি হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎলে। মমানা লাংথৈ্র মপোপ অহুম, শংব্রৈ, হৈ-লৈনচিংবগা লোইননা শাগে পোকপা অপোকপা, য়েক তরেৎ, শলাই তরেৎ অপোকপদা হায়জরক্লে। নোংমা লাইনিংবনা ময়ুম হেক পানবগা লাংফম অচৌবা অমা লৈ হায়খিবহ্ কোকপিয়ু, পুন্সিবা, মুংশাংবা পীনবীয়ু হায়জরক্লে।

লুহোংলবা মতুংদা চাক্কৌবদগী হল্লকপদা অঙাং অহ্ ময়ুমদা রাম্বত্রে। নিংথৌগী মাইবা-মাইবীনা য়েংবদা ফবা ঙমদ্রে। খোংদোন্দগী তোন ফাউবা সনানা য়োমগনি, মাইবনা অপাম্বা পীগনি হায়রফাউবদা য়েংবদা ফবা ঙমদ্রে। নিংথৌ মচানুপী অহ্না ঐদি হিংচাবী ওইরে, ঐ লৌরম-দ্রবদি নিপা অসে পুন্সিরমগনি হায়না কপ্লক্লে। ঐবুসু লৌশিনবীরো হায়না হম্না হম্না ওখোংনা কপ্লক্লবদা, পোৎলোইবা ঙমদরে। শিং চনবা নিপা অমদি নিংথৌগী মচানিপা শিরে হায়বসি তানা তানা মাগী নোংমগী শিং কোকথোং অমা চনদ্রবদি চরা ফংলোইদৌবনিনা শিং চনবা চৎপ্রে। ময়ুমদা শিং কোকথোং অমা থনম্লগা কোন্নুংলোমদা লাক্লে। থোঙ্গান্দা লমপোই তুপোইবা অমনা, "ময়াম কল্লিবসে করিগীনো" হায়না নিপাহ্নদা হংলম্মী। নিপাহ্না "নিংথৌগী মচা শিরে, ওসি মঙানি চাক্কৌবা চৎলুবদগী হল্লকপদা রাম্বখিবনি। ঐদি মহ্ হন্দোকঅম্মগা নোংমগী চরা তানবা শীং চনবা চৎলুবনি। ময়াম্না কপনরিবসি নিংথৌ মচা শিবগীনি" হায়রম্মী। অহ্ ওইরবদি লাইনিংবা

অমা লৈহৌই, খোইরেল নত্রবদি লাইবক চাং য়েংজগে, লাংকম ওইরদি হিংবা য়াবরা য়েংসি হায়না অমুক্তা তম্বীয়ুবা। নিপা অহুনা নিংথৌদা হঙ্গংলে, "থোঙ্গান্দা লাইনিংবা অমা লৈহৌই। রাম্বুম্বিবা অসি খোইরেল ওইরবদি খংদরে, লাংকম ওইরবদি চাং য়েংজগে তম্বীয়ু হায়জরকই।" নিঙোল-পীবা পোকপা নিংথৌ অনিহু মনাই মশেল থিদনা কোম্থোং তাম্না থোরক্তুনা লাইনিংবদা মখোং পাইহুনা খুরম্মে অমম্মুং হায়জরকই, "হে লাইনিংবা লমপোই তুপোইবা ঐগী ইমাক অসে অমুক্তদি মথৌরাই মমি কৌশিনবীয়ু হিংহনবীয়ু।" লাই-নিংবনা নিংথৌ মচাহুগী মনাক তাম্না লাকএ, লরাই লেমফুদা নিংথৌ মচাগী থৌরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমকপু কৌরে। হন্না হন্না কৌরবদা থৌরাই মঙা, মিগা থানা তরুকমক্তু লাকত্রে। খমমুং কিকোই লম্লোনবীনা পলেম নত্তনা পলেম শা, পম্থৌ নত্তনা পম্থৌ শাহুনা নিংথৌ মচা অসে মুংঙাইনা লমথাপনা পুথোকএ হায়বসে তেংপানবা মপু শিদবনা ( লাইনিংবা ) খংলে।

তেংপানবা মপু শিদবনা তাইরেন পোংফাই, নাপী শিংবী, সনা লুপা, হি য়াই তিল্লগা লাইজ ঈশিংগা লোয়ননা নাহেরোন শোল্লে। লাইনিংবনা হায়রকই, "হে অঙাং নং তারোসে—নহান নোংদা নংনা অমম লৈশা তাইপংপানবা থোরকঅবদ নংগী পম্থৌ নপানা, পলেম নমানা তেংপানবা মপু শিদবগী মীংথৈবু ওইগ-য়েংকদা পীথিয়ে। মতুং তারকপদা ঈ পামবী তাইপং ঈপান থারকপদা—হে অঙাং! নং চহি চাম্মা পুম্নিগদবান, নহাক অসি লমথাংদা খাংতেকননা খাংঙ্খক্তা চংকরোই। খমমুং কিকোই লম্লোনবীনা পলেম নত্তনা পলেম শাশিন্নবা,

পম্মৌ নত্তনা পম্মৌ শাশিন্নবা য়াক্লগন্থু হায়খিবন্থু নং কাউররবা—হো খৌবুং লাইবুং লৈমখোং লৈখোং, নিংথৌখোং, নিংথৌ য়াংবী-য়াংবা তনৌবা নম্নিংদি খৌবুং লাইবুং কৌয়ে, অরাংবী রো রো রো, অঙাংবী কোং কোং কোং, থৌবাই মঙা মিগা থানা তরুকমক, মিরেনগা থানা তরেৎমক মি মি মি, কোন কোন কোন, কুক কুক কুক ভেংপানবা মপু শিদবগী য়াথংনি। লাউ, লাউ, লাউ। ঐনা কৌবা নত্তে, পম্মৌ নপানা কৌবনি, পলেম নমানা কৌবনি। লাউ, লাউ, লাউ চংঙকউ লাউ, শিদবগী য়াথংনি। নংনা চৎলিবশিদি লাংফমনি, খোইরেন নত্তে। নপানা কৌরে, নমানা কৌরে। লাউ, লাউ, লাউ। মি, মি, মি, মি, মি, মি, মি। কোন, কোন, কোন, কোন, কোন, কোন, কোন। কুক, কুক, কুক, কুক, কুক, কুক, কুক।" ভেংপানবা মপু শিদবনা কৌরবদা অঙাং অত্থনা—ইসঃ ঐ ইপানা কৌরে, ইমানা কৌরে হায়না খল্লক্লে। খমন্থুং কিকোই লল্লোনবীনা "নমা ঐবু ঐনিনে, নপা ঐবু ঐনিনে' হায়রক্লবদা অঙাং অত্থনা "নংদি ইমা নত্তে, ইপা নত্তে ঐদি আদা কৌরে চৎলগে" হায়রক্লে। খমন্থুং কিকোই লল্লোনবীগী শাশিন্নবন্থু (ময়া) কোকলে। অঙাং অত্থু তুম্মুবদগী হৌগৎলকপদৌনা মীকপ থোক্লে।

ভেংপানবা মপু শিদবনা ভাইরেন পোংফাই মচুমন্থু মনাকোংদা, মমিত্তা, মমাইদা ছাপ্পদা অঙাং অত্থু হিন্নৎলে। "ইসঃ তৌরিবসি কৈনো। ঐবু মংলা-হারা।" হায়না অঙাংত্থনা হৌগৎলকপা উবদা মপাগা মকুগা অনীনা, নিংথৌগী মচা মনাইদা "সনা লুপা লোইনমক লাইনিংবদা খোংদগী কোক ফাউবা সনানা মরেপ তম্মো, লুপানা মরেপ তম্মো" হায়না য়াথং পীখরে। য়াথং মতুংইন্না সনা লুপা পৈগে তৌরক্লবদা লাইনিংবনা

হায়রকই, "ঐদি লমপোইবনিনা সনা পামদে, লুপা পামদে।" লৈপাক তংখাই লৌতুনা নিংথৌ ওইবীরো হায়জরক্লবদা লাইনিংবনা "ঐদি লমপোইবনিনা লৈপাকসু পামদে মীসু পামদে, ঐবু তাকপীরকপা তম্বীরকপশিংগী ( ওজা গুরুসী ) থৌজাল য়েংজবনি। ·ঐনা অঙাং হিংহল্লিবসিনা অসুম পেনজরগে" হায়রম্লগা লাইনিংবহু চৎখ্রে।

নিংথৌগী মচাসু হিংতুনা, পুন্সি মুংশাংনা লৈবাক পুম্নমক্কা হয়াউ তয়াম লৈমিন্নতুনা পাল্লে। কানা য়ুবিমুক চাউ—শিংজংনা থাইবা, মনানা লামুক পাক—থাংজৌনা য়াৎপা, মুংঙাই য়াইফনা, রাত্ত-পাদনা লৈবাক ময়াম হয়াউ তয়ামনা পাল্লে। মীওইবা ঐখোয়না য়ায়ত্তিন তিন্দুনা "মপুবু" থাজরবদি লাইনা থাবা চহি চামা, নাদ-য়েক্তনা কুচু কুমেন ফজনা রাখল মৈরা চাউনা, নহা ওইবা চৈরোইনা চহি চাম শুবনা চহি য়াঙখৈগী ময়াই ওইবা ফিভমদা মুংঙাইনা পুন্সি লেনবা ঙম্মি। শিদবা উপালদি ইশাদা হৌতুনা লৈরে। ঐবু ঐনা খংজদয়ে। অমথক্তনি।

---



# পাখোং

**অহানবা—**

রাংলবা চীংদোল অমদা শন্ত্রিক চংনিং খোমবি লৈরাং অমা শাংলি হায়বা খংলদুনা শোরারেনগী জগোই শাবি তরেংনা অহিং নোংয়াই চবুক লোল্লবদা লৈ অসি হেক্কদোবগী খোংদোইরক্লে। লৈগী মনাক য়োৗরক্লবদা লাইরেমবি তরেংনা "লৈ অসিবু মপু লৈরিদরা" হায়রকই। শনত্রিক চংনিংখোমবিনা "লৈ লৈ" খুম্মকই। লাইরেম্বি তরেংনা লৈসি খিত্তা হেকচখিগে হায়জরক্লবদা শনত্রিক চংনিং খোমবিনা "অহিংদা লৈ হেকপা য়াদে, ইমুংঙাল্লগা হেকউ" হায়রবদা লাইরেম্বি তরেংনা হায়জরকই, "ইমুংঙাল্লবদি, ঐখোই লাইগী জগোই শাবিনি, লাইগী চৈরাক (দণ্ডি) ফংগনি, হৌজিক খজিক্তা হেকচখিগে।" শনত্রিক চংনিং খোমবিনা হায়রকই, "ফরে, অদু ওইরবদি হেকও, অমমমদগী হেনবা য়াদে, অমা হেনবদা নমিৎ তাংগনি, নখোং তেক্কনি, ননা তংকনি।" লাইরেম্বি তরেংনা কিরদুনা অমমমতা হেকলে। লৈ তরেংতু অমত্তা ওইনা নাচোম শেম্মগা, তাইবংগী নাপগী লৈথেং ওইরসনু হাইদুনা মালেম লৈদা লংথখরে।

**অনিশুবা—**

সমুদ্র ঈখন তরেংনা শন অমুবি অমা লোইরম্মী। শন অমুবি নং মালেম কোইরুচো হায়রম্মি। শন অমুবিনা—"ঐদি ঈকুম ঈথা য়োৗশিল্লক্লে, পাঙ্গল শোল্লে, মালেম কোইবা ঙম্মরোই" হায়রবদা, সমুদ্র ঈখন তরেংনা হায়রকই—"নং অদুগীদমক্তা করিমত্তা রারুনু, য়াম্না পিজথোকঅম্মু, য়াম্না পোকথোকঅম্মু।"

---

**লোইরবা।**